# শঞ্জেন্থোংগী ৱাকৎ

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

ডি প্রোগ্রেস প্রিন্টর্স
খুরাই লম্লোং বাজার, ইম্ফাল

ফোংজবী : কুমারি মৃর্ণালিনী চোংথাম
কৈশামথোং ইম্ফাল

পুথোকচবী : শৈবালিনী, গীরিবালা অমদি অনুসূয়া

মখুম : কোংখাম শ্যামবাবু
অরাং পোংশংবম

ব্লোক শাবা : এন: জি: স্ক্রিনস এণ্ড ব্লোক মেকর
শগোলবন্দ তেরা কৈথেল, খুরাইজম লৈরক

কোপী মশিং : ৫০০/-

অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বর—১৯৯৪

নমগী থৌদাং লৌখিবা : শ্রীথোদাম কান্তা সিংহ
খুরাই লম্লোং বাজার



স্বত্ব পুস্বা অইবগী।

মমল : রুপা ৩০/-

# ৱাহৈ অমনিদং

মমাঙদা ৱারীমচাগী লাইরিক "থোংখোঙ কৈথেল ; শামু ময়াগী কংক্রে ঙান্থক ; অমদি শায়োকশঙ ; ফোঙজপ্রবগী তুংদা ৱারীমচা অমত্তা ইগে খনবদা ৱারামচা অমত্তা থোরকউ য়াদবদগী "শায়োকশঙ" না ঐগী ৱারীমচাগী অরোইবা ওইরমালে হায়না ৱাল্লা লাংতক্লকই । অহুবু লীবগী লোইবা নাইদবা ৱারীতনা থল্লবা মহৌশা লাইরেশ্নগী তম্পাক্লিকো হায়বসিদা থাজক্লবনা অমুকস্থ অকোয়বদা য়েংবা হৌজক্লই । লাই গুরুশিংনা পুক্লিং থৌগৎপি-খিবা ইবদি লেপকস্থ হায়বা পাওতাক অহুবুস্থ নিংশিংজহনা থৌনা অমগা লাকই পুক্লিংদা । গুরুগী কৃপা লৈত্তনা ৱারী থরা চোং-থোরকই পুক্লিংদা, মহু ইথোকচরে ।

ৱারীশিংসিবু চন্নবা য়ারবা ৱারী ওইরবরা হায়বহুদি খনফম খঙদবা ৱাফম্নি অহুবু, থুনা মীয়ামদা লীনাংবগী ৱাখল অমনা মতম চুপ্পদদি লাংতক্লহল্লি ।

ৱাখলহুমক্লা হন্দক ঐনা ইথোকচবা ৱারীমচা কুনথক অমগা লাম্হোকচরি "খঞ্জেনথোংগী ৱাকৎ" হায়না মিং থোপ্পহনা ।

অইবা

# য়াওফম তাকপা

# অঙাওবীগীনা ৱাকৎ
# লৈবাক্কীনা কুম্মৈ

য়াওশঙগী পেচকারী নুমিৎকী কুম্মৈনা কন্না তৌথৎনরকপদা নিশাবন্দগী কাংবুনা নিশা অমা হকথেংননা ফারে হায়দুনা লৈকাইদুদা শন্দোক্লরকই। করিগী ফারিবনো হায়বদু হংলুহনবু কৈরি কামগবনো, খঙহনা লৈরপোংনি য়ু থকপ্রা নত্রগা য়োল্লম্বগী মওইরিনি।

খঙদে, য়ু থকপদগী থরা হেনগৎলকপা থাক্তা হিদাক কাপ্পা নত্রা। ... বা ওইবননী ...গী বাফমসি পঙতাবু ত'রুদ্রবনি অমরোমদা কাপ্পগী খবক্তগী ফংবা ...র্ম্মফল ওইনা এইডসনা খুদুম চনশিল্লকপগী লান অমসু খোক্তুনা ...নবুড ওল্লবা ইরমদমসিদা য়ুগী য়ুশিংতি থক্ হন্দবা লৈতে।

য়ুয়োনবশিংসু হিংনবগী লানফমদা ইকাইবা নাইত্রবা হায়বদু ওইশতাই। অদুবু, অথকপা মী লৈত্রবদবু মথোয়না ফনা য়োন্দুনা কনানা লৈবিগদৌরিবনো। অথকপসু অয়োনবসু চপ হেক মান্নে।

ময়ামসি থরাগা হেন্না লাঙবগুম তৌই। য়ু য়োনবা অমা ফাবদা সুক য়াম্না ইরাং খোক্লিবনা করিগীনো। য়াওশঙগী কুম্মৈ মনুংসিদা য়ুয়োনবা অমা ফাবে হায়বা ৱাফমসিনা কুম্মৈগী ইনোৎ অমা করম হায়না হাপ্লরিবনো থনুফম ইখঙ খঙদে।

মতমগী যাওশঙনা মঙ্গং অমনি অতুৈগী চৎনকল্লা ফুমৈশিংসু ইতোক তোকপা নত্তে যাওশঙ মৈ থবা, নাকথেঙ নিবা, শেঙ্গল থাযবা, অশেঙ্ব তেম্বা, হোলি পালা শক্পা, থাংল চোংবা, চাক চানবা, সুমাঙলিলা তৌবা মযামসিগী মথক্তা নোংমা চৈথোক্লবনপা লৈকাই লৈকাইগী শান্ন খোংনবগী থৌরম পাঙথোক্লবা মতু উম্নবা ক্লাউসি, লোটরি, ডোনেসন্নচিংবা মথল মথলগী থৌরম যায়া তমস্ত ক্লাপকৎলকই। শান্নবুংলোমদা মথল মথেলগী থোবম লাওথোবক্লিং লৈদী সোরোক লমজাওদনা পাখং লৈশাগী কযান গাড়ি মপোং মপোংতা মচু মবাং হৈনবতুনা নোক খেনতুনা ধুলোক হৈবতুনা লাঙলরি। মতু উবদা শান্নবা বায়বা তারে হ যতুনা শান্নবদা শিন অরাঙ ওইবিবা মাইক পায়বতুনা লাওথোকবহ, "শন্নবগী নক্তা যাওশঙগী ইবাং তৌববা যারোই, হ যনব। মামলদ খুদাংথোবা কয়ামুক থোক্লকপা যাই, চেকশননিয়"।

মতু ফনা হাযতুনস্ত শান্নখোংনবনা মন্নর ওইতুনা নওশংগী ইবাং ইহন হন্তহনবা ওস্বদি নত্তে। অনকপা ওমাঙ শমদা হোলি পালা শক্কংলকপগী ধুলোক ক্ষোরতালগী ঝম ঝম লাওবা মশোকসু তাক্লকই। অসিগুম্বা অচাক অশা থায়ত্রবা মতৌসিদা অনকপা লৈরক অনদগীনি নিশাবন্দ কাবুনা নিপা অমা ফাবক্রে হায়তুনা য়া য়া নিল্লকইবসে।

শান্নখোংনবগী থৌরমদি হৌদ্রি হাউসি ওইনা কন্না শান্নথংলকই লীঙরকই। নৈক্স আর্ট পিক্ট অপ জিবো এডিং নম্বর "মযাম্মা লাও-শিল্লকই টুযেন্টি, লীঙরিবতুনা থুম্নকই নো রান এণ্ড জিরো রান্টি।

শাণ্নবস্থু হৌড্রি অতূব় য়েংবস্থু হৈরবদি অকোয়বদা লৈরিবগু কুম্মৈ-মক্কমি । য়ু ফাবা হায়বসিস্থু অনৌবা নত্রথনিনা মী অয়াম্বদি ইয়েংবু য়েংবীরক্কে । অাল্লক্কুদ পুলিসকী গাড়ি লাক্লে ফারবা মীওইচু পুলিসশিংনা গাড়িদা হাপ্তুনা পুত্রে ।

উসাইদগী তৌমনিবত্ত কুম্মে ওইনা য়েংলম্বা ময়ামগী মরক্তা ঐস্থু অমনি । শাম্ন খোংনবস্থু হৌড্রি অতুমদি তৌনরিবতু করিনো খঙনীংতুনা লেপ্লিবা অতোপ্পা নুপী অমদা হংই ।

নুপীতুনা খম্লকই. হো ইবুংঙো করিদি ওইনি লাইশ্রম তেম্বিল-নিদনা চোপথরবা মচোউপাক মাইদবা মচে মনেমনি খউদবা মহাগী মীনুখাওনি ওন্নু খুম্নগী জাহন্নি ।

লাইশ্রম তোমাল হায়বা মিংসি নহানত্তা খবরদা য়াওখিবা মিং অমনি মহুদ মান্না শেংদাকচবা হায়তুনা হাপখিবদা মাগা মীরোন খুংদরী নুপী অমগা মরী লৈনবগনি অতুবু. অতুগুম্বা ফত্তবা রাখল পুম্বা খাদ্রোক্লে মচন্দা নচন ওইনা খল্লে হায়না শেংদোকখিবা কুই-ড্রেব্বা মিং অমনি ।

ঐনা হংলমই, ইচে মঙোন্দগী ফারিবা য়ুব্বু কয়া য়াম্বনোনে ?

— কদায়দগী য়ুব্বু ওইরবদি কৈনে, য়ুদগী হেন্দুনা নুপী অঙাং শোক্লক্লবনিনে । মানা তৌযিবসে খিঙখাঙ অমুক অনিরক শুরবনি ঙসিনা মাগী মতম শুরবা মীওই লাল্লুপ চাদ্রবী অঙাওবীসিদবু মাগী নুপী ওইবস্থু য়ারোইদবদা ঙম্মু উমইনে । অঙাওবীতুনা মশানা য়াদতুনা ওস্থোক্লা কন্না লাওরকপ্রপোংনি ।

ঐনা অমুক হংই.- মাদি কৈদৌবা চঙলুরিবজাংনো ?

— য়াওশঙনি নাকথেঙ চঙলুবনিদনা।

পোৎফমদা শিংজু বোরা লৈররিবী মুপী অনি অন্নমথক্কা ওন্থোক্কা পেল্লঠুনা হায়নরকই, শিগৈজলসিদা জেলদা লৈগ্রসম্ম লৈকাই খরা ইংলনি।

মুপী অমনা হায়রকই,- জেলদগী থোরক্লবসু মা লৈকাইদগী ধর্ম্ম কর্মদা বার্ত্তোন কক্ক্‌না ইথোক্লগদবনি।

পংলাপ লাপ্তনা মকোক্কা পোৎয়োম অমা থোনগৎতুনা লাক্লি-বহু উবদা পোৎফমহুদা শোন্নরকই তু আদা লাক্লিবসিনিনে মুংশিদ্রা কনাদম্ম দশ-কুশ অমত্তা ডাঙজদবা বোরা শেগায় তুখায় খরা তৌ-রগা কৈথেল পোৎলক্কি মচি অমদা মরাইনা অহুম লৈজবনি ময়ায়া হৈত্তোম্বী হায়না খঙনবীতুনি।

হৈত্তোম্বী ওসিম্ম মশক মত্তৌ মাওদ্রি। মাগুম্বী শক চুলা নিংখিজবা মাঙদনা ডাওরবীশিংসি খায়দগী লাইবক থীরিনি। লাইবক থীরবী ময়ামগী মরক্তগী খরগা হেন্না লাইবক থীরবানি।

মচা মগু লৈবা অঙাওবীশিংসিম্ম মচাগী মগুগী মনাক্তা লৈয়ু-য়ারক্তবা শেন্নতুনতা লৈবসু ওয়্রক্তবদা মচামুপী কয়ানা মমাতু নমায়দা হামুক তৈশিনবিরগা তশেংনা মীনা হঙ্গোইনবা ফিভমদা শেম্বীতুনা থাদোরকপগী রারি য়াম্না লৈ তোমালগুম্বা মীওই কয়াগী মফমদগী নাম্থোকচনবনি। অতুবু, মহু ফনা ওইতুনসু নহা ওইরিবী অঙাওবী কয়ানা চহী অমানিগী মমুংদা অপীকপা নৌনা পোকপা মচা পম পোতুনা চৎপা উরিবসি তোমালগুম্বা কয়াগী থোদোননি।

পুকচেল চাওবা কয়ান। লৈবাক্কী সেবা তৌগে খল্লবদি, ডাক্তর তাম্নরগা সিগুম্বা নুপী মশানা মশাবু কাওবা হোৎনজবা ঙমজদ্রবা-শিংসিদা অম্লুক শেকপী, কাক, লমহুইশিংনা শরাক তম্বীবগী ফলদগী পোক্লকপা য়াবা অঙাং কয়া যিংননবা অঙাং পোক্লনবা তৌবিরবদি য়াম্না চাওবা সেবা অমা ওইবা য়াবনি।

হৈতোম্বী খরা নকশিল্লক্কে।

পাখং মচা খরনা চোংশিন্দুনা অবের তৈবীরি মফি চিংবিরি। তশেংবমক্তি চুম্না হরাওকুম্মেনি হায়দুনা তৌববুদি মওইরমগনি অদুবু অশানববু তুহংনীংলসি মীওইনদা য়াওরক্লবা ফজ্রবা গুন অমা ওইবা তাই। মতুনক্তুনি মশুং মমাম্নবী কয়া ফি মুল্লিবসিদা অবের তৈগে লৈওদুনা অঙাওবী মোৎতাই চুদাইনরবী অমদসু চোংশিন্দুনা অবের তৈবিরি, লক্লবদগী শাওদুনা চৈরকপদুদা পেম্মোক্তুনা মুং-ঙাইথোকই। ব্রাবক্তবা মমা মপানা কাও থারবা অঙাংশিংসি-গীদি অবা পোথানফম ওইরি ইকোয় কোয়শিন্দুনা মীগা মীমাম্নদ্রবা মতৌদুদা ব্রা ব্রা নোক্লবিরি।

অহল অমানিনা চৈদুনা অঙাংশিংদু তাম্মোকই। মাগী মীচঙদা লৈবদু উবদা মানা ব্রাকৎলকই, — " ঐদি ওক্তবী নত্তেয়ে, ইচা ইবা লৈবীনি য়াওশঙনি হায়দুনা নাকথেঙ চঙলুবনি পীদ্রগা তোক-চৌনা। লাইশ্রমগী তোমাল সাহেবনা অদুগুম্বা ফুতানি তৌবা হোনব্রা দে দে দে মৈতৈমচা দে দে দে কালাচান্দ "

শিংজু বোরা য়োম্লিবী ইবেচাওবানা মাবু কৌশিল্লি. হৈতোম্বী লাওনে বেরী অমা থকচররাওনে।

হৈতোম্বী চঙশিল্লক্তুনা লাম্লিবা বেরীচু চমখৎলগা মাগী ফি ময়োম মক্সুংদগী চেনবাক মচেৎ অমা পুখোক্তুনা প্রোক প্রোক শায়দুনা চারি। চানা চানা 'হায়রকই, ইচে হৈ য়াম্মা চানিংই মঙ্গেকা লৈতরা ?

পোৎয়োম্বাদুনা মঙ্গে মচেৎ অমগা থুম মোৎবাক্কা পীবগু অমুক্তংদা পুল্লপ উমশিল্লগা কুৎ য়োৎলগা হায়রকই, অসঃ হাউইহৈ।

পোৎ য়োনবীদুনা হায়রমই,- থাবল চোংদোরিসে, নংদি হোরেন য়াওরোইদ্রা ?

মচু হেক হায়কবদা মানা ফুক হৌগংলগা চৎপা হৈখিবনি।
চৎনা চৎনা হায়রকই,- ইশানা ব্রাই শংদবনে কদায়দগী থাবল-চোংবনোদা।

শাম্লবুংদগী মাইক্লা ঈশৈ খোংলকই, হো য়াওশঙ হো য়াওশঙ, লমদা থাগী থা লৈশাবী পাখংনদি ঙাইজবা ··· ···। লম্বেলদসু মচু মচুনা শঙলবা কয়া অমা নোক খেরদুনা চৎনরি। লম্পাক্তসু শাম্নখোংবক্কী থোরম পায়খৎক্লে।

থৌসু ময়াম্বগী মরক্তা কুম্মৈ য়েংলিবা ভাবোক অমনি।

# শিংবা লোইররোইদবা লমন

ডাক্তর হেক যৌনগা নারবা অঙাংচু পাইরক পায়খ্রগী লায়েংবনা শংচ্ৰদা পন্দনা পুশিল্লি। কাচু অঙাং অনাবা পুরকপা মীনা অম্বাম্বনি কল্লা লাওবনা কাচু ইনিল নিল্লি। ডাক্তর অনিখক্কা নর্স খবতগা মথৌ কল্লা চিল্লি, ৱাকা কুপ্পা ঙাঙনবা য়াবা নত্রে। অঙাংচুদি লেঙ ওৎপা অমত্তা তৌদনা য়াম্ফক তাতুনা লৈরে, শোর ফাওবা হোন্দবত্তুগ্রে। খোমৈনা অকোন অহানবা য়েংদনা অঙাংচু ডাক্তরচুগী মমাংদা পুশিল্লি। হান্না লাক্লম্বা খরনা ৱারৌনা ঙাঙন-বকই মগোযম্ম অনাবা লোযনরকপনি মাত্তা নত্তে লৈপাক মচা চামম্লে হাযতুনা খে নৈ মাচৈকা থোওইকত্রে অঙাংচু ডাক্তরচুগী মমাঙদা থম্লগা করি হাযরক্কবা ছায়তুনা মিত্তল তিং তিং চোংচুনা ঙাইতুনা লৈরমই।

অঙাং অতু মথক মথা গুন্দুনা ডাক্তরতুনা য়েংলগা চে অমদা কবিনো খরা ইরগা থুনা লৈরক্কবা ছায়ম্বকই। খোমৈদি কনাম্ব লোয়নরক্ক অঙাংদু থম্ফমম্বু খঙদা পম্বম্বু য়াদা লেংথোং নাদনা পুরগা ডাক্তরগী কোম্বোংদা চেম্বোক্কুনা ছিদাক য়োনকম অমদা চঙ অমদা চঙ অহুমক শুবা চঙবা হুকান্দুনা ছিদাকশিংচু লোইনা ফঙনি ছায়তুমা থিবা হৌখ্রে। লাংতক্লনা খোমৈনা অনাবা অঙাংচু পম্মতুনা ছিদাকশিংচু পীরকপা ঙাইরমই।

নিংথম কালেন লোয়বা মতমগী অভাং অয়াম্বা মশা ঙমদবা মতমসিদা ময়াদা চাক মরু অমত্তা তারক্লবা মুমিৎ হুম্মি শুরবা চহী অমা থরত্তা হেল্লিবা মচান্নপীত্থু পমত্থুনা য়াচঙবা মতমসিদা খোয়্মে ডাক্তর তয়া শোর মপী হোনবমথৈ লাকপনি। রিক্সা অমত্তং তোং-গদবত্থু য়াচঙবাসিদা অমত্তা তোংগে হায়বা য়াদে অত্থুদদি শেলনগা শেল মরাং কায়দবনে খোঙনা অত্থুম য়োরক্কে। অভাং নিপামচা অহন্দুগা মমাত্থুগত্থু নাত্থুনা ফমুংদা লৈহোই। মখোয়গী চেঙ চাকত্থু ইরৈ লৈহোদে।

হিদাক য়োনফমগী অভাংত্থুনা হিদাকশিংত্থু প্লাস্টিক থাও অমদা হাপ্পগা পীরকই। খোয়্মেদি শ্বায লাওই! মাঙোন্দা লপা ২০ য়াওরকপনি। ডাক্তরগী টিকেট কৎকপগী লুপা অান অমা চঙখিত্থুনা লুপা তরানিপান্থা ভায়রবনি। হিদাক অত্থুদি লৌবা য়াবোইদৌবি। তঙাইফদনা হিদাক ময়োমত্থু পুদনা খোরক্লনই, থল্লকই হৌজিক করি তৌবা য়াই থন্নবা মতমত্থু পংলে লৈবা নত্তে। পাম্নবা অভাং মশাত্থু ইবেক লেকগরকপগুমত্থু তৌই মতৌত্থুদা খোয়্মে অভাংত্থুদা য়েংলুগদবা চিংনবা অমা ফাওবে। অভাংত্থুগী মমায়দা য়েংদনা খোয়্মে থুনা ডাক্তর তয়া চেনশিন্নক্লমই। অভাংত্থু পুত্থুনা পৈশা থিবা কদায়দা চৎকনি। অত্থুবু, অমা থঙদে অমা থঙদে অভাংত্থুদং কদায়দনো অমদা থম্নকম লৈরবদি পৈশা থিফমদি লৈবা য়াই অত্থুবু অভাংত্থু কনাদা থম্নমগনি।

খোয়্মেনা কোয়না য়েংলকই ডাক্তরগী পাইরক পাইথুগী লায়েং-নবা লৈরিবা শঙমত্থুংত্থুদা কাচিন অমদা বাই শংনা লৈরিবা ফিজোল

মাঙ্গল তৌবী মীয়ায় চল্লবী মুপী অমা কনা ব্রাই শংনা লেপ্তুনা, লৈবা উং। ভসাইদগী মানা তৌরিবস্থ য়েংতুনা লৈ। খোইম্নেনা খন্থবা তৌদনা অঙাংতু মুপীতুদা কাইং নমশিল্লগা হায়রমই, ইচে অঙাংসি জ্ঞাইহাক্তং থমজরমগে উপাই অমা লৈতত্নুা তৌবনি ঐ কনামত্তা য়াওরক্তে, হিদাক খিংতা লৈরুগে তৌবনি।

মুপীতুনা হোয় মাই খুম্লক্তি ভৈদা খোইম্ম প্রপ প্রপ চংপা হৌরমই। মমশিল্লক্রে! শোরোক নাকনগী থাংমৈ থানগংনরক্রে শক শা উন্নরক্লে। খোইম্মেনা শোরোক য়োরগা থল্লকই মা কদোমদা চংকনি। খংবা মতমদ লৈত্রবনি মতমদি অমুম অমুম হৌক্তিনথি। তেরদা ফক্রাং খাবগী থবক খরা তৌরবগী পীসদবা পৈশা খরা লৈখিবনি অমম চীংমৈরোঙদা উ ওথিবগী কংগাদবা পৈশা খরা লৈখিবনি চংনুমবদি শোরদনা পীরক্লনি অহুনদি তেরদগীদি চীংমৈরোঙনা খর নকদবা ওইবা তাই অতুনা খোইম্মেনা চীংমৈরোঙ তম্না খোংথাং অথুবীদা চংপা হৌরমই।

গাড়ী চংপা মশিং হন্থরক্রে। মতমসিংকক্তে লম্বী থোং পুম্বা ইচীক চীকই পান হুকান খরদি খোঙ হাংবা উইংস্কুটর অমা থামজুনা লিপা অমা বা অমা ভপান্ক্লিং মচু, লোইবা গ্রাইহরি। খোইম্মেনা খল্লকই মাগী গাড়ী মনাংসিদা ভ্রাইহাক্তং তোংগে য়ারবদি মানা মেনাংঙবা মফমজ্ঞুমীংনা কুপ্পদা য়োগনিসে। খোইম্ম হোংনহুনা অমুক্তং য়েংমিল্লম্মী।

খল্লিভৈদা গাড়ীতু খোদোরক্লকই। খোইম্মেনা হায়জবগী য়াক্তুনা উচিন নাচিন গাড়ীং মনাংচুদা তোংখংলে। মশাহু

হুমাং অনপ্পী কাংলে। পংকুই কুইদনা চীংমৈরোংদা মানা উ শুরম্বা মফমত্তু য়োরে। গাড়ীদা থিনবিরকপা নিপাত্তু য়াম্না মীচঙ মীখোক সুংঙাইবা অমা ওইরম্লে য়ুনমস্তু নম্মৃক নম্মৃক তৌই মপুকচেলস্তু ওস্নোক্না চাওই। মাস্তু য়াওনা লোনশিল্লবা জিঙ্খগী কোস্তোংত্তুদা থীন থীন্দুনা কৌবা হৌরমই।

মতমত্তু সুংদাংগী পুং তরেৎ মথায়মুক তারে। লৈকাইত্তু নহানতা লৈশাবী মচা অমা য়ুমদগী থোকখিবদগী শিনা ফংলে হায়ত্তুনা বা বা লাওরবা বাথোক অমদা চেন্নবা মীওইশিং থরা ফাখি হায়ত্তুনা থোঙ চেংনা লোন্নখিবদগী কনাস্তু কৌবস্তু থুম্নক্তে থোঙস্তু হাংলক্তে। মতমদি পংহৌতা হৌজিনখি। চৎমিন্নরিবা স্কুটর থৌবা নিপাত্তুদা মরম পুম্বা তম্নবদা মানা ইরায় লায়না পৈশা পীগে হায়বা য়ারে।

পস্তুবা কান্নদে গাড়ীত্তু মমায় ওন্দুনা ডাক্তররোম তম্না থৌ-রক্লমই পংকুই কুইদনা য়োরনি থল্লুবদা সুংঙাইবা ফাওই হকচাং তুকক তুফাই চল্লকই থুনা য়ৌহন্নিংলকই।

গাড়ী মৈঙাম্দা পুলিস থরা লম্বেলদা চেক তৌবা উরমই। থামদবা য়াদত্তুনা থাম্লমই। অতৈ গাড়ী ফনা য়াম্নস্তু ফাত্তুনা লৈরমই। পুক্নিংদা চিংনবা অমা ফাওরকই মমিংস্তু থঙদবা মাবু তেংবাংবা লাকইবা স্কুটর থৌবা নিপাত্তু য়ুনম থরা মম্বনি করিগুম্বা কাজিনখিবা থোক্লবদি কমদৌবা।

থনবগা তৌরগা হা থাম্মু হায়না কুইরুলগা য়ুনম নমই হায়ত্তুনা

গাড়ীদা কাখৎহল্লে খোম্মৈবুস্থ ব্রাহং পাওহংবিদনা ফাহ্নুা পুবি-রক্লনই যু থকপগী মবালগীনি। মসিনি উগা সঙ্গ তৌরুবগী যোৎ ঈশি দ, তাওই অহ্নগা য়োৎহুনা খরা লুম্ময়গনা উহুস্থ করিস্থ পুম্না লুপমিংরবা হাযবদো। খোম্মৈ করি তৌবা তাই অহুবু চৎতবদি য়ারোই।

পুলিস স্টেশন যোরে। ইপন পনদনা মীয়ামগা পুন্না খোম্মৈস্থ ব্রাওনা গাড়ী অমদা হাপ্লুনা মফম অমদা থমুক পুরমই। খোম্মৈনা খল্লি অডাংস্থ শিংখি নাখবা খোক্লম্নবদি ওস্থোক্লা নীংঙমহৌররোই অহুবু মানা তৌবা যাবাস করিনো। ব্রা খজিক্কং ঙাংনবা তৌরুবদা পুলিসশিংহুনা হেক্লা ফুজিল্লকই। মাগী মতেং পাংগনি হায়না লাক্লিবা শকখঙদবহুস্থ ময়াম মরক্তুদা য়াওদি য়াওখিবনি অহুবু থিফম লাকফম খঙদ্রে। ময়াম পুন্নমক গাড়ী মম্পুংহুদা তেকচাক নমহুনা ফো হৈবদোনা হৈপ্রবনি। গাড়ীহু থাবগুম তৌই। ময়াম পুন্নমকপু কুমথনবা পুলিসশিংহুনা হায়রমই। খোম্মৈখোয় ময়ামস্থ কুমথরমই।

ওস্থোকপনি ডাক্তর ওইরম্নে মানা য়ৌনীংলম্বা মফমহুমক্লি। পাইরক পাইথুগী লায়েংফম ঙাইহাক্তী মমাঙদা মানা লাক্লুম্বহুনি। কাহু মী পংচিন চিল্লমদ্রে অঙাং অনাবস্থ পংউ উদ্রে। পুলিশ-শিংহুনা ময়ামপুম্বা কাচিন অম্দা হোইজিন্দুনা থমই। খোম্মৈনা খঙনীংবনা লাংতক্লরমই মাগী অঙাংহু করম হায়না লৈরমগনি শিম্নরম্বা মুপীহুনা কনানো মমিংনা করি কৌই অমত্তা খঙদে।

পুলিসশিংত্নুনা ফারবা ময়াখত্নু কা অমদা পুশিন্নি চাকখাক্ত তেংথোকদোরিবনি হায়। কা মমুংত্নুদা পুশিনখিবা মীওইশিংক্ত শন ইরোই খোংবদোনা অমুক অমুক ক্সাওরকই।

পুলিস ময়াম মরক্তদগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা অমা যাওরিবত্নুদা অমুক্তং খোম্মৈনা কৌত্নুনা য়েংবত্নু মাদি ফনা মীপোক লোমগা উই। খোম্মৈনা মাগী অঙাং পুককপগী রারী লগখাঙদা থেংনবা মীগী গাড়ী মনীংদা তোংলকপা করম হায়না ফারকপগীদ রারীত্নু লীবদা পুলিসত্নুনা হায়রকই, অত্নু ওংরবদি যু থকই হ য়বা নশানা রারো ঐ কাইন থরা লৌইলগা নংখু থাদোকইক্লব। শীনপে।

খোম্মৈদি মপুন্সিগী যু থকচরক্তবনি অত্নুনা যু থকই হায়না মশানা তৌদবা মরাল কয়া য়ামীংদে।

পুলিস অত্নুনা খোম্মৈনা থুমক্তবত্নুদা অমুক হায়রকই, নত্নুনা যু থাক্ত হায়না হায়রবদি থকই পক্তে নাখৈশেংনা খঙমবা চাকথাক্ত তেংথোক্তনা য়েংহনগদোরিবনি মত্নুদি রাপ্রপোৎনি মপক কনপ্রবা মীকাসি পুনত্রে পুনত্রে তুরিবনি, ঐনা হায়বিরিবসে নংগী ফনগমি।

খোম্মৈ মপুন্সিগী যু থক্তবত্নু ঙসিদি থকই হায়না মশানা য়ানা শোই তৌরত্নুনা মাগী ফুরিংথাও শঙনবা লৈরিথ তবাম্নিশান্দু কাইন ওইনা পাইমগা উটিন নাচিন্না নাম্থোকপদি কংলে। হায়দি লুপা ১৮ থকমু পায়রম্বনি হৌজিক্ত পুবা কংঙে। খোম্মৈনা খল্লি। ঙসিগী মুমিংতা মচাত্নু কত্নুনংদা থোক্তবদি মী মরক্তগী তোম্নবা মাদি য়ুংদা হ ক্ষম্লরোইং। হেক্ত মামবা নিপা থরা শঙলী মগান্দুনা উইংগা

খোম্মৈনা মখোয়দা ৱাফমতু হংই। নিপা অমনা খুমকই, — ঙাই-হাক্কা মমাঙদা মুপী অমা অঙাং হুরাল্লমই হায়তুনা পুলিসতা শিন্নখ্রে অঙাংতুসু কন্না নাবা অঙাংনি ঐ উহৌই।

খোম্মৈনা তাখি মরক মরক্তা সুম হায়না অঙাং হুরাম্বা খুপ, অমা ডাক্তর মহুংদা লৈ। হৌজিক্কী মানা তৌগদবসি করিনো। ফাখিবা মুপীতু ওইরম্লবদি অঙাংতু করম হায়না ফংগনি। য়েংবিদ-বদগী ফত্ত মুংদা খোক্লম্লগনা কমদৌবা তাবা। পম্বা কান্নদে খোম্মৈ ডাক্তরগী খোঙ্গাল লান্দুনা খোর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা চেনবা হৌরমই। অতুবু অমম্বদা থানবা মৈঙান্দা স্কুটর তোংবা নিপা অমা মৈ থান্দুনা লাকই অমসুং খোম্মৈগী মপা য়োরকপদা মমিং পন্দুনা কৌরকই।

খোম্মৈগা তিন্নখিবা মরুপ অমা ওইরম্মে। খোম্মৈগী খৌনাও পুনকং কংশিনখ্রে মরুপ তু উবদা পি তাররমই মঙোন্দা ৱাকৎলমই।

মরুপ অতুনা মাগা চংমিন্নতুনা থিরুশি পুলিস স্টেশন্দা চৎলুসি মা হিদাক খরা বার্ড মমুংদা থিল্লগে মচেগী মচা অমা নারি হায়তুনা অমুক ডাক্তরগী শঙ মমুংদা চঙমিন্নরক্লে।

বার্ড মমুংনি! অঙাং ময়াম অমা তোঙান তোঙানবা ফমুংদা ফমশেন্নরতুনা লৈরি। মতু উকবদা খোম্মৈগী পুক্লিং হেন্না লাংতক্লবা ফাওই। লায়েংবা ঙমদবা য়াওমালে মমা খরদি কপথৎলকই। অঙাং খরা ফিঙৌনা য়োমতুনা পুথোকখি। মাগী মাগীদা খনবদা অমনা অমগী য়েংবা ঙম্মদ্রবা মতৌনি কনানা হিদাক লৈরকই

কনানা লৈবা চেন্নখি কনানা ফংদে হায়দুনা ডাক্তর নর্স শিংগী মতুং ইন্দুনা বা বা নিল্লি। য়েংলুরগা লাংতক্না হেল্লি অদুনা খোম্মেদি খোঙ ময়াদা লেপ্তুনা লাংতক্লনা মরূপ অদু থোরকপা ঙাইহরি। মানা তুংগিন্না খোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈবদু উবদা অমরোমদা অঙাং মাঙখি হায়না ময়ামসু অমনা অমদা চিংননা য়েংবা মতৌদুদা ডাক্তরগী খোঙ শঙবা থাগী শেংপদুনা মঙোন্দা চঙশিল্লক্তুনা মদুদা লেপ্তুনা লৈরগী মরম তকখংলকই।

খোম্মেনা মাগী অনাবা অঙাং করম্না পুরকখিবা অদুগা পৈশা থিবা চংলুবা মতুংদা অঙাংদু থিফম থঙদবগী রাকমদু কুপ্না লীরমই।

খোঙশঙবদুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, — ঙসাই খোঙ ময়দা হুন্দোক্তুনা থম্লবা অঙাং অমা শিনা ফংখি। মমা মপা কনসু থিফম থংদে মোর্গতা থম্লুনি পুথোকখিবনি, মদুদা চংতুনা অমুক্তা য়েংথোকউ।

খোম্মেনা পাখংতুনা হংই, — শিরবরা হায়বীরিসিবো ?

মোর্গতা থম্বা তারবদি মশানা তারবা নত্রা ? মদুদা পাঙংপগী করি কাম্নে, তপথো ওইরমদবসু য়াই, য়েংথোকউ হায়বগী রানি।

খোম্মে পম্বা য়াখিদ্রে। মরূপ অমা চঙখিবদুসু থোরকপা কোনা লৈতে। মা ঙাইদুনা লৈবা য়ারক্তে। মহাক থুনা মথাদা কুমথদুনা মোর্গ তম্না চেল্লমই। লেপ্তুনা চেন্নকপনা ডাক্তরগী গাড়ী ময়াম অমা থাম্লিবা মফমদু য়ৌরক্লে। কনানো অমনা মাবু কৌদুনা থাম্বগুম তৌই।

খোইশ্নবা কৌরিবত্থু মাবু ওইরমালে খন্দুনা অমুক্তং কৌরিবা অদোমদা য়েংথোক্লকই। মফমত্থু য়াম্না কন্না ঙানবা নত্তে। অরাপ্পদা, অনকপদা থাংমৈ খরা পানবত্থুদগী মঙাল খরদি ফংই। কৌরিবত্থু মঙোন্দা নত্তমালে হায়রুনা খোইশ্নে অমুক্তং লেপ্লুরগা অমুক চেনবা হৌরমই।

অমুকস্থ কৌরক্লমই ! খোইশ্নে খঙলে কৌরিবত্থু মাবুনি। চঙশিল্লমই ! সুপী অমা ওইরম্নে। খোগে তৌক্লবা কারত্থুদগী ফন্না ফন্না হায়রকই, — কদায় হিদাক লৈনি চংথবত্থুদি পুরক্লবরা ? খে ইশ্নবা খুদকম খঙদনা ইক অা ইক অা তৌরমই।

সুপীত্থুনা চাংলম্না হায়রকই, নঙগী অঙাংত্থু চিলড্রেন ৱার্ডকি কেবিন নম্বর ফাইভতা থম্মীরম্লবনি। হিদাক্কা লোইনা কাপ্লবনি ঙসাইদগী নং হংত্থুনা নিংঙাই তৌত্থুনা লৈরিবনি। নং ঙাইবা ঙনক্লত্থুনা ঐনা সিসটরশিংদা শিন্নরম্লবনি, পন্থরম্লু।

খোইশ্নে পুক্লিংদা হায়কম খঙদনা সুংঙাইবা অমা ফাওই অত্থুবু, করি থুমগদগে করম্না তৌবিমল খঙবা উৎকদগে হায়কম খঙদে। মথন্থা চৈজে নংবা হায়বসে ওন্নোক্লা ৱাখঙদেদকো।

গাড়ীত্থু খোথিরমই মশক মশাস্থু খঙদবী সুপী অমনা মাংগী মচাগীদমক্তা হিদাক লৈত্থুনা কাপ্পীরম্বা য়েংস্থু য়েংবীরম্বা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমননি। অত্থুবু মাদি অতৈ লমন্দি লায়রত্থুনা মচাগীদক্তা সুপীত্থুনা তিংবিথিবা হিদাক লৈবগী পৈশাত্থু ফাওবা শিং-দোক্লবা লৈত্তে।

ঙসাইস্থ হাথু-হাথু তৌবগুদা শকক্ষাওবা মুন্না য়েংহৌদে হৌজিক্তস্থ শক উবা য়ানা ঙান্দবা মৈঙান্দুদা শক ফজনা উহৌদে। কারগু থৌখি খোমৈ ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈহৌই ।

খোমৈ অমুক হন্না শঙ মঙ্গুংগুদা চঙলকই । কেবিন নম্বর মঙাশুবদা নর্স অমনা শঙবিগুনা মচাগু হিদাক কাপ্তুনা লৈবা উরমই। নংথিবনা পৈশা অমা ফাওবা পায়দবা মাগী মচাগু ফিঙৌ শেংপীশিংনা চেকশিন্না সেবা তৌবীরমই । খুংকন পাঙ্গল্লবশিংগী মচা মশুগুমই, শিরবস্থ পেল্লে খল্লকই ।

মপাগু উরবদা অঙাংগু পাপা হায়না কৌরগা চংকে হায়না ফ্রীং ফ্রীং চোংই । মগু উবদা নর্সশিংগুনা চঙলাক্লিবগু অঙাংগুগী মপানি হায়না খঙবা ঙমখি ।

খোমৈনা হায়রুই,—ইচে অঙাংগী হিদাকশিংগু কয়াম বাংলি লৈগদবা ?

নর্স নুপীগুনা খুম্লকই, — ঐখোয়গী মেদাম স্থপরিন্টেণ্ডেন্টনা লোইনা লৈরম্মে, ডিউটি ডাক্তরদস্থ মুম্না শিন্নরম্লে লৈনীংঙাই লৈদ্রে য়ারনি ।

খোমৈগী মচান্দগী হায়ফম খঙদনা হায়দোকখি,— মেদাম স্থপরিন্টেণ্ডেন্ট হায়বা !!

# ইবুঙোগী মম্মা

স্তমিৎ চুপ্পা অমা রিক্সা থোক্লরগা কাদা হল্লিল্লকপদা ঙায়্রি তাচৌ মেবানা কৌথোক্লনা কাব অমু ক্লং থোদোরক্লবা হায়হনা শো চবুন অমা ঐঙোন্দা লংশিল্লকই। ঐস্থ ক্ষিকা ইহোং হোংদোক্লনা গেরেজ হাংত্নুা কারত্থু স্টার্ট তৌরমই। গাড়ীত্থু স্তুমাঙদা থোদোক্লনা ঙাংরমই।

লম কারাস্ব। কনানা লম তকথোক্লরকপদা ঈরম থোংবানকা ইফুন ফুনজিন্নরক্লবা, নোং হাইফেৎতং তাবদা ঈশিং থুম্বনা হাল্লবা মপু পান্দ্রবা লমদমত্থু ঙায়রবা সহরসিগী পংলাপ লাপ্তনা লৈরক মনুংদি খরা চঙশিন্না তারিবা মরাঙ কায়না শারহনা কোম্নুংগুম্না নিংথিজপ্রনা তা মেবাগী খুমগী মমাঙ শক্সোয়দা ভারাদা লৈবা ঐনি। মমায় মমাং থুমজিন্দুনা অংনোক উপশিল্লগা লমজাও শোরোক্লা রিক্সা থোরিবা ময়ামগী মনুংদা ঐস্থ অমনি। থুং লেঙবদগী জীপ কার থোবস্থু খরা হৈহৌই অত্থনা, মরক মরক্কা তামেরানা চংথোক্লক থোংতোকপদা মাগী কারগী ড্রাইভরস্থু ওই।

তা মেরাগী ইমুংদা মী অমা লৈবগুম তৌই। ঙাইহাক্কী মমাঙদা কনানো অমদি চঙথিবগুম তৌবনি কনামো হায়রদি মুম্না স্নেংহৌদে। মনুংদা মী অমা ক্সি হায়বদি খঙই অত্থবু, মপান্দগীদি উবা ফংদে।

কার মন্থুংদা চে চাং য়াম্না য়াওবা উই । তা মেরানা লৌশিনবা কাওরমালে খন্দুনা ইমুংদা থমজিনসিংগী হায়তুনা খোঙ হেককানশিনবদা উরমই তামেরাদি মমীৎ উইশিন্দুনা মাগী ভাথবী চৌত্রিক্তুনা কম্ম অতুগা মনাক নক্ক লৈরি কম্মুতুদা মুপী মৌ অমা । মুপীতু মমীৎতু লৈমায়দা য়েংতুনা লৈ ঐ ভূলকপা উবদা তৌফম খঙদবা হৈনদবগী মতৌ অমদি তৌই । তমেরানা মমীৎতি উইশিন উক্ত শিন্না মথুংতা পেশা ময়ুম অমা প্রৌাক প্রাক লৈরতুনা থারগা মুপীতুদা হায়,— লুপা লিশিং অহনতু পাংগে তৌরনি, অতবু হাজিকম্তি লৈতে অনিসি হান্না পুরো ওকল গাভমুক লাকউ ।

মুপীতুনা পৈশাতু লৌশিল্লি । য়ুমতুদা ইকোক্ত কোক্তুনা ফিরানখোক্তা চাইতুনা য়াল্লিবা ফিরোলতু থুপাচনবা তৌখি । তা মেরানা ঐভোন্দা য়েংদনা হায়রকই,— ইবুংঙো গাড়ি রেডি লৈরক্রা —অহোয়, ঐনা থুমই অতুগা মপান্দা থোক্তুনা গাড়িদা ফমগা তা মেরা থোরকপা ভাইর্মই ।

লন থুম পংরাৎ রাৎতিবা তামেরা য়ুম কৈস্থ মরাং কায়রিবনি অতবু য়ুমগী কা অয়াম্বা মৈ মমই মাগী মপাং কনাস্থ লৈতে । মচা নিপা অমা লৈরিবতুস্থ মীরমদা থবক তৌই পঙনা থোরকপা উদে । তামেরানা লৌম্বা মুপীতু নিপা অমদা অমুক ময়ুম নাইথোকখি হায় অমা অমুকস্থ শিখিদ্রমলে । ভাস্দি, মশাগী চহী লুফুমরি চীনকুরে । মকোকস্থ এপাস্থ ভৌরে । মকোকইস্থ কোক্তে মথন্তা কাদা পংলৈতা লৈবা পুরা অঙাওবনি । মরক মরক্তা মালচ খোঙ্গা

ভম্রগা ঐঙোন্দা চাক থরা খুক্লা হাপ্প হায়্রনা হায়রক্পা য়াওই। ঐস্থ মাবু স্নওম্ম সেবা থরা থরাদি তৌবি।

„খোঙ্ গ্যোনশিনবা মথোল অমা,তায়! তামেরাগা শকখঙ-দবীঙ্গা থোরকই। শক খঙদবীঙ্ মফি ফীরুক খুমজিন্দুনা ইল্লি মমায়ঙ্ ফজনা উবা যংদে। তামেরানা কারগী মনীংগী খোঙঙ্ হ' দোক্লগ' হুপীঙ্ হান্না কাহল্লগা মাগা থংনলা কমদুনা থোঙঙ্ ঘম লাওনা লোয়নশিল্লি।

গাড়ী থোনা হৌবে।,

তামেরাগা শকখঙদবীঙ্গা য়াম্না কোইনদনা ব্রারী শান্নৈ। ঐ মীতোপনি হায়বগী থজিক্লা ফাওবা খঙ্বা লৈতে। হুপীঙ্বু কনানো অঙ্গু খঙদে। অস্নুক লুনা তামেরাগা তিম্নগা নহানু-মথৈন। নোংমতঙ্ লাকবা অতুগা হল্লিবনি হায়তুনা তৌরিবসিস্থ ময়বনি লম্বল অচৌবগী নাক যেংকি থাংমৈ থানগংনরক্লে। মসি ফাওবদা নীংঙাইদনা লৈথোকপা ওস্কীসিবু করম্বা জাংনো খনবদা মমই।

তামেরানা হায়রকই, — ইবুঙো নাম্রম চুথেক য়োগদবনিকো মথোয় অনি ব্রারি শাবা হৌখি। রিক্সা থৌবা মতমদস্থ তোংবীরিবা কাংবুশিংনা ড্রাইভর ঐখোয়বু মীনি হায়না ফাওরা খনবিপোং নত্তে। হুপী নিপা জুরা জুরা তোংবিরগা মথোয় অমবা অমদা ভাওনবা নত্তনা মীতোপ তাহনবা কয়া হুভাইভবা থাকম কয়াস্থ পংঙোওদা ওাওনৈ ঐদি হৈনবে।

নোংমগী অহিং অমদা য়ুমদা হম্বিল্লগে হায়দুনা ইল্লকপদা মুপী অমগা নিপা অমগনা নাম্রম চুথেকসিমক্তা থিনবিয়ু ভাড়া উবল পীগে হায়খি। বাকমচু উসি নিংশিংই, পৈশা খরা হেল্লা ফংগনি খন্দুনা বাকমচু য়ারমই। পুক্লিংদা আশা তৌই লুপা তরামওদগী কুনক্তা ওদি শৌয়ৈ। মখোয়না শানবা বারীদগী খওবা ওমথি মুপাচু লৈশাবীনি নিপাচুনা মাইবনি। মাইবচুনা মুপীচুগী শখজাবী ফহন্নবা হিদাক লাংথক মন্ত্র জন্ত্র কয়া তৌবিবদা ফখিবদগী মুপীচুনা তৌবিমন খওমল্লক্কুনা মাইবচুদা পুরা কৎথোক্লমালে মাইবচুনস্সু লংনবা তৌদনা লৌশিল্লগে খল্লবজাংনি মখোয় চেনবগী থৈকমদা চৎনবানি রিক্সাদা তোংলকইবসে। মখোয়গীসি জীপ কারস্সু লৈ-জদবা অচুগা চেন্দবস্সু য়াদবা-ওইরমালে অচুনা হোবে হোবে তৌহনা রিক্সাদা চেল্লকইবসে। মুপাচুদি মাইবচুগী য়ুমগী মুপীচুগা মচে শক্কুনা লৈমিল্লক্লগে হায়দুনা মপুক্লিংবু ইতিং তিংথোকই। রিশাচুনা চেনবা ফাওবা জীপ কার অমত্তম্ম নেকপা উনজদবা চুদৎনবা মানা মুপা অপওবীচুদা সনা শাবীনি, মানা শেম্বা হিদাক য়োনবা তুকান ফার্মাসিগুম্বা অমা খুলিরগা মুপীচুবু ফমহনগনি অচুগা য়ুমগী মুপীচুনা চাক ঈশিং ইমুংগী কুপ্লোম পুহনগনি হায়দুনা বাশক্কুনা হায়প কনাগী অহানবা অওাংচু নিপা ওইহন্নবা শোয়্-রোইদোবা লাইরা ফাওবা লেপনবা লোইগ্রে। মচানিপা অহন্দু পোক্লপদা যস্তীদা চাক তৌগনি। চাওরগনা ডাক্তর ওইহল্লপা মপাগী যাচু মস্লচুস্সু পুমা হৈহনবা অকাওবা ওইহনি হায়নরে।

অহুবু, কদায়দগীনো মীয়াম অমনা তান্নরক্ত্না মুপীহুবু মুন-বীরে মবুং মৌপ্‌্বাশিং ওইরমালে নিপাহুনা প্রলয়দা শল ইরোইদা ফুবগুম যৈবিরে। মুপীহুদি কদায়দগী মশাহু নিপাহুদা কৎথোকপ্র-বনি হাযহুনা ফ্রং ফ্রং চোংবকাহু করিমত্তা কান্নখিদ্রে মনমদা তৎতুনা তোকই। ভাড়া খরা ফংগদ্রা হায়না চৎলুবনি অহুবু কদায়দগী তৌনবিবা ফিভমহুদা কনাদগী ভাড়া লৌরুগদৌরিনো রিক্সা ড্রাইভর তুসু থীল্লু কা হায়রক্রবদি লোইরেদো। মখোয়না খৎনরিইদা পাইহুনা অহুম চেল্লকখি।

গাডী মনুংহুদা মুপীহুনা কেথনা হাযবা অমা তারকই, — তামো কৈথেলহুম কাখিসিদো, ঐদি অনৌ অপেন থরা লৈনীংই।

— কৈনে! ভানেবানা বাহৈ সিমত্তমক থুমই। অহুগা ঐ-ঙোন্দনা গাড খান্নবা হায়রকই।

গাডী খাম্মে।

পুলৈবোম্বা থোংনাং মখোঙ য়োরে। ঙানা অমুক্তোইবা তাওবে মীনসু ক্ষিঙৌ ফৌরে। মখোয় অনি গাড়ীদগী কুমথরে। তামেরানা ঐবুসু গাডীদগী কুমথবক্রবা হায়বকই।

মুপীহুগা তামেরাগা মুংঙাইবা সংসার অমদা তাওহুনা লৈব-গুবই। ঙায়োনবী লুক্ষমায় অমদগী লুকমায় অমদা চৎ চৎতুনা চাওর চাওরবা ঙা মন্নাম অমা অমগী মথং অমা মুপীহুনা মমল হুল্লকই।

চাওরবা রৌ অনিথক লৈরে। মহুগা পাক্সনবা হবাই থরাক খামেন অশিনবা মরোয় মপাং মরাঙ কায়না লৈরে। প্লাস্টিক খাও

অমম্মদা তোঙান তোঙান হালহল্লগা ঐভোন্দা গাড়ীদা হাপ্পনবা হায়ম্মই। গাড়ী অমুক চৎপা হৌরে।

ঐনা অসুম উবদা ওসাইদগী শকখঙদবীত্নূনা হায়রিমখৈ তামেরানা হীক্লোকপা কৌবা লৈতে। মখোয়গীসিবু কদায়দনো হায়বতদি খঙবা ঙমদ্রে। লৈরিবা পোৎতাসিগা হায়রুরবদি মখোয়গীসি কদায়দনো অমা অহিংসিমা লেল্লরগা মহুদা থোং থাকউনবা মাল্লি।

সুপীত্নূনা হায়রকই, — অা মমাওগী সনাখোংনাং পাম্বী মখোঙসিদনি।

তামেরানা পম্বদনা হায়রকই, — ইবুঙো গাড়ী থাম্মুহ।

তামেরানা গাড়ীদগী থুনা কুমথরগা পোৎ ময়োমত্নূগা ডা অমগা সুপীত্নূদা পীরগা হায়রকই, — ঐ থোঙ্গান্দি য়োরারোই, ককদে, নং করিগুম্বদা পৈশা দরকার লৈরবদি হেক্লা লাকউ।

ঙাওনরিবা মতৌসিদি ঐনা খল্লম্বদ্দাদ নত্তে, অদুদি করিনো তৌরিবা মতৌসিদি!

সুপীত্নূ কারত্নূদগী কুমথরক্লে। মহাক্না ডাত্নূগা পোৎ ময়োমত্নূগা মখুৎ অমমমদা য়াল্লগা মোমোন নোক্না বাকম অমা হায়রকই, — তামো হয়েং ইবুঙো লুহোংবদদি ঐনা কুজবা য়াগদোরিবনিকো, অনেক ইম্নফিকা লাঙত্নূনা লৈরবনি।

বাত্নূ ঙাওবা লোইফাৎত্রিডৈদা তামেরানা পীগুম শুকথনা খুমকই, — হুং! মহুদি য়ারোইবো, মহুদি মমা তনা তাঙনা ফংবা

থুদোংচাবনি, নংদি অতোপ্পা য়ুম অমগী মৌ ওইগ্রবনি, নংনা করম হায়না ঐগী ইচাগী কুজবা য়াগদোরিবনো, নং পৈশা দরকার লৈবদা অত্তুম য়রাকউ, অহূবু হৌজিক্কি বাকমতুদি হায়রকয় ।

গাড়ীথু মমায় লৈরকই । তামেরা হন্না কাওবা য়েংলম্মদে । থুপীতুদি ফুন্নংনতুনা লেপ্তুনা লৈহৌই । হংনীংবা বাহং করা কয়া ফাকই অতুবু, হংলুবা য়াদবনা থওনীং থওনীংনা গাড়ীথু থোরকই । ইকুই কুইদনা কোম্বোং অমুক য়োরে । তামেরানা চুমত্রিং চওত্তুনা থোও শো হাংদোক্লগা ইমুংদা চওখি । পোৎ ময়োমতুগা ভাতুগা গাড়ীদা অতুম হুন্দোক্লমই ।

গাড়ীথু গেরেজদা থোজিল্লে । শোতুগা পোৎ ময়োমতুগা পীগে হায়ত্তুনা চঙ্লবদা তামেরানা শোতুদি লৌশিল্লি অতুগা পোৎ ময়োমতুগা ভাতুগদি ঐগী ওইজরো পুথো হায়রকই ।

ঐনা খুমই, — ঐদি স্থকরাম য়াম্বদি কৈদৌনদৌরিবা, ঐ লৌজরোইদা ।

তামেরানা খুমকই, — ঐনা পীরগা কৈদৌমা লৌমোইদৌ-রিবনো ।

লৈমায়দা থম্লিবা পোৎয়োমতুগা ভাতুগা পায়থংলগা ঐনা ইথন থগাহৌদনা হায়দোক্লুই, — তাদদি ওসি কলেজ য়ামা তৌথোক্লেদা মোন্দাস্থ য়ামা হুংভাইদা উই ।

তামেরানা ইথৌ থৌওইদনা খুম্নকই — মহানমথেদি য়াম্ন রাম্না উঠ্রানে, ওসিদি মুপী অমা লাক্লম্বতুদা য়াম্না সুংঙাইরম্মনি সিরা ? নংবু মুপীত্ কনানো খঙব্রো ?

ঐ খুমদনা তুমিন্না লৈ, মরমদি ঐ মুপীদো কনানো খঙদে ।

তামেরানা বেরী অমা চমথৎলগা, মৈখু কামথোক্লগা মচীন্দা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, — ঐথোয় ইবুঙোগী মমাত্নিনে ।

ইঃ ঐগী চীন্দগী খামহৌবা নংদনা খোন্থোক অমা থোকখি । ঐনা তাবদা তামেরানা লৌরম্না মুপীত্ মচা মরা হুন্দোক্লম্নগা অতোপ্পদা মরুম পান্থোকখিবী তৌঙম্বীনি হায়না তাখি । মতম অমা তামেরানা ফিভম চারমদবা মতমদা খুদোংচাবা য়েংত্না অতোপ্পদা চৈন্নখিবা ওইরমালে ।

ঐনা হায়রকই, — তাদা বেবহারদি থোক্তে, ঐদি পৈশা পীবদি লায়রত্না মাঙোন কাহল্লোইদবনি, খোঙ্গুল রাই তৈগদবনি, খুউ পাম্নগদবানি হায়নীংই, তাদগী পুন্সিবুদি মাঙহল্লম্মে করি মায় পুত্না চঙক্লিবনো মসিদি তশেংনা উশাংতবনি ।

মানা ঈংনা খুম্নকই, — করিগী তাল্লুগদগেনে য়ুমদা চঙজরক্লবা মীবো ।

চিং চিংত্না ঙাঙলত্না মখা অমুক তারকই, — ইবুঙো মী হায়বসে তম্বা ওমদেনে, মসিনি লাইবক্তা তম্বা হায়বসে, মরায়বক থীত্না মাগী লিপাত্ ফিভম চাত্রবা অমা থোক্লবরজাংনি । হন্না য়েংবদা কনা উরকত্রত্না অমরোম্মা মীত্ খঙহন্নিংদত্না মম্না

মতমসিদা ইকাই ইকি হুন্দোক্না লাকচরিবা জাৎনি। কদায়-দগীবু নিংশিংলক্লিবনো পুরা চহী কুনমঙাগী মতুংদনি মামা লাক্লম-ইবসে। অতৈগী লাক্লগা নত্তে পৈশা হংবা লাক্লমইবনি। ইয়াম্বগী পৈশা য়াম্না লৈ। মাগী অৱাবহু পৈশা খরা ফংলগা কোক্কদবা লৈরবদি মাদা মুঙাইথ্রসনুনে। অহিং ওইরে মথন্তা হনবা খুদোং-চাররোই হায়হনা নংবু হৌহনা থিন্দোকপিরুবগী বানিনে। নগ্রবদি ঐনা নংবু হৌরমগন্রো।

তামেরাগী ৱাখলহুদি মীগী থাক্তগী য়াম্না বাংখৎপ্রবশিংতনা ভাব তাবা ঙমগদবনি ঐনা ৱাখলহু য়োবা ঙমদবনা ওইবা তাই৹ ঐ ভাব তাদ্রি।

ফক্লাংগী ঘড়িদা পুং মাপল তারে থঙননবা কাংশী য়ৈরক্কই। তামেরাদি করিমত্তা খন্দনা মমাঙদা সত্রং লাইয়ুমহু থাংদোক্না মথন্তা পো চংপা হৌথিরমই।

# মীয়াম থোকসিরা

# মীয়াম ফমসিরা

পুন্সিদা তৌরু তৌরুবা থবক্তা নীংহন্নবতা ফংই। তোয়শিল্ল-কপদগী থেন্নুং পাংইক ইকাইরক্তে। হন্দক্তি য়াম্না ফবা খুদোং-চাবা অমা লাকই মতুদি সাইকল লমজেন য়াওবনি মপালকাংজ্রে-বুংদগী বাংজিং ফাওবা থৌরুরগা অমুক হল্লকপা মতুদা হানবা ত্মান্নবনি। অহানবা মনা লুপা লিশিং তরানি। পুন্সিদা থৌ লৈতনা সাইকল থৌ থৌ শান্নবদা থবক লৈতনা ঙসিফা এবা থৌহু-নতা য়াকপনি অতুনা লমজেন য়াওবা ঙম্বদা নত্তনা পোজিসন অনা লেপ্পদ্রি পুংবা রাগদবা নত্তে। অমরোমদা হৌজিক কালগী অঙাং-শিংসি মচীঞ্জাক মচি ওইগদবা অমত্তসু চাবা নত্রে মফম মরাং খঙদবা থরা পংথক থক পংচা চাশিনবনদি ওইবা য়াপোৎ নত্তে হকচাংদা পাঙ্গল ওইগদবা চিঞ্জাক দরকার লৈ হকচাং উইবা তাম্ন-গদৌরিবনি। হন্দক্কি সাইকল লমজেন সি চহী নিফু শুবা চহী ১৮ গী মথক নিপা মথৈ লোইনা য়াওবা য়াই।

থেন্নুংনা খল্লকই হন্দক্কি মতাংসিদা মাগী মতৌঙতু চপ চানা উংথোক্লবা মতাং হায়বতু হেক থোক্লে। মীপুম খুদিংমক্তা থঙনরনি থেন্নুং হায়বসি তৌথোবক্রবদি হিংচাবনি হায়বসে নহানি হায়তুনা কৈদৌনি থাবল চোংফম অমদা মথা ফনবা কৈগন পান্বোম লিংবা

পাম্বং অমত্তুরু উবা ফংলক্লবা জেকেৎ খরা লীংশিন মকোই খগা খাকচিন মোজা য়াওদনা কি খোংউপ খরা জোংশিন মতম্মগী কেরবনি হায়রবা তৌজ শারিবা নহাশিংসে চউরবদা সুপরুকাইন চেঙনা চউরবা নিশা মখল শুনা চাবনা চাউখৎপনি খল্লিবা মখোয়-সিবু চংলে অনৌবগা লোক্তাক্কুগী কাবা খোংনা মেঙনা হাওবা পেঙবা থল্লাকী মহাও কা হায়রবতু খঙজহৌবা জাৎলা । বাক্কুনি-সুমিৎতা সপাদা বাক্কুনি কাক্কুগে হায়না নিংঙাই তৌরক্লবা য়ামা লৈদবগীদি যুমদা হক্তিল্লক্লবা ঙম্বা নহাশিংসে হন্দক চপ চানা খঙ-হনবা তারে হায়দুনা মশাগী চহী নিফু তানখৎলক্লবা থেম্বুং চপ য়ুংনা লেপখ্রে ।

যুগ্মোন্নবদা লৈবা অহল থায়নগী ইংলিসকি পিস্তেন হম্বর তোংবা অমা ফু ফু কানত্নুনা থমজবা মাগী সাইকলদু রায়গে হায়রু-বদা উচিন ন্যাচিল্লা য়াবিরক্লে । হয়েং গাড়ো থোবা সুমিৎতা শেৎ-ননবা অঙৌবা শান্নখোংনবগী ফিজোলশিং তুবা লোইরত্নুনা তৈয়া-রিদা লৈরবনি । থক্কনবা য়েক্কম, গ্লুকোজ সেল্যাইন, কমলা মহী শুনা পৈত্নুনা থয়ে । থেম্বুং রাখল খরা মুংঙাইরে অরেম্বদা তুমিল্লা, লৈদো শরুক খরা মীমাঙ থোকপদু কৈ খুদোংচাবদু পঙনা লাকপা নত্তে । ঙরাং অযুক থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংলুবদগী দাই হন্দুনা লৈরম্বনি । থোকখিবত্নুদি কৈগু লৈবা রা নত্তে । ঙরাংদু, মচন মুপী অমা নিঙোন মরা য়াঙং ইলহন্দুনা লৈবা মালা লুনা তৌজবী মচন মুপী অংতোম্বীদু স্কুটর অমা লৈক্করে হায়ত্নুনা থোবা

হৈত্তা হৈতা লৈবহ্ তপীগে হায়হুনা ময়াম্না বাকিং চংনবা মতমহুদা থোক্ল,বনি। গাড়ীহুনা মরোল অমা মুস্তাইবহুদা খরা কন্না লৈখংতুনা চেম্নকপহ্দা বাকিং চংলিবা মুপী নিপা ময়াম অমা লৈরম্বহুদা গাড়ীহু তপথহনবা ঙমদহুনা থৌজিল্লুবনি থেন্মুংনা ব্রেক ব্রেক হাযনা হায়রু- বহ্দা গাড়ীহ্ হেক ব্রেক নেংশিল্ল,বহুদা শীৎতুনা ওনমিল্লবনি। মহু ফাওবদি করিস্নু কায়দ্রি মরমদি অশোক অপন য়াওরবস্নু খরা ফোং- চিন পুনশিল্লগা মরাইনা ওইশিঞ্জরকনি । অহুবু, য়াম্না শেমগংপা য়ারোইদবা মওংদা শোকখিবদি থেন্মুংস্নু অয়ুক্লি হায়নগা তৌরে কালেনগী মতমনগা ওইরে মোজাফুরিৎ নিমাই অমা লৈংলগা থাও তাইদবা লুঙ্গি অমা থোক হেক কোয়শিল্লগা থোরকপনি। গাড়ীহ্গা ওনমিন্নবদা গাড়ীহ্গী মচি অমনা কোংতুনা মাগী লুঙ্গিহ্ চেন্দুনা পুবিগ্রগা মাবুনা ঙৌরোক ঙৌনা মীয়াম মমাংদ্ধুদা লোংথ্রাক লোংনা থাথহুনা থস্বীরম্বনি ।

বাকিং চংপা ময়ামহুস্নু মতেং পাংদ্নিংহুনা চেনশিল্লক্কে তৌরু- রম্বনি অহুবু, তৌরিবা মতৌহুদা লোইনা হন্দোক্লগ্রবনি। থেম্ব,ংদি নাবহুগী মথক্তা হৌগংসি ফজদা হিপ্প,না লৈবস্নু য়াদা উপ্প,না থাওগ্রবনি লুঙ্গিহুনা খরগা নক্লা তাদ্ধুনা লৈরম্নবস্নু ফৈ, মহুস্তু নত্তে। মওদা থোক্কদবা থৌদোক্লি ।

মচন্দুনা অল্লাবিক্কা কাঁওবমথৈ মাগী ইল্লিবা ইন্নফি মতেক অহু লংশিল্লকপহ্ শেংলগা অহুম পাইহুনা থৌরকগ্রধনি । লুঙ্গিকাহ্ ইকাইহুনা খুল্লকত্রে । কদায়দগী মচীন ক্লৌশ্ন,া কদায়দা শোকই হায়বা ফাওবা হুংনগ্রবনি ।

ঙসিদি অয়ুক আসে লিবি লিবি মুংশিংনা হৈনম লৈনম পুরদুনা উপাল বাপালসু অনৌবা য়েনাং হুল্লদুনা অনকপা কুরাও পাম্বী মপাল মবক্তা খোইনীং লাবা অমোম্মা নোক্পা নোক্পা হুই খোংলদুনা হুংশি পাওমেন্নরি। তৌরু তৌরুবা থবক পুম্বা মঙ্গল ওইগদবা মাল্লি।

কাংজৈবুংদা হাপ্পনা সাইকল লমজেন য়াওগদবা নহা অহল মযাম অমা পৈদুনা লৈবম্লে। থেম্বুংবু উবদা মাবু খঙবা ময়াম অমা মপুক্লিং খোগংলকই। পংকুই কুইনা পল্লে লমজেন্দু অত্নম থাবে। লোংলৈ দং লাঙনা কাপ্পকই। মযাম কাংজেবুং লাম্ভাক্লুনা ইন্দো বন্মা বোড়লোংদা থরায থুবাক্তা হাপ্তুনা থোথনবি রাংজিং লোম তম্লা।

থেম্বুংসু চমইবাগী কল্লা খুনেৎ ওংলমই। সাইকলদুনগা সিস্তোন হুম্বব ওইবহুদা ঙংদুনা চেল্লমই। মহাক্তা ফনা শাংনা মাঙ থারমই। মহাক্তা খল্লি অতৈ'প্পা বাখল অমদা খন্দোক্লুনা লৈবনা চুম্পা তাবে। ঘুমল্লোম্নবা তাদা সাইকল মপুত্নু নিংশিংলকই। মানা নহানখৈ সাইকলসিনা থাগী থাত্রং কোযদুনা শা থোকপা মখৈ চৎলিবসিদি সাইকলসিগী গুনসিননিদনা, কার তোংবমুক মুংঙাই সিনবু ওইরবদি অা মোরে কহো ফাওবা ইরায লাযনা থোবিগে। থেম্বুংনা খল্লকই য়াদি মুংঙাইবা মশক খঙলমদ্রেদনা হৌজিক শাখিদ্রবা সুপর সাইকল অমনবা অমগা মানা তৌরম্মিবসিদি লোই- রপোৎনিদনা।

রাখল অমা তৌরিভৈদা ইখঙবু খঙহৌদে, মী ফনা য়াম্না থেম্বুংবু বগল লৌখৎত্রে। শিংজমৈগী চীংঙাগী অঙম্বা কারকপদাদ মহাক শদো থোংবদা নত্তনা মীৎ তন্দন পাইরকই। উচিন নাচিন্না অঙম্বা শরুক্তু লোইরে মী কুনথ্রামুক অমগা হেনগৎনত্রে।

ঙন্না মমৈ তাহৌরবা থেম্বুংনা খল্লকই, — মৈস্নাম নৈকাইগী ইচে রমনীহু পীজ পীথক ফগ্রবনিদা। ঙমুলরো কাংশোইগা কাংহু মপাল মেৎপা অমগা ঙাকিজৌগী ঙারৌহুগদি ঙানম থুম্নম্না হাওবনিদা। কদায়দগী রৌনকা হাইজিনবা য়াপোৎ নত্তে।

থেম্বুংনা খল্লকই, — হন্দক্কি মতাংসিদি হকচাং থাকপা খরা রাংহৌরমালে, তৌববুদি ঙমদি ঙম্মি অহুবু, অঙাংশিংসিগ তান্নরু-হুনবু করি কান্নগবনো।

লেংথৈননা পরেং পরেং হেনগংনবকপা ময়ামদুদা মীযাম্না মপুক্কিং থোগৎপিহুনা লাওনরিবা মতাং অনদা থেম্বুংদি থুনা চীংঙা মথাগী লংখেলদা খুরুপ থাহুনা থৌরমই অমহুং থুনা য়াংনা মাইস্নাম নৈকাই য়ৌরনই।

মপুকচেল চাওবী মচে রমনীদো মবুক চাওবা মৌপ্না মাবুদি লুনা তৌবনি। থেম্বুং পম্বা তৌদনা মচে রমনাগী কোম্নোংহু লানশিন্দুনা জুক্তি ময়াদা গাড়ীহু থাম্মই। আশা চাওনা মাঙ্গেংন্দু ক'রকপদদি মমাঙ থোঙজাওহু শো লোনবা উরমই। করি উপাই লৈরি, খল্লকই, খরা থেঙজরবসু হৌজিক অমুক থোক্তুনা লম-জেন্দুদা য়াওশিল্লুবনা লেমগদৌরিব্রা। চাকসু শোয়রে পৈশাসু

শিকি অমা কাওবা য়াওদে । লমজেন য়াওখিবা ময়ামদো তাম্ন-ৱবদি লিলোংদকাদি ফংনিসে অতুবু, কাম্নদ্রে তৌগদবা অমা তৌবা ফৈ । স্নম থোৗথরগা লাংথবানগী খৌবুম খুলদা লৈখিবা মরুপ গাইপুইচুং খোয়রোমদা ওইনা হাইথরুবনা চুম্বা তারমালে ।

খরা থোৗথরগা লৌবুকওাক্তা তারক্লে । মরক মরক্তা য়ুম-দোমপোক খরা লৈবা উই । থেম্বংনা শেৎলিবা ফিজোন্দুনে লাকইবা মফমতুদা লমহাংদা থবক শুনরম্বা লৈকাইগী পুখ্রিদগী ঈশিং হোনবা চৎনরিবা ম্নুপী অঙাং পুম্বা নোক্তনা চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ । তাঞ্জাতুদা য়ুমদোমপোক অমদগী অহল অমনা খোঞ্জেল ৱাংনা ৱাংনা কৌরকই, “হো চৎলিবা ইবুঙো খুড়াদা ঙাইহাক্তা লাও ও, য়াম্না থুরে” ।

থেম্বংনা গাড়ীদগী কুমথতুনা য়ুম অতুদা য়েংশিল্লুবদা ওন্তোকপা ফিভম অমদা অহল অমা অবাংথংবা য়েনখাদা তুথরক্লবা অৱাথবী পাম্বী অমা ঙাক্তনা ওন্তোক্না ৱানা হুমাং কাবমথৈ মখুৎ থাদোকপা য়াদনা কনানো অমতং লাক্লবদি হায়তুনা ঙাইতুনা লৈম্নকপা কুইরমালে ।

অহন্দুনা হায়রকই, —ইবুঙো ইপাদা অৱাথবী পাম্বীসি য়ুমদা থেংহন্দনা অমুক্তা থাদসি পম্বরম্ভু ।

থেম্বংনা সনা খুদোপ অতুনে ঘড়ি অতুনে লৌথোক্তনা মাঙ্গোলতুগী মচি অমদা থম্লগা, ভাব ইতা হেক তাদমথৈ অহন্দুগী মতেং পাংলমই ।

থেম্বুংনা হায়,—খুড়া উসি য়ুমদা ঙাহল্লগা তপ্পা থাদবা য়ানি।

অহন্দুনা খুম্নকই, — কদায়দগীনো য়ুমদা থেংহন্দনবগী দমক্তনি নংবু কৌরিবসে, য়ুমদা থেংলবদি লোইরেদনা ।

অরাথবী পাম্বীদু য়াম্না রানা য়ুমদা থেংহন্দনা লৈমায়দা তুহল্লমই। অহন্দুনা শোর অমুক্তং হোন্দোক্লগা হায়রকই, —মতুং মনাও নখোয়স্থু খঙঙু, অরাথবী পাম্বীনা য়ুমদা তুশিল্লবদি য়ুমদুগী অহল অমদি চৎপা শোয়দবনি। ইপানা খ্বায়দগী অহলনি য়ুমসিদদি অদুনা নোং মুংশিৎতা অরাথবী পাম্বীসি তুবক লাক্লবদি ইপাদনি মাঙজবা হায়দুনা মুংশা থাদুনা ভাস য়াম্বংলবনি।

সাইকল থোক্লবগী কম্নাক মরা তি বদুগী মথক্তা অরাথবী পাম্বীদুগা মুক্না শান্নরুবদুদদি হকচাংদু হাপোই হাপোই চাক্না য়াওদবগা থেম্বুং মুংপাল ওন্দুনা অহন্দুগী সযুমদুদগী থোরক্লমই। কোন্থোং মপান্দা খাম্লম্বা সাইকল অদুদা কনানো অমনা পায়দুনা চিংদুনা করিনো অমা তৌরি। থেম্বুং লাকপদু নিপাদু উলাকপোৎ নত্তে। মশা মউদু মরৈ মরৈ তাবা মুশিন মুবা নিপা অমনি কিদুম কিক্কে। মানা থেম্বুংনা পুরকপা সাইকলদুগী পিথ্রাইগী মন্দিলাগু ফক্কদবগী শিরগেমখৈ হোৎনরি।

থেম্বুংনা খল্লি হুরানবনি হায়দুনা হেক্তা লাওরসিরা, অমুকস্থু থম্বরকই মদুস্থু চুমদে নিপাসি মহাগী মলনি যৌগে হায়রক্লবদি হোজিকপু অমুক ঙম্নরোই।

য়াম্না খন্থরগা থেম্বুংনা লাওরমই, — ইবুঙো ইয়াম্বগীদু ট্রাই তৌবিক্লরম্মু, রেপিড য়েশানগ্রবনি খুৎলাই য়াওদ্রবাদি ফকপা য়ারোই।

নিপাদু থংযেং অমুকক্তুং যেংলম্লগা মনীং তেকথোক্ত্না চেন-খিরমই। থেম্বুং রাই ইশং শংলমই, থল্লকই, তসঃ কমদৌই, মীসি য়েবা ঙাক্লনা চংনপোৎ নত্তে। পোৎস্থ মাঙদ্রে মীস্থ খৎনহৌদ্রে ফবে।

পুং কযা তারবগে খঙনীংদুনা ঘড়ি যেংগে তৌরুবদা খুদাংদা ঘড়ি যাওরমদ্রে। থংনীং নিংশিলকই, ইম্বুবদুগী মাঙ্গোন্দা ঙাই-হাক্লি লমাংদ থম্লগনি। পন্থবা তোদনা মন্দিলা ফক্কে তৌরম্বা সাইকলদু হন্দুনা অমুক চঙলকই।

অহন্দু মাঙ্গোন মচি অমদা কৈদৌবিংনো পাকথদুনা কবিনো অমা তৌবমই। থেম্বুংবু টবদা ইপা পাখৎনা হংলকই, —ইবুঙো করি কৈদৌবা যাওবে ইচানা চঙলকপবো।

থেম্বুংনা খুম্থম খঙদনা লেবম্বদগী পাইরক্বী লৌশিং অমনা খুমদোকখি, ঈশিং গ্লাস অমত্তা থকচখিগে তৌবনি।

— যে যে ফনি ফনি, তোতিগীদি নক্তেদো হৈনগদ্রা?

থেম্বুংনা খুমই, — ফমনখ্রে, ঈশিং হাযবসিদি পবিত্রনি।

অহন্দুনা ইমুংদা ঈশিং লৌবা চঙখ্রিঙৈদা থেম্বুংনা য়েংই। ঙসাই মানা থম্লম্বা ঘড়িদুগা খুদোপকদু মফমদুদা লৈতে। অহন্দুনা লৌশিনবিরম্লবদি হেক চঙলকপদা অদুম হায়রকপা য়ারবনি।

মতুস্ত নত্তবনিনা মানদি লৌদ্রমালে খল্লি । অতুবু, মানা নত্তনদি ফনানদি লৌদৌরি ইমুংতুদি মা নত্তনা কনাস্ত লৈবা নত্তে । অহন্দুনা পায়রম্বা খুদৈ অমা ইমুংতুগী হেক চঙশিনবদা লৈবা মায়োমদা য়াল্লমই । থেম্বুংনা য়েংবদা করিনো অমা খুদৈ মচিদুদা কিরি । মানা ফৎ চঙশিল্লগা য়েংবদা মাগী খুদোপকা ঘড়িতুগা ইরেন্ননা য়াওতুনা লৈরম্বা থেংনরে । মতু থুনা লৌথোক্লে অতুগা শুমাঙদা কুমথতুনা লেপ্লমই । উচিন নাচিন্না ফংদি ফংলে লুতোন শাং-লুরবনি ।

অহন্দুনা চাইতেংকোং অমা পুথোরকপা ঈশিংতু থাঙ্গৎতুনা খাঙৈমুক থক্তোক্লগা চৎচরগে হাযতুনা গাড়ি ইন্দুনা থোরক্লে । ঘড়িগা খুদোপকতু শিবা হঙ্গোইরতুনা ফুরিৎ থাওদা ওইনা হাপ-চিল্লে । অহন্দুদি চাওদম শাংদম্বতা নত্তনা মথুৎ মশাস্ত ফনা নিং-থিনা শাংলম্বা জাৎনি ।

থবায় শিনিংদবা অহন্দুস্ত, সাঈকল লমজেন্দগী মীচেন ওইবা মাস্ত, মন্দিলা ফক্কে তৌরম্বা তাকতুস্ত মাঙস্ত মাঙদে তোংস্ত তোংদে । থবায় শিদ্রিঙৈদা চেলহৌবনা কৈ খন্দুনা থেম্বুং সাই-কল অমুক থোগৎলকই । থল্লকই, ময়ুমদা হজ্জিলহৌবনা লেম্বা তাই । মরুপ গাইপুইচুংতু লৈরম্বস্ত য়াই লৈরমদবস্ত য়াই ।

চাক লামথৎলকপা অমগা লাইখুৎশাংবা অনি ওক্লরুবগী জ্ঞান থরা মাঙবগা লমখন্না পুরবা মীগুম কদায়দা চৎলিবনো খঙদনা থেম্বুং সাইকল থোগৎলক্লমই । হৌজিক্তদা থল্লকই, য়ুমদা করি

মায় পুন্থনা হক্তিনগনি । মীমাঙ থোক্লবা হোৎনরুবসিদি মীমাঙ ক্ষমহুনা তোক্কদৌরি ।

থৌনা থৌনা চীংঙা মখোঙ অমুক য়ৌরকই । থেম্বুংনা ব্রাফম অমদা ভাব খংতা তারকই । লম্বীগী মচি মচিদা সাইকল লমজেন হন্নরকপা ঙাইনরমই । থেম্বুংবু উবদা হায়নরকই, য়ৌরক এ য়ৌরক এ । খরা অহল লেংমান্নবা খরানা লাওরকই, —থৌগৎলো থৌগৎলো নংনা ফার্স্ট তারে । খরনা অমুক হায়নৈ, ঙসাই মাঙ থাখিন্থনি ওন্থোক্লা ঙন্না খুংঙরেদা নহাদগী অহলনা হেনখ্রেদনা করিমত্তবু ব্রাবা মান্দেনে ।

থেম্বুং স্বায় লাওই ! হৌজিক করি তৌবা তাই অশেংবহুন্থ হায়রুবা য়াবা নত্রে অহুবু ইকাই খাঙদগী কম্না থৌগৎলি ময়াম্না মসি ব্রাংজীং য়ৌরুরগা থৌগৎলকপনি খন্দুনা লাওশিল্লকপনি অশেংবহু খঙনরক্লবদি কমদৌবা অহুবু থেম্বুং অহুম কম্না থৌগৎলি ময়াম্না খুবাক খুহুনা লাওরি থৌগৎলু ! থৌগৎলু !

# চীংখৈ ঙানবা

লৈমায়দু ইং ইং লাওই হায়বা খঙবা ঙমই।

অহিংদু শুক শুনা মমই !

অকোয়বদা লৈবা উ ৱা পুম্বা মুশুক মুশুক লেপ্লুনা লৈরি।

ঐ ঙসাইমখৈ তুমদুনা লৈরুরেনা। হকচাংসিম্ব নিংথম চল্লি। কৈনো মখোল অয়াকপা অমম্ব তাখি। হকচাংসি থীরুম থীরুম তৌই তূ চুংই ! খঙই যুম নত্তে লৈরিবসে। অদুদি কদায়দনো !

ঐ ফুক হৌগৎলকই। তুগে তৌই হকচাং ইপং পঙথৈ। খঙলে ঙসাই ঐনা চঙলকখিবা যুমদোম্পোক্লুনি। মী কনামত্তা লৈতবা জাংলা। ঘড়ি অমা শিারবসিম্ব মৈ যাওদবনা উদে অদুনা পুংশিং মতমম্ব খঙদে। মথক্তি কুপ্পা খাজিন্দবা মফমদুদদি থৱান-মিচাক্তি উবা ফংই। মৈ অমওং য়াওরবদি ফগদবনি। অকোয়-বদা লৈরিবা মুশুক মুশুক লেপ্লুনা লৈরিবা পোৎ পুম্বা করিনো অমত্তা মশক খঙদে চোংশিল্লক্লুনা খোঁরিসি মেৎলগদবা মাল্লি।

ইবুঙো নংবু নশা খরা ন্নুংঙাইরব্রা !!

ঐ শ্বায় লাওই ! হকচাংগী মিহুলসি দং দং লুল্লকই। অদুবু মীগী মখোল অমা তাবা ফংবসিদা পুক্লিংসিদা লৈরম্বা অকিবদুদি থৱামখৈ মাঙখিবগুম তৌরে। অদুবু মখোলদু কদোমগীনো থঙ্গা-নদুনা লৈরিঙৈদা মী অমা লেপথৎলকপা উই। মৈ মম্বনা মহাক্কী মমায়দুদি উবা ফংদে।

সাগর সঙ্গমদা লমুক্লববা লম্বীচৎপতুদা কপালিক্লা হংলকপা ব্রাহংতুমক নিংশিংলকই. লম্বীচৎপা লম্মুক্রববরা ? নাইতোম তারু-বদগী মী অমগী মনাক নকচবা ফংবদা লম্বীচৎপতুনা কয়াদা হরাও-জরুবা। ঐব্ লম্বীচৎপতুগী দষাতু তাদোরিবরা! কনানো হংলি-বসিন্বা থন্তবা ঙমাদ পাওখুম পীদনা থন্ততুনা লৈ। লা তক্লবতুম হেক্তিজিল্লকই কোকসিস্ ইথন থন্তবা ঙমদবগুম তৌই।

শকখঙদবতু অমুকস্ রা ভাঙলকই, -মরাইনা ফজনিদা। নংনা ঙরাং চীংথক্তা কারুবতুদা জাং নাইদবশিংতুনা গঙ্গা হাপ্পা কবোক খোযতম পীক্লবতুদা নংনা শাকুতনা তৌবনি করিস্ তোরোই। নোং থানগদবস্ কুইদে। নোং মাল্লগা চৎলু। ঙরাং তৌরক্লিবা মতৌতদা নং সিদা অতিং লেম্রসনু হায়তুনা ঐনা নংবু শঙলিবনিনে।

হেন্না ঙকই. কনানো মহাকপো। রাক্ষম পুম্বদি মাদি কনানা হায়তুনা খঙলিবা। অতুবু হংলমই, — ঐগী সাইকলদি ?

— মপান্দা লৈননে, ঐনা লৌশিন্দুনা থমই।

ঐ অগ্রক হীপথবমই। হকচাংসি হৌ হৌ চীকই মমুং থীংনা নাহেরগা মুংঙাইবা ফাওই। হীপ্লবস্ থরো থরো ওল্লগা মুংঙাই। নিপাসি কনানা য়াম্না খঙনীংই অতুবু, করম হায়না হংলুনি। অমা খঙদে অমা খঙদে মহাক লৈপাকমচা তাবা মী অমদি শোয়দনা ওইরে।

ঙরাং চৈরাওবগী চীং কারকপনি, য়ুমদি লাপহোরে। চৈরাওবা মুম্বিংতা লমদম থুদংমক্তা অনকপদা লৈবা চীং কাবগী

চৎনবী লৈ। হন্দক্তি চীংখৈঙানবগী চীংসিত্নম কাত্নুনা কুম্মৈ য়েংগে হায়ত্নুনা লাকখিবনি নাইতোম। চীংত্নুদি কনাম্নু থরায় য়াওনা কানবা উদে। মী তরামুক্তি চীংদোন্দুদা ইকোয় কোয়না ফম্মত্নুনা গঞ্জা থক্তুনা লৈরমই। ঐবু উবদা কৌশিল্লক্তুনা লাইদা কৎপগী কবোক খোয়ত্নুন চুহাতোৎপা খরা পীজরকই। মত্নু চানা চানা চীংত্নুদা ঙাইহাক কোয়না চৎপা হৌরকপদা ঙায়রি কোক ঙাওরি ঙাওরি তৌরকই থুক থুক লাওই পুক মথক মখা ওল্লি কম্নাক ইচোক চোকথরকই শিংলা পাবন পুম্বা ইপঙ পঙথরকখি। অত্নুদগীদি ঙাইহাক তিংথোকপা য়াবা মফম য়েংবদা চীংখোঙগী য়ুমদোম্পোক অমা উবত্নু তম্না লাকখিবনা উচিন নাচিম্না হেক য়োবগা মাঙ্গোন্দুদা হীপথবনি অত্নুদগীদি জ্ঞান তাখিদ্রে।

শকখঙদবত্নুগী মখোল অমুক তারকই, — চৈরাওবগী চীং কাবৰু নংনা অম্নুক লাপ্পা সিদা লাকপদি নখোয়গী অত্নুৰাইদি চীং লৈতবরা?

ঐনা খুমই, — চীং লৈ অত্নুবু, লাইনীংখৌ চীংখৈ ঙানবগী খুভমসি য়ৌনীংত্নুনা লাকপনি। কুইরবনি ঐনা অমুক্তা য়োগে হায়না নীংলকপা। লাই নীংথৌসিগী গুনসাদ য়াম্না মতীক চাও। তথি অত্নুবু, ঙসি উরিবসিদি গঞ্জা অঙাওবাশিংগী য়াকাবুং ওইনা তোরমই। মুত্তিম্নু লৈরমদে মীকাম্নু অমত্তা কারমদে।

শকখঙদবত্নুনা হায়রকই, —ঙসি চহী তরেৎ লিপানগী মমাঙদা উরম্নবদি খঙ্গদবনিদো। লৈবাকী অঙম অথৌদগী চিংত্নুনা

তোল্লবদগীনা তোল্লবা কয়া কয়া জাং বিজ্ঞাত খায়দনা খুভমসিদা লাক্লরমই । পুক্লিংবু অনি লোঙদনা নিজরবদি লেপ্পা হেক্তা ফংবা জাংনি ।

শকখংদেবত্তু বা লোইশিন্দনা তুমিম্না লৈখি । ঐস্‌সু হকচাংসি খরা খরা দুংডাইবক্লমই । ঐনা অমুক হংলমই,—হৌজিক্না কনামত্তা লাক্তুবদি কৈদৌখ্রে ।

পুক্লিং শোক্লা মহাক অত্তুনা খুমকই, — চহী খরগী মমাঙদা ফিমাং শেংপা কোইজোম্বা জাং নাইদবা খরনা লাইনীংলম্বী মাম্ন-দবা ঐখোয়গী লমদমসিদা মখোয়তগী লাইনীং লম্বীনা শেংলবনি অচুম্বনি হায়না খঞ্জত্তুনা লাইসিবু লাংচবা লাইনীংবত্তুবুনা হাং-তোকপিরগা লাইপুত্তুগী মমঙদা ফাওই হায়ত্তুনা লাংচখিবা লাই-নীংখৌ চৌংথৈ ঙানবগী মুত্তি মুঙহত্তুবুনা চৌংদগী ইম্ববিত্তুনা লোক্লংদা তাত্তুনা লৈখ্রে । লাইশঙসিনা নিশা চাকম য়াকাবুং ওইনা লৈখ্র-বনি । লাইপুত্তু লৈখিদবদগী মীপোং কনা মত্তা লাক্লখিদ্রে পুম্নমক কাওনখ্রে । মফমসিদা যন লুরানবা, যন্নিংহনবা, পোং লাকপা, নিশা কারবার তৌবা মীরোংশিংগী খুন্দিন্নফম ওইখ্রবনি ।

মানা মখা তারকই, —নং লাকপা য়াম্না ফরে । মরক মরক্তা

লোক্লংদা লৈরিবা লাইনীংথৌগী মুত্তিসিদা হৈ অমা লৈ অমা কংপা কাওগন্থু । ঙসিদি কনাম্থু লাক্তুনা হৈ অমা লৈ অমা কংলদ্রবনি ।

উচেক্না হুই খোংবা তারকই । অরাপ্পদা য়েম্বা খোংবা তারকই । নোংঙাম্থোরক্কদবা কুইদ্রে । মায় মীৎ পূম্বা পুমশা শাগৎলি পূকসিস্থ মুংঙাইতবা অমা ফাওই । অইংবা ঈশিংনা মায় তাথোক্লগা হকচাং থরা তেকখৎলক্কদবা মাল্লি । নিপা অতুনা তাকপা মতুং ইন্না চীংমাইতুদা চঙতুনা লোক্কগী চেম্থরকপা ঈশিংদা খোঙ খুৎ মায় মীৎ তাথোক্লমই । হকচাং পূমতেক তেকখৎলে । নোংস্থ মপুং ফানা ঙাম্থোরক্লে । য়ুমদস্থ মুংশা থীরম্লনি থুনা হনখিদবা য়াদ্রে । শকখঙদবতু মায়-মায় ওনশিন্নতুনা অমুক্কং শকখঙনরম্লগা হনবা কৈ খন্দুনা য়ুমদোম্পোক্কদা অমুক চঙলকই ।

ঙাম্থোরক্কবদা য়ুমতু মপুংফানা উবা ফংলে । য়ুমতু মাইপৈ অমদি শাইজিনগা ইগা কোম্নবা পুল্লপ হুমদোকপ্রবা অমনি । মাঙ্গোন্দুদা শেথাং মকোন শারি । থোঙতুস্থ ইতেক তেক্লে ইমুংচুস্থ পোৎনা অমত্তা তাবা নত্তে ইচাই চাইরি । মীকা অমত্তা লৈনদবা লৌতান শঙ ওইনা তৌবা জাৎনি । অরাং থংবা য়েনখাদা শম গাড়ীগী মপোৎ মচৈ ঙাতুনা লৈ লোইনা লৈশৌ চারে । মনীংলৈমদা নোবাপ পাম্বী অরাথবী পাম্বী অমা নিস্থ হৌরিরাপলস্থ লৈ । খোইদি পাইপ্রবা হুয়িংথোই উপু অমস্থ লৈ । মথাথংবা য়েনখাদা ঐগী সাইকলতু ঙাতুনা লৈরি । ঙরাং অহিং চুপ্পা অমা ঐদি মাঙ্গোনসিদা বোরা শেগাইবা অমদা ওন্দুবা লেল্লমালে । ঐবু সেবা তৌবিরম্বা শকখঙদবতু কদায়দবু হীপ্পজাৎনো ফমুংস্থ অমত্তা লৈতে খরা নংজবা ওইবা তাই । অতুবু, মাবু কদায়দা

লৈবনো অহুবাইদস্সু উদে। মাস্সু মায় মীৎ তাবা থোকখিবা ওই-রম্বা য়াই। ঙরাং অহিংচুপ্পা অমা ঐগী অনা লায়কন্নরম্বা মহাক্তু য়াম্না য়েংনীংবা ফাওরকই। ফনা কুইখ্রে অহুবু হন্নকপা কৌবা লৈতে নুংশাহুম থোরক্লে।

তাঞ্জাহুদা অহল অমা য়োপাক লেংথোং নারহুনা অদোমদা লাকই, লোরাং শূবা চংলিমালে। ঐবু উবদা অহল অহুনা কৌরকই, — ইবুঙো অহুদ কৈদৌরম্নিবনো?

ঐনা থোঙ্গান্দা থোক্তুনা অহল অহুগী মনাক্তা চঙহুনা ঙরাংগী ৱারীহুস্সু হাইফেৎ লীরগা মাবু অহিং সেবা তৌবিরম্বা শকখংদবহু হঙ্গিল্লকপা ঙাইহরিবনি হায়না খুমু্হ।

অহন্দুনা চংরুনা শোল্লকই, — সিগী য়ুমসিগী য়ুম্বুহুদি শিখিবা কুইরেনা, কনাস্সু লৈতবনি ইবুঙোনা ঙাইহরিবহুবু কনানোনে!

— করি ৱানোনে হৌজিকরাইদা নোংঙাল্লমদাই ফাওবা ঐঙোন্দা ৱারী শারমই। লাইনীংথৌ চীংখৈ ঙানবগী মুর্ত্তি মুঙহু লোক্লুংদা ইন্থখিবগী ৱারী ঐঙোন্দা লীবিরমই। ঐস্সু মায় তাবা ঙাইহাক্তনি থোক্লুবা, হঙ্গিল্লকপদা লৈরমগ্রে।

অহন্দুনা মচীন্দা অমুক্তং শোল্লকই, লাইনীংথৌ চীংখৈঙানবগী ৱারী হায়বা। অহুদগী হায়রকই, — চৎলো চৎলো ঙাইরুরম্ম, মফমসি কয়া ফত্তে পংচঙ চঙলুম্মু। লাইপুহু সিমক্তা লৈরম্বনি। মানা শিখিবদগী মীদি লায়রহুনা শেকপী কাক ফাওবা পাইখিগ্রবনি।

চংপা হৌগ্রবা অহন্দুবু ভাম্নরগা ঐনা হংলমই, — হো খুড়া লাইনীংথৌ চীংখৈঙানবগী মুত্তি হায়বত্তুবু কদোমদনো ? অহন্দুনা খুৎ থিল্লগা তাক্লকই অা ঈশিংখোং মনাক্তা, কনামত্তা চঙবিপোৎ নত্রেদা।

সাইকলত্তু ইন্থোক্লগা ঈশিংখোং মনাক তানা লাকই ।

শম্বলৈ তিংখংতনা শোঙক্সিল্লবা ঈশিংখোং মপান্দুদা উরি বারীনা ইয়েৎ য়েৎশিল্লত্তুনা তুমিন্না লোৎতুনা লৈবগুম তৌরি মুত্তি অত্তু । কনা লোয়নদনা মুঙত্তুনা মনাক্তা নকশিল্লুবদা কিবা অমা ফাওরকই । মুন্না য়েংশিল্লুগদবা হঙ্গোইবা ফাওই । বাকা ঙাঙ-লক্কদবা মাল্লি । থারোগী মকোক মান্না ফল্লিবা মুনা লংলবা মুঙগী মুত্তিত্তু তশেংনা গুন লৈরবা লাইনীংথৌ চীংখৈঙানবগী মুত্তিত্তুমক্লি খঙলে । খল্লকই, নিরুবদা পীদবা লৈতে হায়বা থৌজাল হৈবা ঈশ্বরত্তুনিকো ।

পুক্লিংদা হংজে লাইনীংথৌ চীংখৈঙানবা নংগী অশেংবা শক্তমদি কমদৌবা জাৎনো ? ধর্ম্মনা মরায় চায়থরকপা অধর্ম্মনা লাকহৎলবা পাপী চন্দালতগী সমাজ অমা ওইরকপসিদা উনিংদত্তুনা লৈনীংদত্তুনা লোক্লুংসিদ লোৎতুনা লৈরিবা । নংবু মুঙসিগী মসুংদা লোৎতুনা লৈবরা ?

শোয়দনা লৈরমগনি ভক্তগী অনীংবগী মথা পোন্দুনা লৈবনি ঈশ্বর হায়বত্তুদি । অত্তুঙৈদা মুঙগী য়ুগী অমদা খুৎ থিল্লত্তুনা হিরণ্য-কশিপুনা প্রহ্লাদদা হংখিবা বাহং, নংগী হরি হায়বত্তু য়ুম্বীসিগী

মসুংদসু লৈবরা ? ভক্তনা খুমখিবা, হোয় মাদি মক্ষম পুম্নমক্তা লৈবনি অত্তুনা মুঙগী যুম্বী সিদসু লৈ । যুম্বীত্তু থুগাইরুবদা নরসিং- হগী রূপ ওইবা শ্রীহরিনা চোংথোরকখিবত্তুদি ।

পুক্লিংদা যাম্না থাজরকই । মুংঙাইবনা থুম্মৎলত্তুনা পুক্লিং- সিসু হায়কম খঙদনা মুংঙাইরকই । শকখঙদবত্তু কনানো ঐ থি- রবোই । চানবাহৈবা মুংশহৈতবনা থল্লবা মাগী মনাক্তা অহিং অমা লেল্লবদা মানা হায়রম্বত্তু নিংশিলকই, — " মরক মরক্তা লাকউ, লোক্লুংদা লৈরিবা লাইনীংথৌগী মুন্দিত্তুদ' হৈ লৈ কৎলু" । কোযনা য়েংই লৈ ওইবা য়াবা অমত্তুমু উদে । অত্তুবু, মুম য়েংলক- পদা লৈমায়দা য়াইপল অনিথক থিনগৎলমই । যাইপল অনিত্তু ফুক্লত্তুনা উনা অমদা হাপ্লগা থুক্লমজরগা বর সিমত্তমক নিরমই, — " হে চাংখৈঙানবা ! নিরবদি নঙ্গদ পীদবা লৈতে হায়বদাই, কাং- খোং চাইরবা লমদমসিতদি শান্তী পীনবিরো হে চীংউ চীংখৈঙানবা পাঙ্গনবা " ।

পুমচীক চীকপা লোক্লুংত্তুদা অরাপ্পদা ঈখৌ লাংবা নোঙ্গৌবী অমসু খোংগৎলকই গু গু গু ......... ।

# পৃথিবীদি কায়হৌদ্রে থমোয়তনি কায়খিবা

পাও অমা কন্না শন্দোরকই মেগী তাং ১৬ অসি পৃথিবী কায়-গদৌরি। কনানা হায়নৈ অচৌবা থবানমিচাক অমনা জম্মুরবত্রনা পৃথিবী গী খোঙচৎতা লমথন শানা থৎতুনা লৈবদগী থেঙ্গাইনদুনা কায়গদৌরিবনি। কনা অমনা হায়নরকই থোক্কদৌরিবসি মনিপুর-দগনি অকনবা য়ুহারাবা অমা ওইনা থোক্কদৌরিবনি মতুদা মীপুম খুদিংমক লৈমুংদা ফুমথিগদৌরিবনি। কনা অমনা অমুক হায়ন-রকই অকনবা নোংলৈ মুংশিং ওইনা লাক্কদৌরিবনি মতুদা অয়াম্বা য়ুম কৈ তেক্কনা মীয়াম্মা হায়ফম লেতনা রানগদৌরিবনি। অসি-গুম্বা মতমসিদা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংদা থোঙ্গন্দা মৈ অমমম কংথোকউ খুদোংথীবা অতুদগী নাম্বোকচনবা হায়তুনা শিবা কিবা মীয়াম্মা মোমবতী লৈনবদা মচৈদা লুপা পীরম্বা মোমবতানা শিকি মঙা য়োত্রিবনি।

কায়গ্রগদবা পৃথিবী সিদা হিংলিনৈদা মুংঙাইহৌরো হায়তুনা কাগী খঙদে অওইবা খঙদে কনা অমনা চানীংবা ইঙ্গুং চানরে। অনাবা লায়েংনদ্রে ঙাইহাক্কি ওইবা মুংঙাইবসিদা পম্বা লৈতনা চঙশিন্নরে। অঙকপা মুংঙাইবা রারী কয়াম্পী মমুংদা তুংদা হৌরকদবা ইচা ইশুশিংদা লীননবা থমম্বা য়াবা রারি থরাম্ন য়াওই।

পৃথিবী কায়গনি হায়না খন্নরিবা মুমিংসিগী হাপ্তা অমগী মমাঙদা মুমিং নিনিদা খঙনরগা ইরাবতকা থারিকথাগা চেল্লে। থারিকথা লৈশাবী অরিবীনি। মাস্থ মুপী অমনা পাম্ফম থোকপা য়ুম কৈ পান্দুনা মচা মশূ লৈত্নুনা যুম্লেপ চার লিংনিংলমই। অদুবু মানা য়ুম পানবদা য়াম্না য়ানিংদবদি শেল পায়বী মুপী অমা ওইকদবদগীনি। কুইনগা লৈশাবকপগা শূবা নোম্বনগা কনবগা থারিকথা লন ফনা য়াম্না তানশিনবা ঙমখি ফনা নিংথিনস্থ পায়রে। মানা হেক চাকচরিবসে মানা ৱানা তাঞ্জবা শেলশিংসি হুয়েং মহা কতন খন্দোকথাক থুরোৎপা নিপা অমনা খোঙ্গ্রাই শৎতনা চাখি-গদৌরিবনিকো খল্লুবদা য়ুম কোবদা পাঞ্জররোই খনগ্রবনি। অদুবু নোংমা নিনিতা ঙায়রবা পুন্সিসদা নীং থুংনা পানবা ফংলবদিকো খন্দুনা অহিং অমত্তা ওইরবস্থ য়ুম পানবা হায়বহু খঙলগা শিজগ্রগে হায়হুনা চেনখিবনি মহাক তশেংনা যুম পান্দুনা লেনীংবদি নত্তে।

মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা হায়বহুনি চন্দ্রএনীগা জুলিয়াগদি ওখোক্না ৱানা শিবা ঙাইনরমই। চানদ্রবা পুন্সিনি থেমজিনবিনবস্থ লেতে থাম্বীনবস্থ লৈতে লৈকাই ৱাথোক ওইনরবনি। জুলিয়াদি ইংলিস ফিলমদকা য়াওবা হেরোইনগী লমচৎনি। মশাগী মমিং মমা মপানা চম্প্রাবতা হায়না কৌহুনা নাইতোম পোকচবী মমোম অমা ওইরম্বদগী মশানা চম্প্রাবতী হায়ন কৌবী পাঙ্গলশোনবী লৈরাংগী মপোক্নগী এলিজাবেথ টেলর রোমদা মোদিফাই তৌজগ্রবীহুনি। পুন্সিগী লৈশাঙৈদগী মৌ

ওইরক্কনা মচা মুপী অমা নিপা অমা পোক্লকাওবদা ইংলিস ফিল্মগী হেরোইন অমগী মওদি থাদোকপা লৈতে। চন্দ্রমনীদি লল্লায় পাখং অমগী থাক্তা হৌজরকপদগী মচা মশূ য় ওরক্কনা চন্দোন লাইপোৎ কোনবা হৌখ্রে। পৃথিবী তুমখিগদোরে হায়বা পাওছু তাবদা চম্প্রাবতী গী থমোইদদি কামগী ইথিল অমত্তম পোক্লকই। নোংমা নিনিগী মমুংদা পাও অমা তারকখি চম্প্রাবতীদো খেরগাওগী নহা-তোম্বগী মচা নিপা অবতুল রহমন্দা মচা মল্লা লুন্দোক্লম্নগা চেনখ্রে নমত্তুনা নিকা শোনখ্রে। চন্দ্রমনীত্তু মচা পিশক অনৈথকংগা ফের্সা তাত্তুনা লৈহৌরে। কনানা হায়নৈ, হোয়দা লোইরগদবা প্লান্সবু কৈদৌই হায়বনো মাস্তু নহানমথৈদি তৌরম্বা নত্তেদনা।

তরুংখুলদা অপুইরুগী হিদাক্কি মমিং চৎপ্রপোৎনি। অা কদায় কদায়দগী মী কয়ানা লাক্লুনা অপুইরুগী হিদাক মচীন্দি মুন্নরিবনি ফংনপোৎ নত্তে। তলব ফংবগা মাঙজোননা এডভান্স পীত্তুনা হান্ননা শেল থীজিন্দুনা থম্নরিবনি। অপুইরুবু অংাংস্তু অহলস্তু ইনেতোন হায়না অত্তুম কৌনবনি অত্তুনা অশেংবা মিং কৌববুদি ইনেতোন হায়বনা মাবু খঙনবা হেল্লি। মশানা নহা ওইনা গৃহস্থ ধর্ম্মদগী লাপ্লা লৈরক্লবী অপুইরু পুক্লিং হকচাং অনিমক চহীনা ফনা তকশিল্লক্লবস্তু নহা ওইনা অত্তুম মরৈরি। মচানিপা মোইরাংজাও হেক পোক্লকওদগী ইকুই কুইদনা লৃপ্রা ওইত্তুনা লৈজরবা মপা নাৎ মপু নাৎ য়ু শুংবগী মথৌ তৌজত্তুনা ইমুংদগী মপান থোকচদবীনি। মচানিপা মোইরাংজাও জেলেংরোং শান্নবা তিমগী ফুটবোল

কেপ্টেন্নি। হন্দক্তা চীংদা ইরাং থোক্লবদা যুম কৈ মফম মন্নাং খঙনদতুনা ইচাই চাইথোক্লখিবদগী শান্নরোয় অফবা কয়াস্থ ময়ুম মকৈ মফম মরাঙ খঙনখিদরে অতুনা জেলেংরোংগী শান্নরোয় মশীং রাংতুনা তমদগী অতোপ্পা ক্লবতগী শান্নরোয় কুমারজীৎ লুরাং নেক্তুনা য়াওহনখিবদগী কুমারজীৎ জেলেংরোংগী শান্নরোয় অমা ওইনা লৈখিবতা নত্তনা ইনেতোনগী মনাক্তা মাগী হান্নগী হৈনজবী হাও হিদাক খরা চাং নাইনা থকপস্থ ফংজরে। মচানিপা মোই-রাংজাওগা তিন্নবতা নত্তনা হিদাক থকফমগী মেম্বর অমা ওইনা ইনেতোনগী বস্তুমর অমস্থ ওইজরে। পৃথিবী কায়গনি হায়বা মুমিং মতানিতা ডায়রে। কুইনা যুম পাল্লু য়াদনা লৈরম্বা কুমারজীৎ তুনা তরুং খুলগী ইনেতোন অপুইরু চেনখ্রে হায়তুনা বা বা লাওন-রকই। মচানিপাগা তিন্নবা কুমারজীৎতা ইনেতোন্দু মংকৎ লৌ-তুনা পৃথিবী কায়খ্রিউৈসিদা তল হোঙ হেক হোংহোই। মুমিদাং বাইরম ওইরকপদা নিতিগী ফাজিন পুনশিনবিরম্বী মনেতোম্না ময়ুম পান্থোকখ্রবদা কস্তুমর পুম্বা মকোক্তা মথুৎ হাপখ্রে।

মুমিং অহু ডসি লাক্লে। লাংতক্লনা ভাইনরি পুম্নমক পৃথিবীনা কায়খ্রগদবা পুংফমত্থু য়োরকপা। কৈথেল কানখিদ্রে স্কুল কান-খিদ্রে তুকান থোঙ থিংখ্রে মী কয়াদি ওফিস ছুটি লৌনখরে চাবা থকপা চঙনখিদ্রে।

নোংচুপ থংবা অতিয়ারোমদগী তুকক তুফাই চল্লবা লৈচিন পরেং অমা নোংগী শক্তম লৌহুনা পাইশিল্লকই মহাকাল পী

শক্তম্নি। ঙাপ্রুম চৌংজিন লোমদগী পাইশিল্লকপগুদি কনানা হায়নৈ শামী লাম্মী খোকপা হায়বগুনি অদুঙৈদা ওইরবদি কংলা পুংজাও খীল্লগদবনি হায়নৈ। প্রলয়গী শক্তম লৌতুনা হুম্নকই নোংগী মপৈ অমনা। নোংচুপ লমদম খুম্বোং, লাংজীং, তাকয়েন খিঙেন মরু কাওতুনা হুম্নকই তম্পাক লমদম লান্দুনা নোংপোক মাইগৈ তম্না। নোংমাইজীং ফীরুক খুমখরে নোংগী মপৈতনা ফুদিং ফুনা চুখরে মীয়ামগী পুক্কিংসু নীকখরে। উ-ব্রা খরদি তেকখি খরনা মরু ফুকখি য়ুম কৈ খরসু লেপ্লম্বদগী কুম্থখি। অদুবু, পংকুইদি কুইখিদে লৈচিলসু হাংখরে অতিয়াদা মুমিৎসু থোরক্লে। মসিগী মুংশিৎসিদি হান্নগী মহৌশাগী মহৌশা কুম খুদিংগী অদুম শীৎপদুনি কুমশিনা হেন্না কনবসু নত্তে।

নোংলৈ মুংশিৎলক্তুদা য়ুম য়োবা নংহৌদবা কনামনা নোং থুপই অনকপা য়ুমশিংদা। পুক্কিং লৈতারবা অহল অমনা শোল্লকই মনিপুরদা নোংলৈ মুংশিং অমা লাক্কনি হায়বদুদি মসিগী নোং মুংশিৎসিবু নত্তে মমুংগী আর্থ অমা লৈবনি। অমনা অমদা হংনরকই মমুংগী অর্থ অদু পাওখুম ঙাইনৈ অয়াম্বা। অহল অদুনা হায়রকই, নমুল তুরেনগী নাক য়েংতা লম্বী শেম্মনবা শামু মনাতোন মানবা অমনা তকথরক্তুনা পুকচেল শেংদবা মরম নত্তবদা য়ুম শাজিল্লুবা য়ুম কয়া হুমদোরক্লিবসিনি অকনবা নোংলৈ হায়বদি। মী অয়াম্বা হোয়নহৈ হোয়নহৈ হায়নৈ। নোংনা লেপখিবদা থোরক্তুনা য়েংনৈ। কনানসু হায়নরকই নোংলৈসি শিৎপা ইম্ফালদতা নত্তে

অহানবদা চীংমী মান্নদবা কাঙলুপ মশেন য়ুম মৈ থানরক্লনা খুল কযা তাকথ্রবনি অহুদগী তমদনা ইভিকসনগী শক্তম লৌতুনা শীং-থরকপনি যুম-কৈ সিদস্থ ফনা য়াম্না তেকথ্রবনি। অমনা অমুক হাযরকই, মুংশিংসি থৌবাল বিষ্ণুপুর মোইরাং ককচীংস্থ য়োই।

নোংদি লেপথ্রে আতিযাস্থ শেংলে অত্নবু লমহেঙ্গিনবা তক-খাযবগী নোংলৈ মু শিংতুদি মতম অমা ফনা শীংকংলকই। নহা ময়াম অমনস্থ চে চাইররি নঙ্গুল তুরেল কলহৌরসি। ইচেলসিনা চনৈনরবা লমদমসি শেংদোকহৌরসনু।

মনিপুরদদি শীংলে তশেংনা কল্লবা নোংলৈ মুংশিং মতুনা হুমদোক্লি মীওইবনা মশাগী ওইজনবা হোংনবদা মোংহল্লবা মরাল লৈজদ্রবা নম্বুল তুরেলগী খোংনুং। মশা নারবা লমদমসিদা তিঙ্গেন লাইচেনবা কোকখিবা ওইবসনু হন্দকী মতাংসিদা নোং ও চুথরো লাঙ্গীং মতেন থুম্নংলে পাশোই মুরাবী তেকখংলো।

কাযথ্রগদব পৃথিবীসিদা নোংমত্তা ওইরবস্থ নীংবা থুংহৌনবা থাংজিনখিবা খোঙথাংদা শেঙ্গাও পাইবী থারিকথা, ইংলিস ফিল্মগী হেবোইন জুলিয়া ওফে চম্প্রাবতি লমচং য়াওদবা শান্নরোয় কুমারজীৎ হিংবাদ তারি কাযগনি হায়নরম্বদগী কায়হৌদ্রবা পৃথিবী-সিদা। য়ুম তেকহনথ্রবা যম্মুশিংস্থ তিঙক তিঙক য়েংতুনা ফুম্বংননা লৈরি। পৃথিবীদি কায়হৌদ্রে থমোয় খরতনি কায়খিবা।

# অঙাংগী নুমিৎ

ঙসি অঙাংগী নুমিৎনি !

ঙসি অঙাংগী নুমিৎসিদা অঙাং কয়ানা হরাওজনা মপাল কাংজেবুংদা চৎতুনা শান্নখোংনবগী ঈশৈ নোংনাংগী থৌরম বয়া পাংথোক্লুনব। চৎনরিবা ময়াম মরক্তা ইমোমচাসু য়াওরে। মমা লৈনা লৈনা মমানা যোক্লবা মপানা যোকপা মপাং কনাংন্তা য়াওদনা মপা মচাদং তরক তরক যুমদোম্পোক অমদা লেংবনি। ইমোমচাগী ময়াম্বা মোংয়াম্বা লুরাং যুমদা চঙ্জিল্লকখিদবা কুইরে থিবা ফদনা লৈরক্লিবা চহী মরি মঙা ফাঙ্জিল্লক্লে।

ঙসিদি অঙাংগী নুমিৎকি নুংঙাইবা অমদা ইমোমচা তুম্বা য়াদতুনা নোং ঙানবা ঙাইরকপা কুইরে। মপাদি হরাং থেঙনা তুমখিবনা হৌগৎত্রি তুমজরসনু হাযতুনা ইমোমচানা হোদোক্লে। স্কুলদা পুল্লগা ওঝাগা লোয়ননা কাংজেবুংদা চৎকদৌরিবনি।

অযুক অঙনবা ওইবতুদা লমজাও শোংখক্লে। মী কয়া চৎনদে। লম্বেলতু থবা চৎলগা সিফাইঙাক্লনা ইমু মুরে। লম্বেলতুদা চৎলম্বা কয়াসু চৎহন্দনা হলহল্লক্লে। ইমোমচাগীদি স্কুলগী লম্বেল থোক্লিবনি, অঙাংনিনা ঙাঙনরগা লান্থোকপা য়াবসু য়াই অতুবু, ইমোমচাদি সিফাইশিং য়াম্না হৈনদে। অহিং কয়াদা মখোয়না লাক্লগা লাওখোংতুনা মখোয়গী ময়াম্বা মোংয়াম্বা লৈত্রা হায়তুনা তুম্মিংবা অহিং

কয়দা তুমইন্দনা ব্রা কয়া কয়া মথং মথং হংগ্রে । ময়াম্বা লৈকম তাকউ পৈশ পীগে অচাপোৎ লৈবিগে হায়দুনা কয়া কয়া পেমগ্রে। ইমোমচানা ময়াম্বদু লাকখিদবা কুইরে লৈকম খণ্ডে হায়রুবদা মথোয়না মপাদু ইংলিস্কা চিংহনগনি অশেংবা হায়য়ু হায়না কিহল্লকপদা ইমোমচানা কয়া কয়া কপখি অদুতদা থাদোকপিরমই ইমোমচা সিক্কাইশিং মুংশিদে । মথোয়না মভোন্দা মশীং নাইদনা থীনা তৌগ্রে ।

ইমোমচা চংকে হায়না হায়রুবা তৌদনা মায় লৈরগা তুং-ছন্দুনা লাক্লে । কোইনা স্কুলগী লম্বেল তাবা অতোপ্পা লম্বীদা চৎনবা হায়দুনা অমুক লাক্লে । লম্বীদা, ইমোমচাগী লুনা তিম্নবা মমান্নবা রোশনসু স্কুল তম্না চৎননবা মমানা লুনাগী মনীংদা ফম-ছন্দুনা থিল্লকই । মথোয়সু লম্বেলদুদা চৎপা য়াদদুনা হল্লকই ।

ইমোমচাসু মমা লৈরমই । মানা খণ্ডলকপা মতমদা মমাগা মবোক্ক মাম্ম অমগা লৈরমই মবোক্কী ময়ুমদা । মপাদি অমুক্তা লাক্লে উনসু উন্নদে। নোংমদি মমাসু য়ুমদা হঞ্জিল্লক্লে । মবোক্কা ইশূগী ইমা লাকনি হায়না হায় । লৈকাইগী মীনা মথোয় মমাদু অমদা অমুক লুহোংগ্রে হায়না হায়থি । অসিগুম্বা ব্রাসি তাবদা ইমোমচা য়াম্না শাওনীংখি ।

নোংমা ইমোমচাবু মবোক্কা মীয়াম তিনবা য়ুমজাও অমদা পুরমই । কোর্ট হায়বদুনি হায়য়ে । মুমিৎ অদুদা জজ সাহেব অদুনা মাবু নিপা অমগী মফমদা শিন্নখিবনি । মহাক অদুমক্কি

ইমোমচাবু পোকপা মপা হৌজিক লৈমিন্নরিবসে। মুমিৎ অহুদা ইমোমচানা কিহুনা অবোক অবোক হায়না কৌহুনা কপথিবা অহুগা মপানা মশা শাগন লাক্লুনা মাবু থাংহুনা পুরগা রিক্সা অমদা হাপ্তুনা পুবদা মীনা লৈবাক কুম্মৈ ওইনবহু ইমোমচানা নিংশিংই। যুম য়ৌরগদি মপানা মাবু লুনা তৌবিহুনা মহাকপু মুংঙাইনা থম্বী।

অচৎ অওক কাংবুনা অমনা অমদা হায়নৈ কোম্বীং ওপরেসন তৌরি লম্বী থিংলি চৎপা য়ারোইয়ে, চা গ্লাস অমমমতা থকখিশি। কনা অমনা খুম্নকই, কানসু কাম্নরোইদবদা করিগী কোম্বীং ওপরেসম্নো। অমনা অমুক খুম্নকই, করিগী কাম্নদবনো, মসিদা নামা থোংজিল্লগা ওফিস কাদবা য়াদোব্রিবসিদি। ইমোমচা স্কুল তম্না লেপ্তুনা লাকপদা উচিন নাচিন্না য়ৌদি য়ৌরে।

মমাম্নবা কয়া কয়া অচাপোৎ য়োমহুনা মমা মপানা থিল্লকই। মাসু মপানা মরক মরক্তা সাইকলনা থিনবিবনি। ঙসিসু থিনবিয়ু হায়রবসু য়াগদবনি অহুবু, কুম্মৈ মুমিৎকী মুংঙাইবা ব্রাফমদা মপানা য়াহৌব্রিবৈদগী থোরক্লুনা তৌবনি।

মমাম্নবা ময়ামগা লোয়ননা ওঝানা লমজিংহুনা ইমোমচাথোয় পরেং শানা কাংজেবুং তম্না লাক্লে। অতোপ্পা স্কুলগী ছাত্র ময়ামসু পরেং পরেং ওঝানা পুহুনা কাংজেবুং তম্না চৎনরি। অয়াম্বা মমাম্নদা মোমোন নোকপা শক্তম উবা ফংই হরাও তয়াম্বতনা থল্লি।

অচৌবা মী অমনা ভাষন পীদুনা থৌরমত্থ হৌদোক্লমই মন্ত্রিনি হায়, ঙসি অঙাংগী মুমিৎনি চাচা নেহরুগী মপোক মুমিৎনি। মহাক্না অঙাংশিংবু য়াম্না লুনা চান্না তৌরমই। জাপান্দা শামু লৈতে। জাপানগী অঙাংশিংনা চাচা দা শামু থারকউ হায়না চিঠি থারকখি। চাচা নেহরুনা জাপান তানা অঙাংশিংগীদমক্তা শামু থাখি। মহাকমক্তা হায়খি, অঙাং হায়বসি জাতিগী য়ুম্বীনি। অদুনা, তুংদা ওইরক্কদবা সমাজ অমা অঙাংশিংগী মখাপোল্লি। অদুনা, লেম্না অমস্থং চাৎথদনা চহী তরামরি শুদ্রিবা অঙাংপুম্বা মহৈ তম্বগী খুদোং চাব ফংহনগদবনি লোয়ননা করিগুম্বা ফেক্টরি অমদি খুদোংথৌনিঙাই ওইবা শিনফম অমত্তদা থবক তৌহল্লোই-দবনি। অঙাং নাবা ওইবগী পুন্সিবু মুংশিবিবা ফংজবা অমদি নাইতোম তাহনবা তৌবিদনা মপুংফাবা পুন্সি অমা ফংজনবা মীপুম খুদিংনা শোগৎপিগদবনি ··· ··· ··· ··· ।

ইমোমচাদি কাংজৈবুংগী অকোয়বদা চৎতুনা য়েংলম্বদগী মপান্দা থোরকই। মখোয়গী ড্রিল উৎকদবা মতমস্থ য়াম্না ৱাৎলি-মালে। ভাষনগী মতমস্থ লোইগ্রে অঙাং ময়ামগী ঈশৈস্থ তারকই — লৈকোন্দা ঐখোয় লৈরমগে লাকউ চাচা নেহরু, কুদাম মখুন্দা থেৎনবা গুলাব হেকপিরমগে লাকউ ··· ··· ··· ।

কাংজৈবুংগী অকোয়বদা, অঙাংগী মুমিৎসিদা ইমোমচানা উরকই, ট্রক অমা থামই মতুদা পুরকপা পোৎ থাংনবগীদমক্তা মাগী চহী লেংমান্নবা কয়া অমা কুলি ময়াম অমগী মরক্তা ইনবা য়াওরি।

অঙাং অমদদি অহল অমনা থুপাক্লা থাবিবি। অঙাং অমদি মপোৎ থম্না য়াওরবা পোৎ অম্না চনবা বোরা অমা মনমগন্দা পোবদুনা চংপা হৌখ্রে। ফংহৌদবা অঙাং খরদি অতে প্না লাকপা ট্রক ঙাইরি। অমরোমদা লাক্লে হায়দুনা অঙাং খরা অমম্ভু চেন্নখ্রি।

ইমোমচানা খল্লি অঙাংগী মুমিৎ হায়বসে স্কুলদা তম্বা অঙাং-শিংতগী মুমিৎ ওইবা তাই নক্রবদি ঙসি পোৎলুম থাংলিবা অঙাং-শিংম্ভু কাংজৈবুংদা লাকফম থোকপনি। কাংজৈবুংগী মনাক্তা ফামবা হোটেলতুদা গ্লাস চাম্লিবা অঙাং খরম্ভু খুনাং কাংথৎতুনা কাংজৈবুংদা তোরিবা কুম্মৈতু যেংলুবদা মথৌ তৌদে হায়দুনা হোটেল মপুদুনা মকলাক্লা শাজৈনা কন কন্দুনা পুশিনখিবা ইমোমচা মমৌৎ-মক্রা উহৌই। অঙাংদা ফুবসি ইমোমচা য়াম্না শাওনৌংই। কারণখা মুমিৎতা অমুক্তা স্কুল কাউ হাযবা যাদবা অঙাং কয়া মমা নক্রগা মপানা ফু ফুদুনা পুবা ইমোমচা য়াম্না উখ্রে। ব্রাকৎফম লৈতবগী রানি ইমোমচাগী থমোইদি য়াম্না শোকহনাখিবান।

কাংজৈবুংদা অমুক চঙলক্লে। প্লাষ্টীক্লা য়োম্নবা অচাপোৎ ময়োম পোলাং পোলাংদা হাপ্লদুনা ওঝানা য়েন্নকই। ইমোমচা-শীম্ভু শক্রক থুংই। মম্ভু ফাক্তোক্তুনা চাগে হায়দুনা লৈমায়দা ফমথরকই। মুংশাম্ভু যাম্না শাই। ওঝা অয়াম্বদি ছাটিন তুপই অদুবু ছাত্রশিংদি ছাটিন পুনরক্লে।

প্লাষ্টিকি চেশিংম্ভু খুন্নবা নাকন্দা বোরাখাও স্নানবা মাগা চহী জেংমান্নবা কয়া অম্না মীরক্লা চঙদুনা প্লাষ্টিক্লি চেশিংম্ভু খুন্নবা

কোয়চং চংলি। কনাগুম্বা চাবা লোইদ্রিবশিংগী মনাক্তা চাবা লোইরগা হুন্দোরকপা প্লাষ্টিক চেত্থু খুম্নবা ভাইরি চারিবশিংহুদা মুনা মুনা য়েংলি। অচাপোৎ য়েল্লকইবা ওঝাহুনা মখোয়দদি শরুক অমত্তা থুংবিদে। ইমোমচানা ওঝাদা হায়রুবদা খুম্মকই,– মখোয়দি ছাত্র নত্তে অহুনা অগাপোৎ শরুক থুংবা য়াদে। মহু হায়রহুনা তথি তথি চৈহুনা হন্দোকখিনবা লাওরমই।

ইমোমচানা ওঝাদা হংই,– ওঝা ভসিসিবু ছাত্রগী মুমিংলা নত্রগা অভাংগী মুমিংলা ?

ওঝাহুনা লাওহংলকই,– হৈ নঙ চৈ চাগেরা, তুমিল্লেয়ু !

ওঝাহুনা ভাক্লবা পুলিসশিংহুদা প্লাস্টীক খুল্লিবা অভাংশিংহু তাম্বোকখিনবা হায়। মতমহুদা ইমোমচাদি খ্বায়দগী পীকপা অভাং অমা খরা চাওবা অমগী মতুং ইল্লাক্লিবহুদা নিমকিহু তঞ্চায় অমা থেক্লগা পীহুনা চামিন্নবা তোবদা ভায়রি পুলিস অমনা চঙশিল্লক্লগা মাগী লীচৈহুনা প্লাস্টীক খুল্লম্বা অভাংশিংহু শেৎ শেৎ কনবিরমই। অভাং মচাহুনা নারহুনা মা হায়না লাওরগা ইমোমচানা পীক্লবা নিমকি তঞ্চায়হু হুন্দোক্লম্বগা উপথু উপথু তুব অমুক হৌগংলা তোরহুনা চেনাখিরমই অতোপ্পা মাইগেরোমদা।

ওঝাহুনা মতৌহু উরগা নোক্লহুনা অভাং ময়ামহু ভাননবা হায়রকই, – য়েংউদো অভাংশা লম হেনবা হায়বসে চৈ চারেদো বারক্লবা অভাংশিংসে মখোয়সিদা তুম্মা হাৎলবদি ফগদবনি।

ইমোমচানা পুক্লিংদা হায়নীংঙাই লৈতনা শোক্রবস্থ ঙাঙথোক্তুনা খাঙজন্দুনা লৈখি। কাংজৈবুং ময়ায়দনা অঙাংশিং ড্রিল তৌরি কন্না খোন থীল্লদুনা শোমদনা প্লাষ্টিক খুঞ্জবা কনাদস্থ করিমত্তা হায়-জনবা অঙাংশিংসিদনা পুলিসশিংসিনা য়ৌবরি। মসিস্থ কাংজৈবুংগী অঙাংগী মুমিংকি কুম্মৈ শরুক অমা ওইরে।

ইমোমচা ঈশিং থৌরাংলক্রমই। কাংজৈবুংগী মচি অমদা ঈশিং থকফম অমদি থম্বনি অদুবু, মদু য়াম্না লাপ্না লৈরে। অদুনা ইমোমচানা কাংজৈবুংগী মপান্দা লৈবা হোটেলদুদগী ওইনা ঈশিং থক্লনবা থোরকই। হোটেলগী মমুংদা ঈশিং থক্না থক্না ফরাংদা থেংলিবা লাইশিংডু উবদা ইমোমচা শ্বায় লাওরমই। ফক্রাংদা অয়েকপা লাই মরিথক থেংলি। মথাদা মখোয়গী মমিং থারি। অদুগা ইরি কনাগুম্বনা শিনা নত্রগা হিংনা ফাবা ঙম্বা নত্রগা লৈফম তাকপা ঙম্বদা লুপা লিশিং য়াথে মনা ওইনা পীগনি।

তাঞ্জাদুদা হোটেলদুদা লাওন-খোংনবা অমা থোরকই। হোটেল মপুদুনা ইমোমচাগী মশা শাগন অমা পায়দুনা খুপাক্লা নখজ্জায়দুদা থাওরা হায়দুনা লাও খোংবিরি। করিগীনো তৌরিবা মতৌদো কনাস্থ খঙনদে হোটেল মপুদুনস্থ হায়দে।

কনানো থরনা হায়রুদুনা ইমোমচাখোয়গী স্কুলগী ওঝাদু লাক্লে। হোটেল মপুদুনা ওঝাদুদা রাকংলি,— ওঝাস্থ য়েংবিয়ুনে মাবু করি মথৌ লৈবনো ঈশিং কোক থক্লগা চংথিগে লৈতদুনা

ফরাংদা থেংলিবা লৈফম তাকপা ওস্বদা মনা পীগনি হায়না হায়-রিবা লাই অমবী মমায়দু মখুজিন্না খোংতংতুনা শেগাইরিবনিনে।

ওঝানা ডাও ডাওতুনা ইমোমচাবু ময়ামগী মরক্তা পুশিল্লকই, হন্ন' হন্ন। হংই মানা করি মরমগী লাইচুগী মমায়দু শেগাইরুরিবনো। হেড মাষ্টরদা তাকনি হায়বা ফাওবা হায়রে। অদুবু, ইমোমচাদি তুমিন্না মরাল লৈবা মী অমগুম খুমদনা লৈ।

হোটেলদুদা চংপা য়াওরুবা ছাত্র ইমোমচাগী মমাম্নবা রোশন্না ইপং পংনা হায়রকই, — ওঝা মানা মখুজিন্না খোংতংপা লাইচু মখোয়গী তাদা মোংয়াম্বগী লাইনি।

# অশেংবদ্ব কনা খওই

সনা কৈথেন্দা য়োন্দবা পোং লৈব্রা ।

মীপুম খুদিংনা ঙাংনবুনা লৈবা ব্রাফম্নি ।

কনানা খুমই,—ফৌদি য়োন্দে চেঙ ওইনা য়োঙ্গরবস্তু । চুনদি চুমই । সনা কৈথেলদা ফংদবা লৈতে হায়বদি লোন্দাগী ব্রান চান্নানা থিরুরবদি ফৌ নত্তবা ফংদবা পোংস্তু ফনা য়ান্না লৈরমগানি ।

নোংমা চুপ্পা চাইরুরবা ক্কামকু কিহোম মকু চুগুম্নচিংবা ময়ামগু মাল গাড়ী গাড়া লাক্কুনা খোমদোক্লারি কয়া অমনা গাড়ী মপোং মপোং থুংলরি ললোনবী, অথাবী, উনজবা নুপী ময়াম অমা ভাড়া য়ামই য়ামদে গাড়ী ড্রাইভরগা খংনরি । অঙাং কয়া অমস্তু পোং থাংগে পৈশা পীয়ু হায়দুনা মমাগী তম্পাক্তা লৈজগদবা কয়া অমা শেস্বোক ওইনবা হায়দুনা লমজাওদা খোরকই, কনানা খুপাক্লা থাবিরি । রিক্সা থৌবা কয়ানা তুম্পক তুম্পক লেপই । কনা অমনা চংলসি হায়রুবদা লমদু হংলগা মদুদদি ঐ চংলরোই হায়নস্তু খুমকই, কনাগুম্বা রিক্সা থৌবা খরদি মরোন থোক্তবদৌনা মমায় মমাংস্তু ইয়েং য়েংশিল্লগা আনৌক অমুবা অমা উপশিল্লগা মশক খঙহন্দনবা তৌরি । মতৌদুদা কিজদুনা নুপী অঙাংশিংদি তোং-গদবা হঙ্গোইদুনা শিদৌরফাওবদা তোংনদে । কনাগুম্বা থাগী-শেংপা থানা অমনা চোংশিল্লক্কনা মমায় মায়খুম উপ্পা রিক্সা

ড্রাইভরদা ফুথরি। কৈথেলদি স্নুম স্নুম তিনখৎলকই। অহোঙ অচাঙ যেংবা লাক্লবা ঙাক্লনি কনানা ফুবিৎখাঙ চপ্পা৹ কনানা ছুরান পোং য়েনবা, কনানা নমথাক তৌবা৹ অয়োনবাশিংস্নু শেন্দোং তায়নবা অবৈবা কাংবুশিংনা থরা হোঙনা ফংনবা।

লুকমায়দগী অনৌ অপেন লাক্তুনা চাবতদা মশাহু নোয়ন্থনা লেঙঙম শাঙমদ্রবা কৈথেল শল অহু পোৎলক্লা চঙন্থনা লাওরবা মমীংন্থনা কোয়না কনাগী লুকমায়দা করম্বা অনৌ অপেন লৈবগে থিরক্লি। কনা অমনা চৈ পায়ন্থনা হৈ হৈ লাওন্থনা তাল্লি।

ঙাক্লাসিদা ইস্থাং নাপী য়োনফম লোমদা লাওনবা অমস্নু থোরকই। ফি নাল্লপ শেংপা নিপা মঙাখক্লা অমনা অঙাং নিপা মচা অমা পমই খ্বাঙচেং শেংপী মুপী পোংয়োনবী অল্লমখক্লা মা-য়োক্লন্থনা ঙাওনরি লাওনম্নি। মুপীশিংন্থনা নিপাশিংহু মমীং কোং-কদবগুম মখুৎ ও মশা ও লাত্ত খোংলি। নিপাশিংহুদি পংতপ্পা তপথৈ মতৌহুদা মাইগৈ অমনা তপথরবনিনা মখুৎ ফাওবদি থোক্ল-দ্রে লাওনবদি লেপ্তে।

থরগা নকশিল্লবদি ঙাঙনরিবহু তাবা ফংই।

মুপী ১না হায়৹ — হৈ কুম্বী কালেন থায়দমথৈ এথোয়না কৈথেলদা ফম্মিবসে ইচা ইশু থাকপা ঙম্নবনিনে ভাব তাও ইচা-গীদমক্তা শিগে হায়ন্থনা লৈরিবনি নথোয়নকা ঙমই মুপীনি হায়ন্থনা নম হান্থনা অঙাং পুনি হায়রবদি নতীক লৈরগা পুনে।

নিপা ১না য়াম্না তপথনা থুমই, — হেরা ইম'খোয়না য়াম্না ফত্তনা থনখিরে ঐখোয়না পুগে ভৌবা নত্তেদা চুম্না মমা লাকত্রি-কাওবা শক্তখিবগী ৱানি।

অঙাংছুদি মখুৎত্তা চাওরবা চোকলেট অমা পায়রগা চীক চীক্তুনা চাদ্রি কহ্নিমন্ত্রা নিংঙাই ত্তোবনী বা লৈতে। মুপীতুনা অঙাংছুদা হংই, — ইবুঙো মখোয়শিংসি কনানো নঙোন্দা মখোয়না কনি হায়।

অঙাংছু কপন্নু কপতে নোকস্নু নোকতে অহুম তুমিন্না লৈ। মুপীশিংছুন্নু তোক্তে অমনা অমদা পংহংদা হংনৈ। মথং মথং ছংনরকই, মুপী অমনা অঙাংছু পমত্তুনা লাকই অতুগা ইচে মীকোইগী পোকমদা অচাপোৎ শীজত্তুনা ফমহল্লগা ঙায়োনফমলোমদা চংথি। অমনা মীকোয় ক্কোরকট হায়ত্তুনা চংলগা ক্কোরুবে।

মুপী অমা লাকই। মীকোয় হায়রীছু ওইবা তাই। অমনা য়োবকাওবা য়োরক্লি ঙৈদা লরাই লেস্ফদা লাক্তনা হংলমই। মীকোয় হায়রীত্তুনা খুমকই, — মশক্তি অওবে ঙাইহাকী মমাঙদা মুপী অমনা অঙাংসি ঙাইহাক্তং থনমগে থুনা মপা লাক্লগা কৌরনি হায়ত্তুনা হায়রস্থনি বুক্রিয়া পেকেট মঙাঙক অমগন্নু মঙোন্দগী লৈখি। নিপা ময়ামত্তুদগী অমদা খুৎ থিল্লত্তুনা হায় ঙসাই ইবুঙো-সিনা অঙাংসিগী মপানি হায়বদাইনে।

অতোপ্পা মুপী অমনা অমুক হৌরকই মুপীছু ঙায়োনফমদা চঙখি হায়বদাই খিরুবগা থর্ঙনিদনা নিপা হায়বা জাংসে মুপীদা পংতু তুহংপা য়াবেরা।

মুগী গরনা অঙাংতুগী মমাতু থিবা ঙায়োনক্ষমলোমদা চংখ্রে। ময়ামস্থ অমত্তা চংহন্দনা মুপীতু লাকপা ঙাইনরি। থোকইবা থোৗদোকসি অশেংবা করিনো অমদা খঙ.দে। নিপাশিংদুনে মীকোয়নে মথোয়দি অশেংবতু খঙক্ম থোকই অতুবু লোইনা ইরোং লোংশিন্নে।

ওইরম্বা য়াবসি অস্নম্না শাজিনবা য়াই নিপাশিংতুগী মরক্তা অমদি অঙাংতুগী মপানি। মতৈ মনাও খংনরগা মুপীতু অঙাং পূহনা চংখিবা ঙাংনি। নিপাতুনা তাম্বরকপদা মুপীতুনা কৈথেল পোংলক্তা অঙাংতু থম্নগা পোং লৈরিবৈদা কদায়দনো অমা কৌ- থোকখ্রগা অঙাংতু লোবা লাক্লম্বা অতুদা মুপীশিংতুনা তৌরিবা মতৌতুদ চিংনতুনা খাঙ্গী ৱাফম অমা সোমদা অঙাং মমা থিরুবা চংখিবী মুপী মযাম হল্লক্লে। লৈরম লৈরম্বা মুপীশিংদা হংলুবদা কনামত্তা নত্তে থুম্নকই হায়তুন পাও পুরক্লে। ৱায়েনবা ঙম্নদ্রে নিপাশিংতুনা অঙাংতু পমম্লগে হায়না হায়রবস্থ মুপীশিংতুনা চংখিবা য় রোই হায়তুনা নিপাশিংতু ফারে। ৱায়েম্নবা পুলিস কৌরুরে। ময়াম পুন্নমক লোইনা তানথায়রে অমত্তা চঙবা য়াদে পুলিসনা ৱা হংবা হৌখ্রে।

নিপা ময়ামতুগী মরক্তগী অমনা ৱায়ারলেস পায়রিবা থানা অচৌবতুগা চীকথনা ৱারী শানখি খুং শোক্লখি। অতুদগীদি অচৌবতুনা ময়ামতু চংলসি লাকও হায়না লে.ইনা কৌথোকখ্রে। মচীন য়াওবা কনানা করিনো হংলুবদস্থ পুলিসশিংতুনা নথৌতুম

তৌরুচো মীগী মতৈ মনাও য়ুম পানবদা নখোয়বু য়াওবীয়ু হায়রগা লোকঅপ য়োগেরা হায়দুনা কিহল্লকপদগী অয়াম্বা হন্নখ্রে। অশেংবা রাফমদু করিনো কনাস্থ খণ্ডনদ্রে। ওইরম্বা য়াবা রাফম অমস্থ শাজিনবা য়াই হন্দক্লা মোরেদা থোকখ্রে। কবো মুপী অমনা মৈতৈ নিপা অমদগী শেল য়াম্না পুখি শিংবা ভম্নববদগী শেন থৌবদা থোক্লবদা নিপাদুনা মুপীদুগী মচানিপা অমা ফারগা ইম্ফালদা পুরকখিবা। মমাদুনা খোঙ্গুল লীরকপদা মচাদু ফাখ্রে খণ্ডদুনা পুলিস অমদি কোর্টকি মতেং লৌদুনা রা থোক্লখি। অদুগুম্বা রাফম অমদি ওইবা য়াদ্রা? খণ্ডদনে শেল থংবা মীস্থ পুবা মীস্থ মখোয় মখোয় ভম্নবা অদুম তৌনজৌ করিস্থ খণ্ডদবা অঙাংদা তাই-নবা শারদুনা।

সোমদনা চংলগে হায়বস্থ চংহন্দবা অঙাংদু পুগে হায়রবস্থ পুহন্দা নিপাশিংদুস্থ কৈথেল মুপী ইচঙ থৌবীশিংদুস্থ অঙাংদুগী মমাদু হল্লক্লিফাওবা ঙাইনরি।

মুপী অমনা অঙাংদুদা লৈপাক হরাই হৈঙান পীজদুনা ঙাই-হাক থেমদুনা হংলবা কান্দা রা খরা ঙাঙলকই।

ইবুঙো নংগী নমিং করি কৌই?

— বালু।

— নখোয় বাবাদি কদায়দা লৈহৌই

অঙাংদুনা মমায়দু লৈমায়রোমদা য়েংলগা মঙক্লু নাক য়েৎতা লৈরগা থুম্নকই। — ঐখোয় বাবা লৈতে।

— কদায়দা চংখিবনো ?

অঙাংদু খুম্নক্কে। অমুক্কা হাই,— নংগী ইচেকা ইনাওমচাকা লৈতরো ?

— ইমানা অঙাং মচা অমা ঐগী পোক্কনি হায়।

— নংখোয়গী ইমাদি কদায়দা চংখি ?

— অচাপোংকা শাম্নপোংকা য়াম্না লৈরক্কনি হায়রমই।

অঙাংদু পেরমই কপথোরক্কে তৌই। মমা কৌরকউ হায়না নিংডাই তৌবা হৌরক্লমই। মুপী অমনা পমথংলি।

ব্রাক্ষম অমগা শাজিনবা য়াই। মীগী অশোয়বদা খুদোংচাবা লৌদুনা ঙায়োনফমদা ঙা লৈরিবী মুপীদু কদায়দনো অমদা পুশিনবিখ্রগা লঙজা ক্কাক ময়াম্না শরাক তমহনথ্রবজাংলা। মুপীদুনা চংলগে হায়বদসু চংহন্দ্রবদা মানা অঙাং পোংলক্লা লৈহৌই হায়রুবদগী ব্রা য়াম্নরক্কনবা লঙজা ক্কাক মরক্তদগী মীংশিং নাশিংবা অমনিনা অঙাংদু লৌরুনবা লাকপা ওইরম্বসু য়াই।

অদুবু, কনাসু অশেংবদু খঙনদে। মুপীদু হল্লক্লগা হংনরবা কান্দতা থঙনি। করিগুম্বা হল্লক্ত্রগনা কমদৌবা ? ফত্ত-মুংদা থোক্লমদবদি ওইসমু মচাসি চাওখ্রি চাওননবা য়োক্লখিসমু। মনাও অমা পোক্কনি হায়না অঙাংসিনা হায়রিবসিসু পোক্কবা ওইসমু।

মুমিৎ য়ুংখংলকই। কৈথেল তিনখংনরকপদু থরদি পাথরকপগুম তৌই। নিপাশিংদুসু চংহন্দনা ফাদুনা থমি, মুপীদুদি

হল্লক্তি, মচা পীশকসি হুদোক্লম্মগা। অঙাংদুদি বারমংলে কৈথেল পোৎলক্কি মচি অমদা বোরা অমদা তুমথোকপ্লে ইশি শিনা। পোৎলক্কি অকোয়বদা গৌরদাস অঙাঙবদুনা পোৎ লাকই হায়দুনা ময়াম্না চৈবিরি মাদি করিস্থ নাচুংদে। কৈথেল শন্দুম্ব হৌজিক্তি অনৌ অপেন্দনা মবুক থল্লদুনা লেংঙম শাঙমদা তপ্না তপ্না চৎলি পোৎলক্লা।

মৈরম পাংবদা লৈরিবা কৈথেল লাইরেম্মগী মুণ্ডিদুগা লাই-নীংথৌহুগদি চরাংনবা মরক্তুদা মমিং উহ্‌শিন্দুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরি।

# ফদিবী কৈথেল

অহিংত্থ মমই !

ফদিবী কৈথেলগী অকোয়বত্থনা খরগা হেন্না মমই !

লৈকাইনা পুথোক্লনা থানবা ইলেকত্রিক থাংমৈ মচা অমদি ঙানলি। মত্থদা তিন কাঙতনা শৌ শাবমথৈ য়োমশিল্লত্থনা মৈত্থ খরগা ঙাঞ্জগদবত্থ রাংহল্লি। কোজেঙ হারৌত্থ য়াম্না থোংই অকোয়বত্থদা। শম্বল ওইনা হৌনরিবা পাম্বীশিংত্থগী মরক্তা তন্দল্লা কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লি। অচৌকপা মরক্তদা ঈচেল তপ্লবী মেরাথোংস্থ চোক চোক লাওবা মখোল অমা থোকহন্দুনা অচৌকপত্থ থুগাই-বদা য়াওররি। অনকপদা অরাপ্পদা হইস্থ লাক্লা লাক্লা খোংই।

মখেলশিংত্থনা অহিংগী অচৌকপত্থদি মপুংফানা থুগাইবা ঙমদে। অত্থবু অহিংত্থ অত্থম মচৌকই ! মী খুদিংমক তুম্লথ্রবনি মীগী মখোল অমত্তা তাদ্রে। মতমসিদা কনাগুম্বা অমনা অমবু থেংনবদা হেক্তা খংলগদবা মতৌনি। কৈথেলগী শঙশিংত্থ তুমপক তুমপক কুন্দুনা লৈবি অমম্বা মরক্তদা গ্রং গ্রং লাওবা মখোল অমদি থোরকই। কুঞ্জবা কোকচাওবী কাত্থনা মীৎ লাওথোক্লনা কোয়-না য়েংই। করিস্থ নংলমদে মুংশিংনা হুম্বদা মমল অহোঙবা জিঙ-ঘত্থনা কপ কপ লাওবত্থদা মখোল থোকপনি। লৈমায়বোমদা জ্বায জ্বায লাওবা মখোল অমস্থ থোরকই। খুৎতা পাযবা বেট্রি থাংমৈত্থ কাপ্পনা য়েংই শবিনা লৈচাক ইনবনি হায়বা খঙলে।

কৈথেলগী মচি অমদা মৈঙান্না য়োদবা মফম অমদা কুঞ্জবী তুমিন্না লেপ্লি।

লেপ্পা লেপ্পা কুঞ্জবীনা ভাবনা শাজিল্লি পুকচৎপা লাইগা অঙাং শিংগা থোক্তুনা ফীবুল হাবী হেক হেক শান্নে হায়বত্থু করিগুম্বা থোরক্তুনা মমাঙসিদা চান্ননা শান্নররবদি কমদৌবা তারি। নল্লগা তুংলোমদগী খোঁরি মেৎলি কা হায়নম্থু হায়নৈ। কুঞ্জবীনা মাক য়েৎতা তুংদা য়েংলমই হকচাংম্থু তুফক তুফাই চল্লকই পুক্রিং লুমদবতা নত্তনা অমম্বা মরক্তুদা কৈথেল শঙ মরক্তুদা য়েংশিনগদবা ফাওবা পাঙ্গল ইথোক থোক্তবগুম তৌই। কুঞ্জবীনা থম্বরকই হকচাং য়াওদ্রবা থরায়সি লৈরম্বা তারবম্থু মখোয়না মাগী খোঁরি মেৎপা ঙম্ফম থোকপরা। সিগুম্বা কিরবা মতমসিদা কুঞ্জবীনা মাগী পুক্রিং পাঙ্গল ওইগদবা রাফম থরা নিংশিংনবা হোৎনৈ।

ভাগবতকি রারিদা য়াওবা ধুন্ধুকারিনা ভূত ওনবগী রারীথু নিংশিংই। ধর্ম্ম লৈরবা ময়াম্বা গোকর্ণগী মমাঙদা প্রেত আত্মা ওইবা ধুন্ধুকারীনা অকিবা মশক ফংলবা শক্তম কয়াদা উংলরবদা ময়াম্বনা শিরবা মতুংদা পিণ্ড কৎলবা ফাওবদা লানবা ঙমদ্রবা মনাওগী থরায়মি হায়বা খঙথি। হিংলিঙৈ মতমদা তোখিবা পাপত্তনা ফুল ওইনা তাহুনা লৈবদগী মনাওথু লানবা ঙমদবনি হায়বা খঙথি। পাপথু কোক্লনবা ময়াম্বনা ভাগবত তাখি। হকচাং য়াওদ্রবা থরায়থুনা তাহুনা লৈবা রাগী মরিল অমদা চণ্ডথুনা ভাগবত তাখি। লোইরকপদা অরান খুভম ফংজরবা ধুন্ধুকারী স্বর্গগী গোলক ধামদা লৈখি।

কুঞ্জবীনা খন্থরকই,– পাপ তৌবা মীনা শিরবা মতমদা লানবা উমাদে হায়বা তারবদি পূকচংপনা নাহুনা শিথিবা পাপ তৌজদবা অঙাংশিংনা লাবা ওয়োইদৌরিবনা করিগীনো ? লেপ্লম্বদগী মহাক ক্ষমথরমই মতমসি নোংয়ায় মতুং য়োরক্লে কুঞ্জবী ঙাইরি।

জগৎ সংসারসিদা অঙকপা থোদোক কয়াদি অমম্বতদা থোকই হুরান-চাম্পা, ডাকু ডাকাতি, মীহাৎ-মীপুন, হুরান কারবার, কনাগী লাইফত্তুবা থোকপস্থ অহিংদতনি মুংখিল্লদা থোকই কনাস্থ হায়নদে কনাগী বোরোই মখোঙ য়াখিবী, ফোস্থ পাংকি শম্বুবী, লাইঙৌ হুঞ্জবা, হৈবীমখোঙগী লাইমু কনাগী লম্লোঙ অহুম ফাংবগী হেংলোয়দগী শোরেন অপূম্বী লোম্নমক অহিংদতা থোকই হায়রৈ। কনাগুম্বদা নঙ উহৌরব্রা ননানা তারবরা হংলুরবদি মামনা খুড়ানা অহুনা অদানা লীবিবনি হায়না খুমই কনানস্থ মীৎনা উহৌবদি গুইরমদে।

অহুবু, কলিযুগকি খম থেংবা মতম মুক্রা শাম্নবদা মথা থাবহুনা মথক থংবহুদা নঙ কিরবরা হংনরবা মতমসিদা লাই উরে হায়না মথং মথং পঙহায়দা হায়নরকপা অমা উরি মকমদি ফদিবী কৈথেলদা অহিং নোংয়ায় চপ চাবা মতমনি হায়রি। অউবা মী ফনা য়াওনরে। কদায়দগী নহানতা লৈশাংথেমগী ইন্দ্রজীৎনা মমীৎনা উবদা নত্তুনা তৌরিবা মতৌহুদা শম না চপ ঘুংখৎপমথৈ মরুমদা য়োরক্তুনা অরুম হৌহুনা লাক্লবদা ডাক্তর হিদাক্লা ওমদহুনা মাইথনা থৌ তৌহুনা লাইফত্তুবা তাম্থোকপদগী হুম্থরকই হায়রি। মহাক্তি থেঙনা চংকনবা মী নত্তে। মুমিংতুদা গাড়ী য়াদবদগী

শেমহল্লগা নোংয়ায়হুদা লম্বেলহুদা থৌরকপা জাংনি। কৈথেলহু য়োরকপদা পোৎলক্তদা য়েংশিন্নবদা চহি মঙা তরুকমুক গুরবা অঙাং মফি য়াওদবা অহুমথক খুদৈ হাইবহুনা মুশি মুশি থাবল মরক্তদা মখোলদি অমত্তা থোকহন্দনা শান্নহুনা লৈরমই হায় । অহুদগীদি থরায় খুবাক হাপ্তুনা গাড়াহু কন্না লৈখৎলগা অহুম চেল্লক্লবজাংনি ।

কৈথেলসি কৈথেলফম্বীশিংনা মমদ্রিংদা কুম্মে । কৈথেল শাবিবা মফমসি থায়না পুকচৎপনা নাহুনা শিখিবা অঙাংশিংগী ফুম্ফমনি পুকচৎপা লায়না লৌরকনি হায়হুনা কনাম্থু চঙনদবদগী শম্বল্লৈতনা ইশোঙ শোঙজিল্লবা লৈপুং ওইনা লৈরম্বনি। অথেঙ-বদা শোরেন কপ্পা তাবা মী ফনা য়াম্না য়াওনখি হায় । মরক মরক্তা নোংথী নোংমংবদা পুকচৎপা দেডল থোক্তুনা অঙাং ময়াম অমগা অচৎ অওক্তা খুবাক খুহুনা লক্কে হায়হুনা ভমুকা হেন্না মা চঙনক্লবনি। অহুদগীদি লম্নগা লৈশিল্লক্তবগা লৈকাহ নহারোল-শিংনা কৈথেল শাননবা লৈপুংসি য়ানথায়হুনা অজা-পূজা কয়া তৌরবা মতুংদা কৈথেলসি শাখিবনি। ফনা কুইনা কনাম্থু করিম্থু হায়রমদবনি। অহুবু, হন্দক মরক্তি অহি নোংয়ায়দা মফি য়াওদবা অঙাং থরা থোক্তুনা হেক হেক শান্নবা হৌরে । মসিনি কলিযুগ-সিদা লাই উরে হায়নরিবসে । বাক্মসিমক্তদগী লৈশাংথেম ইন্দ্রজীৎকা মরৈ য়েৎনরকপদগী কুম্ববীনা মীচীক মীরাওথোল

তাদ্রবা মতমসিদা কনাম্ন হৌদনা মথৌ হেক ওইবমথৈ মফমসিদা লাক্লিবসে।

কনানো অমা শূৎ শূৎ কপ্পগী মখোল অমা তাবগুমম্ন তৌই কুঞ্জবী কোকচাওবী কারমই! কৈথেল শঙ মম্থুংদা য়েংশিনবদা মীগী মওং মানবা পোৎ অমা লেঙ লেঙ চৎপগুম তৌই। কুঞ্জবীগী মকোক্কী শম চপ চপ য়ুংখৎলকই। অহলশিংনা হায়বা অদুগুম্বা মতমদুদা শম থাদোক্কম্নু হায়বদু নিংশিংদুনা ফীরুক খুমজিল্লমই। মথুংতা লাইনিংথৌ চেংজেংলাকপা হরাওবদা ফংবা লীচৈ কাঙদূদু পায়রকই মদুদা মুন্না অমুক্তং য়েংলুবদা থৌনা অমদুম পোকলমই। কুঞ্জবীনা কন্থরসিরা হায়না খল্লমই অদুবু, রাখলদু হোংখি। নাখৈ অমা শেংনা খঙদোক্লগে খল্লদুনা মীগী মওং মানবা অমা উথিবা অদোমদা চঙলকই খুৎতা পায়বা থাংমৈদু কাপ্লমই।

ইস: ওন্থোক্লা থীখ্রে মমায়দু কক্তবা কোইতনা চরা চরা হৌরবা শেগাইরবা পাম্বোম কোংথোকপা মোজাফুরিৎ অমা লীংলি খুদৈ অমা শেংলি, ময়াঙদু অঙকপা ফংনা কংই, চপ্লবা চাইরুংদুদা চোং চোং লাওনা মপি চেন্থরি। মহাক খুউদা মকোক ভারদুনা লুকথদুনা ফমদুনা লৈ। নকশিল্লুবদা য়ুনম য়াম্না নম্লকই। তৌরিবা মতৌদুদা খঙলে মহাক পূকচৎপা দেউলম্ন নত্তে, য়ুঙাওবনি। মমায়দু মৈ কাপশিল্লুবদা লাওরকই, — হৈ নিশাবন্দগী তৌঙম্বীশা নয়ুমদা তুমদুনা লৈগে লৈতদুনা, চৎথ্রো চৎলো নরন্না থকপরা?

কুপ্তবী নে তারমই অকিবস্থ মাঙখিরমই৹ — নিশাবন্দ নত্তেনে নংনা নথন্তা লৈবতুদা ৱারী শানীংতুনা লাকপনি ফদিবা কেথেলদা ভূত থোকই হায়বতুদি নঙদি কিদ্রা ?

য়ুঙাওবতুনা খুম্নকই৹ — মখোয়তুনি ঐনা ঙাইরিবসে মখোয়গী মরক্তা ইচাশিংগী মমাতুকা য়াওরক্লবদি ফাহৌগে তৌবনিনে । মা ঐগা মচাশিং ময়ামগা থাদোক্তুনা চৎগ্রে । ঐবু মাগী মচা লমহেন-বা ময়ামসি ইথন্তা করম হায়না য়োক্কদৌরিবনো । ঐনা ঙাইরকপা কুইরবনি অতুবু মঙদা ফাওবা লাক্তে । খঙই মানা ঐবু য়াম্না ৱারৌরে ।

ৱাফমতু হায়রম্নগী য়ুঙাওবতু শূৎ শূৎ কপখিরমই । তাঞ্জাতুদা অঙাং নুপীমচা চহী তরেৎমুক্তা শুবা অমগা চহী মরি মঙাকা শুরম-গদবা মফি য়াওদবা ফদোমদগীনো অনিথকা চেনথোরক্লমই অতুগা তুতুনা লৈরিবা য়ু ঙাওবা নিপাতু চিংথৎলমই । নুপীমচা খ্বায়দগী চাওবীতুনা বাবা বাবা চঙলসি লাকও হায়তুনা চিংথৎলমই । য়ু ঙাওবতু পংহায় হায়নদনা লেপথৎলক্লে । নুপীমচাতুনা মপাতুদা অমুক য়েং কুঞ্জবীদা অমুক য়েং তৌরগা কৈথেলগী মনাক নক্লা লৈবা কোন্তোং অমদা য়ুঙাওবতু চিংশিনখিরমই । অঙাং মফি য়াওদবা অনিতুদি পংঙান ঙান্দবা থাংমৈ মথোঙতুদা পৈরিবা মকুম মকাই ময়ামতু হোগায়তুনা মঙ্গল লৈবাক হৱাই কা য়াওরিবতু খন থন্দুনা চাতুনা লৈহৌরি মচেতুনা চঙলক্লবা কৌবতু থোওইদনা লৈহৌরি ।

কুপ্তবী অঙাং অনিতু উবদা ৱা থৱা হংনীংতুনা ইবুঙো নখোয়বু ঙ্করি তোরিবনো হায়না হংলুবদা অঙাং অনিতুনা অমুক্তং চপ মান্নবা কুপ্তবীদা যেংথংলক্লগা কাম্লোংতুদা হৌতুনা চেনশিনখিরমই ।

মতমতু নোংযায় মতুংনি অহিংতু ঈচিক হুল্লকই । ফদিবী কৈথেলগী শঙশিংতু তুম্পাক তুম্পাক লৈরি । মুংশিংনা হুম্বদা জিন্ধ-ছুম্ন মখোল অতুম খোকহৌবি । অৱাপ্পদসু হুই খোংবা মখোল তারি । তন্দনসু পাইরি কৌজেং হায়েৌসু খোংলি মসিদি অহিংগী মহৌশানী শক্তম্লিনা কত্বু, তাইবঙ মীনা ওকিবা তুকচ্চবা ওইনা লোতুনা পালগথাক্লবা হোংবৈ মৱাল লৈজদবা ফদিবী কৈথেলবু । মতমদি হৌজিনখি পুংশিংসু ঙনথংলকই তাইবঙ মীনা ইম্নোক-পিৱবা লমদমসিগী শক্তম্লা ঙাইহৌরি ইহুংনা ঙাল্লকপা মতমতু ।

# শান্তীগী পাওজেল

হুংশিৎনা লিরি লিরি হুম্বা, উচেকশিংস্থ হুইখোংলতুনা ঈশৈ শক্লিবা, উনা ঱ানাস্থ য়েনীং হুনবা কান, অরাপ্পা অনকপা লাইশঙ শিংদা মেঙলবা কাংশীগী মখোলনা য়াকায়রোল ওইহল্লবা, মীপূম খুদিংমক্কি থমোইদা মথুম মরাঙ হোইহল্লবা মতমসিদা লমজাওদা খোক্লিংলকপগী ঱াখল অমা পোকহন্দুনা থোরকই শোরোক অচৌবদা। নোং মপূংফানা ঙানদ্রি হ঱া চাবা চৎপা কাংবুশিংদি মোমোন তৌনরতুনা খুৎলোম্নতুনা খুরুম্নরতুনা মপৈ মপৈ চৎনরি। লাইথুং তিনথুং চেম্বা কাংবুশিংনা অমনা অমদা থরা নুংঙাইরবরা হংনরিবা। খবর য়োনবা কয়াস্থ খবর পুতুনা খা-঱াং চেনবা হৌনরক্লবা। অহিং মথৌ তৌরুবদগী মতম লোইরতুনা য়ুমদা হন্নরিবা থানা অঙম্বা ময়াম অমা। অঙনবা অয়ুক ওইজরবস্থ মী ফনা য়াম্না মচৎনৈ। ঙল্লবা অয়ুক অসিদা মীপূম খুদিংগী থমোয়দা অফা অপুন লৈতবা পুন্সি অমা ওইহল্লবা মতমসিমক্ত, ঙসাই নোং ঙাল্লমদাইদগী মাইক্তা ঈশৈ শক্তুনা শান্তীগী পাওজেল চেল্লকই জীব নুংশিবিয়ু, খৎনচৈনবা লান তৌবা তোক্লসি, শান্তী পুরকসি, মালেমসি অশং অমান্তগী ফিজোল লৈতেংহল্লসি অসিনচিংবা। লাক্লে ইন্টর্নেসনেল ইয়ার ফোর লিভিং ক্রিচর্স হায়বদি মালেমসিগী লেংলি-পাল্লিবা জীবশিংগী কুম !

মীওইবনা জীবহত্যা তৌরিবসিগী ইতিহাসতি য়াম্না কুইরব-জাৎনি। অচৌবা নিংথৌরেলশিংনা খরা অপিকপা লৈবাক লান্দাতুনা লৌশিনবসিনা অকনবা অওম্বা শক্লরমই। অকনবা জীবনা অশোনবা জীববু হাৎতুনা চানবা ঙাক্তনি। মীওইবগী চীঞ্জাক ময়ামগী মমুংদা য়াম্না মরুওইবা চীঞ্জাক ওইরিবসি অহিংবা শা ঙানি। মসিবু পার্নিসিবল ভাইওলেন্স হায়না খঙনবনি হায়বদি য়ানরবা হিংসানি মীওইবগী চীঞ্জাক ওইননবনি। হিংনবগীদমক্তা অকনবনা অশোনববু হাৎতুনা চাবগী চৎনবীসিগী মথক্তা কনা-গুম্বনা শা উচেক কাপ্পবু মশাগী হৈনজবী পামজবী ওইনা চথনরি। অমরোমদা লাইনীং লম্বীশিংলোমদা য়েংলুরবসু হিংসা তৌবদি ফনা য়াম্না য়াওই। হিন্দু ধর্ম্মদা চৎনবা যজ্ঞ পূম্নমক জীব হাৎপনি মী মঙক কক্তুনা কৎপা যজ্ঞ নরমেধ যজ্ঞ, শল অমদি শগোল মঙক কক্তুনা কংপা যজ্ঞ গোমেধ নত্রগা অশ্বমেধ যজ্ঞ, নিংথৌ ময়ামগী মকোক কক্তুনা কংপা যজ্ঞ রাজসুয় যজ্ঞ পূম্নমক জীব হাৎপনি। ইসলাম লাইনীং লম্বীদা চহীগী অনিরক্তং থোকপা ইড হুমিংতা উট, শল, য়াও, হামেং হাৎতুনা লানথ্রবা মপা মপুগী মফমদা কৎপগী চৎনবী ঙসিসু কায়দনা চৎথরি। দেবী পূজাগী মিংদা হামেং ইরোই বলি কক্তুনা পুজা তৌনবী পাম্নরি। চীংমী-শিংনা থৌ তৌবদা মখোয়গী লাইনীংবদা শা মঙক্তা লেন্দুনা ঈ কৎপগী চংনবী ঙসিসু চথরি। জাতি কয়ানা শা ঙা চাদবা জাতি ওইনা লৈরম্বদগী মখোয়গী মচা মশূশিংনদি শা চাবগী চৎন-লোনচক্তা

মাওশিল্লকপা নোংমা নোংমক্তী হেঙ্গিল্লকই। অদুনা মীওইবমা মুংঙাইরক্লবদি শা ঙাদা তাইনরুকই।

অসিগুম্বা মীওইবগী হিংসাবু উবদা থাঙবা ঙমদবুনা হিংসাবু নিন্দা তৌবা অহিংসাবু য়োকখৎখিবা বুদ্ধদেব ওইখিবা ঙসিদি নৌহৌননা নিংশিংই ভক্ত কবি জয়দেবনা শকখিবা "কেশবধৃত বুদ্ধশবির জয়জগদিশ হরে"।

মৈতৈ লমদমদদি শা ঙা য়োকখৎপগী চৎনলোনচৎ থায়নদি লৈরমই ঙসিদি খরমখৈদি মাঙহনখ্রে। লুহোংবগী থৌরম অমদা শোয়দনা হাৎতুনা চাগ্রগদবা কৈথেল লুকমায়দগী ঙমু অহিংবা লৈতুনা পুথ্রিদা থাদোক্লনা হিংহল্লি, চৈরাওবদা মৈতৈ ইমুং খুদিংদা ঙমু থাদোকপগী চৎনলোনচং লৈরমই। লাইগী মিংদা কৎলগা শলাববু কাও থাবা হায়দুনা থাদোক্লরমই। লাই হরাওবদা য়েলহৌং থাবা হায়দুনা য়েন খুমু হিংনা থাদোকপা তৌনরমই। মসিনা অহিংসাদা থাজবগী চৎনবী, শা ঙা মশাং হেনগৎহনবগী চৎনবী অদুগা মশা ফবা শা শনগী চাদা নাওদা শন্দোক্লবগা মহৌশাগা পাৈম্ব অমম্লনি। অদুবু, মতম্না ওল্লকপগা চৈরাওবগী ঙমু থাদোকপগী চৎনবী মাঙখ্রে য়েলহৌং থাদোকপগী চৎনবীদু ঙসিদি থাদোকত্রে কৎলগা খুরুমগা ওইনা লৌশিল্লরে। মতুমক্লনা য়ুমলক্ল শা ঙা হাংতুনা চাবগী চৎনবীদা চুশিল্লহল্লি। মরম অদুনা মালেমাসগী শুহনা চট্টী সিদ্রা হিংবা ওইরমনু শা উচেক কয়া, ওইরসমু অশাং অমাম্ভনা থল্লবা মালেম শান্তী লৈবা পৃথিবী অমা।

হবা চাবা চৎলিবা ময়ামতুগী মরক্তা য়াওশিন্দুনা এৈমু য়ৌরক্লে খুমন লম্পাক। লৈচিল হাইফেৎ খাংবদগী ইবাও বাওবা

অম্পাকতুগী অকোয়বদা লাম্না খুন্দোম্দা মীয়ান ওমশিন্নবা অম্না উরিবস্থু য়োশিল্লক্লে।

ফীজোল অমদি শক্তয়া তাকই মতুদা লৈরম্বা মুপী নিপা অয়াম্বা চাংমীডাক্তা ওইনা তৌই তৌববুদি মৈতৈসু ফমা য়াম্না য়াওরি। মখোয় খয়না অডাং মুপীমচা চহী তরানিথোই কা ওরুম্ন-গদবী অমা ফাতুনা থম্লি। অডাংতু ইথুক খুক্কংলি কিথিবনা মমায় মমাংতু তথক তথকই। তৌনম্নিবতু করিনো হংনরবসু খুম্নদে থোংদাক অমদি থোকপ্রে খঙই। তাঙ্গাতুদা পুলিস গাড়ী মপোৎ অমা লাক্তুনা মফমতুদা খাম্লে। গাড়ী মম্নংতুদা মশাগী চহী য়াখৈ-মুক ওরম্নগদবা অমা তোংই ফাতুনা পুরক্লিমালে মমায়তু লুকথতুনা লৈ। পুলিস অমনা নিপাতুদা খুৎ থিল্লতুনা মুপী মচাতুদা হংই, — সি নখোই ইপাম্না মুপীমচাতুনা রাদি ডাঙদনা মঙক নোম্নতুনা মাম্নি হায়বা খঙহন্লি। মুপী অহল অমনা মুপীমচাতু লৌহোরগে হায়তুনা পুলিসশিংতুদা ডাঙনরগা লৌহোই।

পুলিসগাড়ীতুগী মনীংদা উগী খুদেং অমদা ফিনা কুপ্পা অশেম্বা শতুম্না খাডৈমুক য়াওরি। মুপীমচাতুনা চেনশিন্দুনা শা অশেম্বা হাপ্পা খুদেংতু হাংদোকই মতুদা পুলিসশিংনা থামই। মুপীমচাতু ছন্দক্তি ও খোংনা কপথোরকই।

পুলিস গাড়ীতুনা মিপাতু পুতুনা থোৱপ্রে ময়ামসু মহৈ মহৈ ক্ষায়নখ্রে। লীচৈ অকোনবী পায়বা হরাচাবা চৎপা ময়াম অমসু

কুম্মৈ য়েংলম্বদগী চৎপা হৌখ্রে। থৌদোক্কগী মরীদা মথোয় ৱারী শাহুনা চৎখি। মথোয়গী মনাক নক্কা চৎলিবা ঐস্থু ৱারীথু তায়।

অহল অমনা হায়,- অসিগুম্বা মপাসে পৃথিবী লূম্নবা পোক্লব-নিনে কনাগী কৈ তমথীগ্রহু ফাওবা মচাবুদি থক হাৎতনে।

অহল, অমনা অমুক খুম্লকই, — মহাগী পাপ্পী চন্দাল মক্ত ঙাযরবনিনে যুগসে। মসিদি য়াম্না ফ্ক চৈবা তৌরেরোইদবনি নোংমৈ অমনা দং হায়হুনা হেক্তা চৎহনখিবা ... ... ...।

অতোপ্পা ৱাকিং চৎপা কাংবু থৌদোক্ক উহৌদবা থরম্ব ৱারী তানীংহুনা অহলশিংহুগী মনাক নকশিল্লকই। অহল অমনা অমুক হায়রকই, — নাশা যুগসি লোইরবনিকো মপানা মচা হাৎলেহৈ।

অহন্দুনা মথা অমুক তারকই,— ইমাইপেমা-ইমাইপেমা ঙম্বু

ঙমইনে মখুৎ মহা পাপ্পীদো চহী তরেৎতা ঙায়রিবা মচানিপাহুবু হাৎলগা মতুপ-মতুপ কক্তনা অশেম্বা শা মরক্তা য়ানশিল্লি হায়-নে। মতুদা পেস্রহুনা মচানুপী অহন্দু অমুক হাৎকদবগী থাঙ পায়-হুনা তানবদগী লৈকাইনা থেংনবদগী তান্নহুনা তুরেন মপান্দা নমহুনা ফাহুনা থানা য়োৎখ্রেদনা।

হৱাচাবা চৎলিবা নহা অমনা ৱারী অমা অমুক হৌদোক-লমই,— হুন্দক মরকসে ওস্তোক্না তাহৈদবা ঙাক্তা তারেদা। মহানতম্ব মোরেগী প্রেম নগরদা মস্রাজী নিপা অমনা মচানিপা অমা মঙক কক্তনা হাৎপদগী ইরাং থোকখ্রবনি।

অতাবা খরস্থ য়ৌ য়ৌ পাংশিল্লকই হায়নরকই মত্থ উরাংতা খবরদা য়াওগ্রে হায়ত্থনা। ব্রাকমত্থদি সুম তৌবজাংনি, হুরান-কারবার তৌবা মোরেদা লৈবা মাদ্রাজী অমনা মমঙদা লাইনা তাক্লমই মাগী কারবার চাওখংনবা মচা অমা বলি তৌ হায়রমই হায়ত্থনা তুম্লিবা মচা নিপাত্থ চিংথোক্লগা থাংনা মঙক কক্ত্বনা মাগী লাই পেন্নবা তৌরম্বদগী লৈকাইনা ফাত্থনা ময়াম চঙত্থনা য়ৈবদগী কাংডলুপকী ইরাং ওনগে তৌত্থনা পুলিসনা বানা ইরাংত্থ নমথবা ঙমখি নিপাত্থনা জেলদা থাজিনখিবগী বানি।

বারীত্থ কুইদে অমা অমুক হোংনবা হৌরকই। হরাচাবা ময়ামত্থগী মরক্তা খবর পায়বা ফনা য়াম্না য়াওনরি। পাও খঙনীংবা অহলশিংনা খবর পায়রিবশিংত্থদা হায়রকই, ইবোশা, নখোয়স্থ করি করম্বা নুংঙাইবা পাও য়াওবগে খরা অত্থক তম্নকউদনা।

নহা অমনা পন্তদনা খুম্নকই, — হো সাইকুল পুলিস স্টেশনদা খুংলায় পায়বা কাংবুনা লান্দাখিবদো পুলিসশিংত্থনা ঙসি খবরদা হাপ্লি লৈবাক ঙাক্নবা খুংলাই খরা নহান মখোয়না লৌখিবদো হন্দোকপিরক্লো হায়না নুংশিনা থেমই।

অহল অমনা খুমই, — ভালো! ফজেনে মত্থনি মোরেল এপ্রোচ হায়বসে, অহিংসানে, গান্ধী নিতীনি, নাবা, যুগ সিদদি মত্থনা মফরবনি কনানা খঙবনো, খুংলাই লৌখিবকাদো নুংশিত্থনা লোইনা হন্দোকপিরকপস্থ। থোং য়ৌরে অমুক য়ুমলোমদা হল্লকই।

মালেমসিগী অহিংবা জীব পানবশিংগী চহীসি হৌবসিদা মঙ্গলা-চরন্দা কালিমাই ভাওখৎলকপনা হান্না হৌবসিমকস্থ ওস্থোকপা হায়বত্নি ।

তাঞ্জাসিদা চহী অমমুক উনখিদ্রবা লালহরীত্থ লম্বীছুদা লাকই। ঐবু উবদা লেপ্তুনা ৱারী শানীংবগী মতৌ অমা উই। ঐস্থ চৎপত্থ লেপ্তুনা মঙোন্দা কদায়দা চৎকদৌরিবনো হংলুই । পাওখুমত্থ খুম্ন ক্লনা মানা মরী মখোঙ ইশম শন্নদনা হায়রকই,— ভাই নংবু নোংনতকাস্থ ঐবু উন্ননীংদবরা ? মীনা হায়নবদোনা নংস্থ ঐবু চিংনবরা ? ঐখোয় মুপীত্থ ঐনা হাৎপনি হায়না নঙস্থ খনবরা ?

লালহরীত্থ হাইক্লেৎ কপখোরক্লমই । তৌরিবা মতৌত্থদা মাবু খোংনাং মখোঙ অমদা চিংশিল্লমই । মহাক য়ুনমস্থ হাইক্লেৎ নমই খরা থকচিল্লক্লমালে ।

মা হেক্ক উবদা মাগী ৱারীত্থ নিংশিংলক্লে । চহী অনিমুক্কী মমাঙদা মাগী মুপীত্থ স্টোভ পোকখায়ত্থনা মৈ ৱায়বদগী চাক্লনা শিখি। মশামকস্থ মুপীত্থ কন্ননবা হোৎনবদা চাক্লনা পুম্নাং লাং-লবনি, ডাক্তরদা কুইনা লৈরুই ।

লালহরীনা শূৎ শূৎ কপ্লগা হায়রকই,— ঐ মাবু কলহৌগে য়াম্না কন্না হোৎনখিবনিনে । ঐগা মাগা ইচা পাখং লৈশাবী কারক্কাওবা লৈমিন্নরকপদদি খৎনদ্রগা কৈদৌনা খৎনগদৌরিবনো । মখোয়গী মবুং মোপাশিংনা ঐনা তৌবনি হায়ত্থনা থানা তাক্লনা

লোকঅপ য়োক্লবনি। অহুবু লান্দবা হায়বসে ঐ অহুম মথো-ৱকই। মখোয়গীদি মচল মচা ওইজরমই হায়বগী ৱানি ঐগীদি নুপীনিনে ঐ পাঙ্গা ওইহৌরবনিনে ইচাশিংসে মমা লৈত্রবনিনে।

ঐনা খুমই,— কনানা নঙবু চিংনৈ হায়বগেনে নঙদি নৱালসু লৈতনা। ঐখোয় লোয়না হায়নৈ নঙবু মখোয়না পুলিসতা ফাহনবদো। মখোয় ধর্ম্ম লৈতবনি মা-মানা তোজবনা মানা ফংজবনি মখোয় মরাইনা দোষ পুজনি।

মানা হন্দক্তি চান্নবা কপ্পগা মখোন্দুদি ফাজিল্লগা হায়রকই:— ভাই ঐ ঙসি মা য়াম্না নুংশিরক্লে। মা শিবা মতমহুদি কয়াবু খল্লুদে। কুইরগা মা নুংশিবা হেনগংলকই।

ঐনা খরা ফগত্রা হায়হুনা হায়রমই,— কান্নদে হৌখিবনা হৌগ্রে অঙাংশিংহুসু য়াম্না নাইতোম তারম্লনি। মখোয়গী মমা অমহুম পুশিনবিরক্কনা অমুক্তং কায়রবা য়ুমহু পানখোনে।

মানা হায়রকই,— হুম! ঐ তৌরোই। মহুমক নিপাগী য়াম্না চাওবা অশোনবনি।

মমীৎতু লৈমায়ব্রোমদা য়েংলগা কা শায়রিবহু অমুক্তং য়োৎ-খরগা হায়রকই,— য়েংউ নুপীশিংসি কন্রা! কৈখেল নুপীকাসে লুপ্রাবী য়াম্না য়াওরিবনি অহুবু মনা মশিং য়োল্লগা কনামত্তগী মতেং য়াওদনা মচা মশূ য়োক্কনা অহুম মরৈ। ঐখোয় নিপাদি নুপী হেক শিখিবগা কীরোয় লোইত্রিবৈদা নুপী অমা হেক্তা খিজিন্নবা

তৌই । ঐ লুহোংলোই, মুপী থিরোই । ঐসু উৎকে ঐ য়াম্না শোনবা মী নত্তে মুপী য়াওদ্রবসু ইচা য়োকপা ভম্বজাংনি হায়বসে ।

লালহরীগী রাফমসিদি য়ুঙাওবনা পংভাঙ ভাঙবা নত্তে য়াম্না ফজগ্রবা চেৎগ্রবা পুকচেল অমনি । ঐখোয় অনি কায়নরে । ঐসু য়ুম্নোমদা লাকপা হৌই । লম্পাকী অচিকপা মফমদুদা অয়ুক অতুদা অঙৌবা উরোক পরেং অমা পাইরকই । লমজাওগী মচি অমদা খুমু অঙৌবা জুরা অমসু চেঙ হবাই খুন্দুনা চাতুনা লৈরি । মতু উরুবদা অমুক নিংশিংলকই, ঙসিসি মালেমসিগী লেঙলি পাল্লিবা জীবশিংগী অহৌবা মুমিংনিকো ।

# শঙ্গেনথোংগী ব্রাকৎ

হাদ ইমা ইমাও ঐস্ত লাকে ইমাও
লম্বী নাম্রি লাকমু
চৈশু শুহুনা মরাক্কে
ঐনা হয়েং চাওরগা, চাওর য়াঙ্গোন কারগা
শঙ্গেনথোংগী থোংয়াইদা, শমু থক্তা তোংবদা …… ॥

ঐনি শঙ্গেনথোং হায়বদো — ! ইম্ফাল তুরেল মথক্তা লেপ্তুনা লৈরিবা থোং, শঙ্গেনথোং !

লাইনিংথৌ পাখংবগী সনা হাক্তক মমাংদগী লৈবাক্কী অরা মুংঙাই রারী কয়া ইমৌং খীংনা উররুবনি। পাখংবনা পাম্ভিবৈদা ঐগী ইনাক নক্তা খাবশিংনা পাল্লম্মী। ইম্ফাল তুরেল মপানসে শজিক্তা মরাং কায়না হৌরমই। খাবশিংনা যন শেনবা চৎপা খুদোং চানবা ঐবু অহানবা ওইনা শাখিবনি। অদুনা ঐবু খাবশঙ্গেনথোং হায়নমু কৌনরমই। ঐবু মীপুম খুদিংনা ইকাই খুম্নবীরম্মী।

ঙসিদি ঐহাক চহী য়াম্লে। অহল ওইশিল্লক্তুনা ইনামু তাথিরে, ইমিৎ ইনামু ইউ উশিল্লক্তরে। অদুবু মশেন মরাং ওইনা ঙসিমু নোংমগী লেপ্তুনা লৈবাক্কী অরাবা-মুংঙাইবা রারি কয়া উবা-তাবদি তোক্ত্রে।

নোংমা ওইরম্বা ঐগী শক্তমচু ঙসিদি পূমহোং হোংগ্রে। ঙসিদি সহরগী শক্তম্মা ঐগী অকোয়বদা অহোংবা কয়া লাক্লুনা মীনিন্না নিল্লবা মফম অমা ওইরে। মীয়ামগী ইমুং-মন্নুংগী অমোৎ অকায় ময়াম অমা খোমদোয়রক্লগা ঐগী নাক য়েংতা হৈজিনবীরে। মং ওইবীররে ঐগী অকোয়বদা। কনানা ক্কা চাশিল্লগা ঐগী ইমায়মক্তদা কাদাং ওশিল্লম্মী। অথেঙবা অহিংদম্বু চোংলম চাদবা কয়ানা য়ু থকচিল্লগা লাক্লগা ঐগী ইথক্তা ওশিনবীরম্মী। ঐগী পাম্বোম পরেংদা থাল্লম্বা মিংশেল থাংমৈ পরেংচু হেকস্বু থুগাইবীরম্মী। পুম্নমকসে ঐদি উবতনি, খরানা তাশিনবনি। ঐদি তুমিন্নতা লৈ।

হৌখিবা অহিংসি লৈবাক ইরাং খোক্কনবা ফত্তবা খুদম খরা উই। পুক্লিংসে লাংতক্লহুনতা লৈ। অচুঙৈ চহী তরেৎ খুন্তাকপদা; শা মমাংদা অঙৌবা মকোক তাহুনা লৈবাক্কী অঙম্বা কয়া মলেচ্ছশিংনা অঙাং ওলহনখিবা মতাংদা; নুপীলাল খোক্লমদাইদা; চাকলাম খোঙচৎ চৎচবা ইচাশিং, চেঙ পীয়ু হায়ভক্লবদা নোংমৈ শঙ্গিন্না থিনবীরকখিবা মতাং; অসিগুম্বা থম্মোয় শোকখিবা খোদোক কয়া খোক্লমদাইদা উৎখিবা লৈবাক্কী অমঙ্গল ওইবা খুদম খরা উখি। করি খোক্লগবা।

খ প্রেক খংনা কংলাগী নীংথায়খরবা চেকপল্লক্তগী ঙংলহুনা নোংয়াই চবুক্কুদা শঙ্গাইশেল পাইখৎলকই ইরং-লংনা —! তাঞ্জাহুদা কৈথেল লাইরেম্মম্বু তেংথা-তেংথা (থম্মোই শোক্লা) কপখৎলকই। ঐগী খাথংবদা হৌরিবা শোঙলবা শীংউৎ লাং মরক্তা

থরায়লাকপীন চেৎ চেৎ খোংই। কুইনা তাখিদ্রবা মকু অথুবীগী পুক্রিং তুঙুং ফাওবা থুৎখোং অমস্তু মৈরম পাংনা হৌরিবা হৈক্রেং পাম্বীহ্গী মতোম্দগী তারকই। অমস্বা মরক্তুদা নোংপোক মায়গে থুংনা খন্দুনা চৌংলেম্না লেপ্তুনা লৈরিবা নোংমাইজীং চীংদোনগী ব্রাখয়োক্তগী শক্তি নাহেবগী মখোলনা ইনিল নিল্লি।

হুন্দক মরক চৌংদা লাম্মে চাকপগুম চীংমী মশেন হাৎন-শুনৎ বগী ইরাং অমা কন্না হৌরকপগী পাওস্তু তাই। চীংদা তোংবা কাংলুপ মশেন পংহাত্তা হাংনৈ, মৈ থানৈ। খুল কয়া খুম্তাক লানশিবতু তায়রে। নোংমাইজীং চীংদোনগী শন্দং শেনবা খুল, সোমরৈ খুল, কর্পূর শুংবা খুল, ফুনান মরিং কাইফুনাই কুকি, তরুং, লমদমসগী লিরবা খুল কয়া লাপ্তেম্নগ্রে হায়বা তাই। খাঙফম খঙদ্রবা তমগী মীওই কয়ানা ফুম্বংনরহুনা ব্রাহৈনদি ফোঙ-দোক্তনা য়ানব্রবা মীয়াম অমা ঙরাংতা ঐমক্তী ইথক লান্না চৎথি। চীংমী মশেন হাংন শুনবা লেপ্লীরো, লৈতানা হিংমিন্নরসি হায়দুনা ইবা চে কয়াস্তু চাইরম্মী।

মৈতৈ লমদমগী শক্তম, লোক্তাক্লা মিংশেল ওইবা, কংলানা খোয়দো ওইবা, কৌক্রুনা লেম্ফ্রু ওইবা, চৌংনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনঙাকপা, ইনুং শোরা তৈরকপা কান্দ ক্লাকনা লানপাও শীল্লকপা, মুংদাংব্রাইরমগী কান্দনা তময়ানা কোরি চেল-লকপদো ঙসি দি মহৌশাগী শক্তম্না কায়শিল্লকপদা নৎতনা ইমুং অমত্তগী মচীন মনাও থাঙ শৎনরক্লবদা ঐ করি তৌবা তারি।

ঙসিদগী ইবুই কুইদনা থোকখিবা থোদোক অমনি। ঐদি শুপ্পগী থোদোক অদো য়েংবা নংত্তনা করিস্ত তৌবা ঙম্মখিদে। লৈশাবী মচা অমা গুরু-শাস্ত্র খঙদবা মুপা মঙানা তোর্ব্বান রাং-মগী নাস্নিক পাম্বী মথোঙসিদা পুশিল্লগা ইজ্জৎ মাংহনবীখি। মহুনস্তু পেপ্রহনা হাংতোক্লগা তুরেনসিদা হেক থাদবী। করিস্ত মীমুংশি অমফাও পোক্তবদৌনা তৌই মখোয়শিংদো —। মতম অমদদি মুপাগী অকনবা পাঙ্গলগী শক্তিসি মুপী অঙাং, অশোন-অনা, বন-ব্রাহ্মন ঙাক শেনবদা শিজিন্নরম্বনি। শুপ্পগী নিপানি হায়বক্তদা চাওথোকনরম্বনি। অদুবু কন-থোরবা মুপা মঙাহুনা হায়নৈ — "হয়েং নোঙাল্লগা ইরাক্লহুনা শিবনি হায়না মরাইনা হায়জনি"

তৌববুদি মীশিদো লৈবাক ইরাং থোকখি। লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা মীয়ামগী খোয়শাওনবা নমথনবা মতুংশোনবা মীওই থরা ফাজিন্দুনা রায়েনশঙদা পুথোকখি। রায়েনশঙদা মীনা ফঙৌ ফৌনখি। নহান মুপীমচাহুবু হাংতোকপীখিবা নিপা মঙাহুদি ফীজোলকাসি নাম্না-নাম্না শেংলহুনা একশো-সাত জারদা মতপ অমমম মনম মুংশিনা চারহুনা চুরুপ মচৈ অমমমগা মীয়াম মরক্তুদা কুম্মৈ য়েংবা য়াওখি।

লাংজীং চীংখোঙগী রারিহুনা অমুক ঐগী থম্মোয়সে মচেৎ মচেৎ থুগাইখিবনি। মুংশিগ্রবা চীংনিদো, হৌমীন কামিল্লরক-পনি। মাবু পন্দুনা শক্রুমই, নোং ও চুরো, লাংজিং মক্তোল্ল থুমহৎলো, পাৎশোয় নুরারী তেক্কথৎলো ... ... ...।

ইকুই কুইদ্রি, প্রজাশিং ভাক্কনবা চীংখোঙহ্নদা মীরমদগী নেকপা খুৎলায় পায়বা, খাগী শেৎপা অথোবা ময়াম অমা থমই। লমহেনবা নহাশিংগা মখোয়গা নিঙাই শংদানৈ হায়ব্রা কৈনো ...। মতু শোনবা ভাক্কনবনি হায়দুনা খারিবা শম্বন্দুনা চোংশিন্দুনা হৱাইমতোন চাবগী থোদো .... ...। চম্বুরা মতুশোনবী ময়ামগী ইকাই খুম্নবা মাঙহনবীদুনা খিঙেন্দা তাইনবদি ঙমদ্রগা নাসিখোংদা তাইনখিবদা লৈবাক বাথোক ওইখিবা --- ---। কুইদ্রি, খরা নেমথখিবতা ভায়রি —।

যুগ যুগ কয়াদা মীওই মশিং কনা য়াম্না পোকপা শিবগী মতমগী য়াওন্দা মীরোল কনা ওনথ্রে। ইবোবীগী ঙসি অয়ুক্কী থোদো অক্তবুদি কাওবা ঙমদনা নিংশিংদুনতা লৈরি। ইবোবীবু থঙলকপা কুহরে। অয়ুক হৱাচাবা নোংমগী শোয়দনা লাকই। ঐগী ইকমদা কমদুনা নোংমগী শোয়দনা ভাইহাক লৈরমই। মাগী হাকমদি ঐ কাওবা শুকয়া য়ারোই। ঐগী ইথক্তা মথোং চাদবা মী ময়াম্না চাইখাইরম্বা-হুন্দোক্লম্বা, হাপু-হানায়, কত্ত-হৌদি কয়া; শস্থি-শনয়ুং কয়া মরক মরক্তা মানা উরোং শুমজিৎ পায়দুনা শিং-তোক শেংদোক খোতোকপা লোইরগা মাগী শুমজিৎতু মী পোং উরোইদবা মকম য়েংলগা ঐগী ইখোঙ মনাক্তা হেক থম্নমই। হায়রিবসে ঙসি-ঙরাংতগী বা নৎত্রে চহী মশীং নাইরকত্ত্রবনি।

ঐগা য়ুমলোন্নবা লৈরিবা শা-ষনগী লায়েংকম ভাক্তর থানাদগী ঙসিদি ইবোবীদো মাগী হুই অশিবদো নিংথা অতিয়ামচু অমনা

য়েম্লহুনা পুখোরকই। ওফিস কানবা মতম ওইরহুনা লম্বীদা মীস্থ য়াম্না চংলি। ইবোবীদি কনাদস্থ য়েংবা লাকপা তৌদে। মাগা লোয়নবা পাথং মচা অনি অমস্থ য়াওরকই। ব্রা লান অমত্তা ভাংনদে। অশিবা হুইহু কোল্লগা তুমীম্লা কুমথরক্তুনা মাগী উরোং শুমজিং থমকম ঐগী ইখোঙ মনাক্তুদা থম্লরে। হাম্নবা থনম্লবা য়োংপা ক্তু পায়হুনা হুইহু ফুম্নবা কোম তৌখংগ্রে।

মাগী হুইহু ওসাই অয়ুক ডাক্তরখানাদা পুরকপনি। অকনবা লায়না অমনা নারবনি। লায়নাহু অঙাং নুবীশিংদা লৌনরক্তুনা থুদোথীবা য়াবগী চাংহু য়াম্না ব্রাংনা লৈরে হায়বদো ডাক্তরগী ব্রারেপনি। শিহনথিবা নৎতনা উপায় অমত্তা লৈত্রবনি।

যুগসিদদি মপুনীংবা হুইবু হাংতুনা চাবা আক-পাক লাইদবা কাংবু ওস্থোক্লা মরাং কায়না লৈরবনি। ডাক্তরগী অকোয়বসিদস্থ অহুগুম্বা মীওই য়াম্না লৈ। মখোয় থরদদি ঙসিসে য়াম্না খোরাংনা ভাইজরকপা নুমিৎ অমা ওইরবনি —, মরমদি ঙসি হুই অমা শিগদৌরে।

তাইবং মীওইবা খুশিংমক্লা হুই ওইনা উজরগস্থ ইবোবীদদি ঙসি শিগদৌরিবা হুইসে হুই নৎতে। মচানুপী অহল মিনিগী মষ্টি পুজ নুমিৎতা মমাম্বা অমনা পীরকপনি হায়হুনা অতোপ্পা মচানুপী অমনি খঞ্জহুনা য়োকপনি। জিনিকা হায়হুনা মমিং থোজরিপেংনি। মাগুম্বা মীওই অমদদি হুই অমবু হাংপা হায়বসে থল্লুবদা ফুম্বংনবনি। অহিং অহিং ময়ুম শংবীবদা জিনিনা কয়া ব্রাজখিবা।

মচা য়োকপদা ফাওবা জিনিনা মতেং চাওনা পাংথ্রবনি। করিগুম্বা হুমিত্তা মচানুপী অহলত্না অঙাং ওইরিবৈদা থক্ষম লৈতত্না হুন্দোক্লম্বদা মানা মপু হল্লকত্রিবা ফাওবা মচাত্ন শঙবীত্নতা লৈথ্রবা; মপুনা চাক চাদ্রিফাওবা শগং খাঙত্না ঙাইত্না লৈরকথ্রবা হুইনি।

জিনি ঙসিদি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা শহীদ ওইখিনবা ইবোবী মশামক্তা মাগী গাড়ীদা হাপ্লুনা ডাক্তরখানাসিদা পুরকখিবনি। মাগী জিনিসি মতৌ করম্না করম্বা ফিভমদা তাইবং সংসারসিদগী চংহনখিগদগে হায়বসিগী মতাংদা ইবোবীনা মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা খল্লবনি। শত্নমনিবু হায়রবদি শীঙলোন মথক্তা পোংলোয়রিবা কারুম-কারুম তৌবা মবেমবোক্কী হকচাংফাওবা শেংত্না চাবদা নাচুংবা ফাওদ্রবা, মীগী থাককাদি য়োদ্রিবা মশক্তি মী হায়ফেৎ মানবা জাৎ নাইদবশিংত্নদা শরাক তনহনথ্রসিরা? শঙলিংবগী মথুত্তা শিন্নখিবনা চুমদ্রা? কসাঁইগী শাহাৎপুঙদা কৎথোকলুরসিরা? খনবমখৈ খল্লগা ইবোবীনা মাগী ইমুং-মনুংগী মী অমগুম লৈরম্বা জিনিবু ডাক্তরগী মতেংনা মতম চুপ্পগী ওইনা তুমহনখিবনি মাগী মতম্বাকমক্তা। মপুগী তম্বাক্তা য়ানিংদবা অমত্তা হেক উৎলমদনা লেকথখি "জিনি"!

তৌথোক্লখা কোম অত্নদা নিংথিনা য়োম্লবা জিনিবু তপ্পা হিপহল্লগা মথক্তা লৈঙোয়ত্ন তপ্পা তপ্পা খোৎচিল্লি। খোৎচিনবা লোইরগা লৈমায়দো য়াম্না কম্নদি নৎতনা তপ্পা তপ্পা মখুৎনা ফংহনা

লৈতেঁম মায়নবা শেমহনা লৈ। ভসাইদগী বা মচেৎ অমত্তা ভাংদনা ইবোবীগী মতুং ইন্দুনা লাকপা নহা অনিহুগী মরক্তগী মশম খোয়বা পাখংহনা অচিকপহ থুগাইহনা শোহ্বাংননা হংলকই; — তামো! লেংঙসিন্না ?

খংপ্রেক খংনুরবা ইবোবীদো হায়গী ফিভমদা লাকশিঞ্জরগা মমিৎতি পিনা পীক থন্না য়াওরগা মখোন্দু নিক-নিক লাওরহনা হায়রকই ; — কাহ্বাই ! জিনিসি য়ারেকো ... —।

মাগী মতৌহদা লোম্বোক্তবী ঐনা কয়াদা বানা থাওখিবা। ওসিগী ইবোবীগী থম্মোয় শোকপা থোদোকসিদা পুন্নমক শরুপ্রসন্থ হায়না থন্দুনা লৈরম্বতা ভায়রি খংপ্রেক খংনা ঐগী খোঙদা কনানো অমনা কোল্লরে হনথনা য়েংথরুবদা চহী তরামুক শুরবী হুপীমচা অমা ওইরম্মী। স্কুলগী ফিজোল শেংলি। তাই ভমুবা অমম্থু কিরি। মুন্না য়েংলুরগদি মাতবু নৎলমত্রি পুল্লপা অশিবা মী মরিনি ঐগী খোঙ ময়াদা পন্দুনা লৈরম্বহু।

মীদি থঙনরকত্রি, অহুবু থঙনরক্তবদি য়ারোই। পুলিস লাকনি, খবর পাও চেন্নরকনি, মীরেমশঙ য়োনরক্কনি, মী কয়া থিবা লাকনি। অহুবু ময়াম ওমশিন্দ্রিভেসিদা অশেঙবা অমদি হংহৌবা চুমত্রা ? মৎত্রগদি অচুম্বহু ওন্নখিবসু য়াই।

কনা কনানো নখোয়দি ? 'ঐ পাঙ্গৈজম মচানি, কোম্বা খাবমদগীনি" থুন্নকই হুপীমচা অমা য়াওক্লিবহনা। মাগী ভকশম্র খৌরী চরমহ শাংনা লেম্বৎপিরবা অমনি। ঈশিংদা কুইনা তাও-থক্কপদগী মমায় মমীৎ অহু ইপোম পোমথৎলে।

— নংনা তৌরিবা মতৌসিদি করিনো ?

অঙাং মুপীমচাহুনা খুমকই, — ঐ স্কুলদগী হল্লকপনি। ঐনা তাবদা আ কদায়দনো অমদা মী অনিথক ফুনৈ অমা শিরে হায়য়ে। অমদি মৈতৈনি অমনা পাঙলনি হায়। অহুদগী ভাব মেন অমত্তা তাদনা নাকপাক নাকপাক পংফুদা ফুনৈ। ঐ মতমহুদা স্কুলদগী য়ুম্মোমদা চেল্লকপনি। মখোয় থরনা তাম্নরগা ঐবু ফারগা ঙকশমদা থাঙনা হেক লেনবনি। ঐদি মখোয়দা করিস্থু তৌরুদে ঐগী ইরাল হাযববু মখোয়না হায়রিবা ঐ মৈতৈ অমা ওইরুবহুনি হায়য়ে।

অতোপ্পা অশিবা হকচাং অহুমহুদি অমনা মৌনহা অঙাং পোবা অমনি অঙাংহুস্থু অহুম পোরা মমা-মচা অহুম শিমিন্নরবান, অমহুনা নিপানি।

—মখোয় কনা কনানো ? কৈদৌরুবগী দযাশি তারিবনো ?

নিপাহুদি থুম্নক্তে মখা চিক্লনা লৈবা উই। মুপীহুনা ওইনা খুমকই, — মাদি ঐখোয় নিপানি ; মাগা ইমা ইচা ঐখোয় অহুম ভারাদা লৈবনি। ইহুজ্জুহাস্থু কুইদ্রে অঙাংগী মফি মরোল লৈনবা শেল তান্নুনি হাযহুনা রিক্সা থোবা থোকখিবনি। মুংদাংরাইরম রানা রিক্সা থোরুবগী হজিল্লকপদা ঙায়রি, অরাংলোমদগী মেঙ্গোরনা লুচিংবা মখোয় কুস্থ্রামুক উতুপকা রাতুপকা লাকই। মখোয়না ঐখোয় নিপা কদায়দা লৈ পুথোরকউ হায়। মেঙ্গোর মশক মুন্না খঙই মরক মরক্তা ঐখোয় নিপাদা য়েন থোংহল্লগা চামিন্নহুনতা লৈবনি। অহুবু ঙসি তৌরক্লিবা মতৌসিদি করিনো হংবকা

নংগৌদে ঐ মক্কি মাঙদা মাবু শা ঙা হাৎপদৌনা হাৎতোকপিরগা ইমা ইচাবুনা খৌরী মেৎতুনা হাৎলগা ঈশিংদা থাদরকপনি।

ওঃ ওস্তোকপনিদকো !

ঐ মক্না উরকপদা ওস্তোক্না চান্ন-চিন্ননা অরৈ লৈতা তাথোক তাশিন তৌনত্তুনা লৈমিন্নরকপনিদকো। ঐদি নিংশিংলি !

য়াইস্কুল লাকপা শানোংবা হীগাইবাগী বাথোক্তা মচীন মনাও থুং খে রুরক্তুনা মৈরীকপীনা মৈজাওবা ওইখি, নাকপাক তানা লাসুংলখি। মনাও ইবুঙোগী অনেকপা তেংলোল ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাবা লাকখিবা পাঙলশিং লানফা ওইনা কুইনা কৈ-শুমশ-দা লৈরুরগা মমৈথংদা দগ্তি কোর্কপিত্তুনা মৈতৈ লুপা লুখ্রাবা-শিং লোবা য়াহন্দুনা নিংথোনা য়ুম্নাক শাগে নাইহন্দুনা থুন্দ হন-খিবনিনে। খেরগাওগী পুখ্রিময়ুম নহাতোম্বত্তু কোম্লুংগী লোয়শঙ কাবা ওইত্তুনা কুইনা লৈরমই। লিলোংগী চাওবা কাজৌ নিংথৌগী মনাই অচানবা ওইরমই ! হাওরৈবৌগী শুবহাজৌ নিংথৌগী শা-গোম্নবা মাইবা ওইখি। কোম্লুংগী অনা অয়েক য়্যাওরকপা লাই-কম্লনব হিদাক শেম্বা য়াবা মনা মশীং থাবা হিদাক ইংথোল লিংখিবনি। কনানা কনা নক্তে লোয়্নমক লমদমসিগী নিঙোল মচা চাক্তনি। পারী খোমদোন মৈরোবা শা, নপাম লমদমদি থাম্বা মৈথারেদো। নচে ননেমশিংনা লাওরিবত্তু ঐনদি তারি। ইত্তু নিংথৌশা অত্তু বাখল লৈতাদবা। তম্বা কনা লাক্তুনা খাম্বী মৈকম্লগবা !

ঐ হৌজিক কৈদৌগনি ?

ঐ হৌজিক করি তৌবা তাই ?

ঐ কমদৌনা খাঙগনি ?

ও, আশা অমদি লৈরি !

রথ যাত্রা লাক্লেদনা !

হে নীলমাধব ! হে জগবন্ধু ! হে মালেমপুম্বগী মরুপ !

ননাইবু করম্না খাঙংদু হায়রিবনো ? তুমিন্না লৈরিবসে ননাইগী রাকংনি, নংদি পুম্নমক উবনি । নংগী অকিবা মশক ফংলবা অধর্ম্মবু মাংহনবা ওম্বা রুপ অহু পুখোক্লুনা কলিগী হিংচা য়াইতম্বা ময়ামসে চাকথেকপীরো ।

ওঁ শান্তি ! শান্তি ! শান্তি !

# নুপীগী নুমিৎ

লুহোংকম য়োৌবদা উরে অমুক্তোইবা মচীন তোঙবা লৈবাক্কী খমদোং য়াইতোংবা ময়াম্না পুল্লবা খরকা চমজবা মীওইশিং লাক্লি-বতুগীদি ফমফম কা লৈতবগী মওংনি । পোয়েং শেলদি লুপা চাম্মদগী লিশিং ফাওবা পীনৈ । চাম্মদগী তারবদি পোৎয়েং লৌদে হায়না কম্না শন্দোক্লরকপদগী, খরা পুকচেল শেংজবা ঙমজবা শেল খম্না পোপাং পীজগে লাকপা খরদি অমগা অমগা শেল পুথোক পুশিন তৌনরকপনা মহানি।

যাত্রাদি ফিঙাইরুক অথেন-পোৎ পুহুনা খোঙনা চৎকনি হায়হুনা তৌরি । বেঙ্গুন খোংবশিংনা খোঙনা মাঙ থাহল্লগা বর অমদি অহল লমন অতৈ পুম্নমক্কা কারদা চৎননবা পরেং লেংখিবদা নিপা ময়ুমদগী মুপী ময়ুমগী তঙখায় অমগী লম্বেলদি থুংশ্রবনি ।

ইরাঙ লাঙবা মরক্তুদা ওঝা দময়ন্তীহু হোবে হোবে মরৈ পরেং ও কোখুর ও কবোকচাইবী অঙৌবা অপাবা চনাং থারবা ইম্নফি খুজি খুদোপ ও ইরং লংলহুনা যাত্রা পুগদৌরিবনি হায়হুদা প্রপ প্রপ হেক য়োৌরকই । সুমাঙ মতোন্দা থেন্দুবা থম্নিবা পোৎ ময়ামশিংহুগী মনাক্তা লেপ্তুনা ঙাইরিবা তা অরাংফমহুনা মখুৎও মশাও তৌহুনা নিয়ম ময়ামহু তাকপহু পুক্লিং চঙনা তারি । য়েং-বদা ফনবু ফজত্রে ওঝা দময়ন্তীহু মচুম তাবনথৈ কেরহুনা ।

ঙসিসি মুপীলান নিংশিং মুমিংস্থ থোক্লি। ঙসাই মপাল কাংজৈবুংদা মুপীগী মুমিং থৌরম পাংথোকপতুদা বরগী মপা ওইরিবা তোসেঙ্গাও না সভাপতী ওইথি। মফমতুদা ওঝা দময়ন্তীসু থেংনতুনা যাত্রা পুগদৌরি হায়বসে ঐদি ঙসাই অয়ুক্না খঙলদ্রনি।

কুইনা থেংনদ্রবা ওঝা দামুদরসু য়াওরম্মে। ঐবু উবদা হায়রকই, — ইবুঙোসু য়াওরমই, মুঙাইরেদা, য়েংউনহৈ দময়ন্তীসি তশেংনা ফিদয়িভাই মুপী নিনহৈ। লাইরিক লাইশু, জগোয় ঈশদস্তু ইচিং চাথদে অতুগা অসিগুম্বা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তসু অতুম চপ চানা যাওই য়েংউনে ঙসি যাত্রা পুগদৌরিবনি হায়তুনা তৌরিবসে।

য়ারী মথং মথং ফনা য়াম্না শানরবা মতুংদা ঐসু কয় মুন্দি খল্লদনা হংল্লই, — ওঝা তোসেঙ্গাওসিবু মচা লৈতে হায়বদাইনে, ঙনি এচানিনা পুক্তোংগদৌরি হায়বসিনা কমদৌবা জাৎনো।

ওঝা দামুদরনা য়েল্লক্লিবা চুরুপ্ত, অমা চমথৎলগা অমুক্লং চিংলগা মৈথুং নাতোনালাম্মনা কামথোক্লগা ইথৌ থৌওইদনা খুম্লকই, — তরেংশুবা অতোপ্পীনা চেল্লকপা চাওপোক্লিদা মাগী নরেদা। মাসু ডাক্তরনা মচা পোকপা য়ারোই হায়তুনা হায়রমক্লদা মুপীসি মথং মথং অমা থির থাইনরা, অমা থির থাইনরা তৌতুনা কোহ্নংদা তরেংশুবীসি লুপ্পাবী ওইনা লৌরিবনি। মানা চেল্লকপা মচাতুনি ঙসি হোঙগদৌরিবসে।

ওঝা দামুদরনা মোমোন নোক্লুনা করেম্নরপ ঙাউত্তনা মখা তারকই, — সমাজসেবাদা মতোয়না মাঙজিন থাবক্লবদি অয়াম্বা

মতু লোনবগা লায়না লেবনি, তোলেঙ্গাওখোয়ঙ্কাসে উবেদনা মরাল লৈজদবী মুপী কয়ামরুম খাইনতুনা মাঙহনবীরগা মীমাঙদনা মুপীগী মরনদা থাগৎতুনা ঙাওবা মীয়ামদা উৎ চাইরিবনি, অতুম যেংশিল্লু তাশিল্ল। মাগী য়ুম্নাককাসি তুরোনবম হায়না ওনবা হেক যারবনি। অতোপ্পা মরুপ খরা অমুক লাক্তুনা ওঝা দামুদরতু বারা শার্মরি ঐশু ঙসাই অযুক্কী মুপীগী মুমিৎ পালন তৌবতু নিংশিংলকই।

হন্দকসি ইন্টর্নেসিনেল ইয়ার ফোর গার্ল চাইল্ড হায়না অন্তর্যাতীগী মুপীমচাশিংগী চহীনি। ঙসিনা মুপীগী মুমিৎনি সরকারনা ছুটি থাদোক্লতুনা নীংতম লান্দা শরুক য়াখিবা মুপীশিংদা ইকাহখুম্নবা উংপা মুমিংনি।

বাখল কয়ামরুম থল্লকই, মুপীগী মুমিৎ কয়া কয়া ওম্ন ওম্ন হেংখ্রে। মীপুম খুদিংমক মুপীবু ইকাইখুম্নগদবনি হায়না ফনা হাযনববস্থু মুপী নিপা খুদোংচাবা আইন্না মান্ননা ফনা পীরবস্থু, খবরগী লামায় কয়াদা আউনপোৎ মরাং কায়না পীরক্লবগী মনেম মকু মপুরোইবশিংনা করামচাওবা মুংশিহৈত্রবা চৈরাক মৈ থাতুনা হাৎপীবগী পাওদি হন্থবা লৈতে, নিপা পোক্তে হায়তুনা লুন্দোকপিরগা অ'তাপ্পা মুপী অমা লুহোংবদা হালেংবা লৈনদে।

তোলেঙ্গাওগী বাফম অমুক নিংশিংলকই। মহাক ভোট কাতুনা মন্ত্রি কয়া ওইরম্রই তানশিনবা য়াবা মরল তানশিন্দুনা নীংখায়বা ভমদমথৈ পৈতুনা ওন্নতুনা ঙসিনা সমাজগী অমোংপা

শেংদোক্নদৌরিবনি হায়দুনা সমাজসেবী অমা ওইরি হায়দুনা তৌ-রিবসিনি। মহাকমক ঙসাই অয়ুক ভাষন পীবদা লাইরিক্তা য়াওবা ফজরবা মতাং কয়া পুথোক্লনা ভাঙখি, খান্না, গার্গী, মৈত্রেয়ী, লিলাবতীগী তর্কদা নিপাদগী তাদনা হৈশিংবগী বারী, লানঙম্বী থৌনাফবীদা ঝাঁসি রানী লক্ষ্মীবাই, মনিপুরগী লিম্বোইঙম্বী কুরঙ্গনয়নী' মহীসাস্থরবু হাৎখিবা দুর্গাগী শক্লোন। মানা হায়খি হে মুপী নংদি ধর্ম্ম শাইয়োন্নি, লক্ষ্মী শাইয়োম্নি, শক্তি শাইয়োম্নি পৃথ্বীগী মমানি অমুক্তোইবা হায়দবা লৈত্রে।

চরাংনবা অমনা ঐগী রাখল কায়রমই। সুমাঙ ময়ায়দা যাত্রা ফিডাইকক পুবী ময়াম ফৈজাগা করিগা শেম শানবা উই। অদুগা যাত্রা পুগনি হায়না লৈরম্বী দময়ন্তীদু চঙদুনা তপ্না চৌক্রি অমদা চঙদুনা ফমখিবা উই। ময়াম মুশুক মুশুক ভাঙনৈ করিনো হায়বদি থঙদে অদুবু. কর্রিনো অমা থোকপ্রে হায়র্বাসিদি শেংলে।

করিগুম্বা শায়োকশঙ অমদা শারংদা থম্বা কৈ অমগী মমাঙদা লেপ্পরবদি কৈদুনা ঐগী ইশুং ইমান্নবা অমা লাক্লে কা হায়না খনগদবা অহল অমনা, অওং অপা শারদুনা মখুৎও মশাও ভাঙই। মাঙোন্দা লৈরিবী ময়ামদুদা লাওরি, যাত্রা পুবা হায়ব-সিদি মচানিপা হান্না পোকপী মচা অমত্তা তেক্লা কায়দনা লৈবী ওইগদবনি নখোয় খঙব্রা। মীগী য়াইফ তমথৎলকপসিদা তরাই তরাই য়াত্রাও নখোয় লাইরিক হৈবা কনান্না খঙজগে।

মচীন থরা থরা য়াওবা মুপী অম্না অনি য়াওরমদুনা অহলদুগা অবায় অথুম তৌনরক্লে, — তাদা নম্বর ফোরকা কাপ্পা মচানিপাকা

পোকপা মুপী অমনা পুহনদৌ শরুকপদি ফিদম্নিঙাই ওইবী মুপী অমনা হেক্কা পুহনবনা কৈ ঐখোয়দি নিযমচু য়ানীংদে।

অহলচুম্ন কোক চেক ভুমিন্না লৈবগা লোইববচুদা অমুকম্ন খুম্নকই,— ইপাই ইপুগী অচুৈভদগী ভৌনা চংনবক্লবা যাত্রা পুবগী চংনবী নংখায়না তিনখেৎ লাইখেৎপা য়াত্রাও, নখোয় হেক পাল্লোহৈ।

মুপীশিংচুম্ন ইহন হেক হন্দে,—ঐখোযগী ইচাকা লুচোংবদদি নিপা পোক্লবা মুপী ঙাক্কা পোকপী নত্রগা মচ পোক্লবী মুপী ফিদম্নিঙাই ওইবি অমনা যাত্রা মকোক ওইহনগনি সৈত্য, আর্থ য়াওদবা চংনবী নিপা পোকপী ওইগদবনি কা হাযচুনা মৱা লৌদে, ত্যাদশাযশিদ — নাত্রদি ঐখোযগী থোরপদা যে বিং ঐখায তৌজরক্কে।

অহলচুনা শীন্দুনা আতোম্বা মুপী অমগী কোক্কা ফিগাইকক্ক, থাজংচুন যাত্রা পুহম্নবা তৌবগুন উই। ওঝা দময়ন্তী পাক হেক হোগংপা যাদচুনা চৌক্রিদা ফমচুনা লৌবিবচু ঐনা চঙচুনা কোথোক্ল্রে। মহাক্না নোকক্কেৎ তৌবগা হায — ঐদি শংজদে কমানে খরদা হায়বীয়ু হায়বনি অচুদা মখোযনা হন্না হন্না হাযবচুদা মীওইবনি অমগী মতেং অমনা পাংনকম থোকই হাযচুনা য়ারুবনিনে মুপীশিংসিদমু নিপা পোকপা মুপী মুপী ঙাক্কা পোকপী মুপী হায়না খায়দোক্লম্লিবা চংনবীসিমক ঐখোয় ওম্ভোকপা

তামাল্লে হায়না খল্লি । ঐ ইচানুপী ঙাক্কা পোকই হায়বসি যাত্রা পুবিনবা হায়রব্রিবা মখোয় লোয়না খঙবনি; অদুনদি ঐবু ইকাই-হনগে হায়না বাক্তে´ান তৌরকপা তারেনে ।

ঐনা ময়ামসু তারসনু হায়দুনা খুম্মী, — নংগুম্বী ডোক্টরেট ফিদম্নিঙাই ওইবী ওঝা অমনা অসিগুম্বা মফম মরাং খঙদবা লাইরিক হৈতবা ময়াম্না খুল্লিংবা থবক থৌরম যাত্রা পুবকা হায়বা থোদাং ঐদি লৌহন্নিংদে । মীগী মমলসু খঙদবা ।

ওঝা দামুদরসু চঙলক্কুনা ওস্থোক্লা পেন্দনা হায়রকই,- ঙসিগী সুপীগী সুমিংনি হায়বসিনা ওইবা তারেদনা ইকাইখুম্ননিঙাই ওইবী সুপী অমা ময়াম মমাঙদা চঙহাং হাংতুনা থোঙ্গোইনবিরিংসে । হৌজিক যাত্রা পুননবা ফিঙাইরুক কোকথোংদা থাঙংখ্রিবসি মালত্রী হায়দুনা কালাবাজার তৌবীনি নোংঙানবদগী সুমিং তাবা ফাওবা সিনেমা হোল থোঙ্গান্দা সিনেমা য়েংবা লাকপা ময়াম ফাদুনা লৈবীনি মচানিপা অহন্দুনা নম্বরক্ষোর কাপ্পী হায়দুনা ক্লেলদা লৈরিবনি । মখোয়গী ইমুংগী যাত্রা পুবদি চপ হেক চানরে, কদায়দগী য়োং য়াও মরকসিদা ইচম্না য়াওরুব্রিবদো ।

দময়ন্তীনা লুহোংবদু য়াওনীংদনা উই । ঐসু মাগী মাইগৈদা লেপ্পনা চুমমালে খন্দুনা হায়রমই,- পোয়েংসু পীরম্মে থোকঅসিরা ।

ঐখোয় অনি থোরক্লে । ঝিক্লা অমা ফারগা মাবু তোংহল্লে ঐনা সাইকল ইস্থোক্কনা থোরকপগা অদুগৈগী মরুপ গুশিলদু স্কুটর অমা তোংলদুনা লুহোংবা লাকপদু কোম্থোংদা উম্নরে । হল্ল-বদি কৈদৌরে হায়না হংলদুনা গাড়ীদু থামই ।

পাওখুমহু ঐনা পীরমই, — ঐখোয় ফনা কুইরে লাকপা। বর যাত্রাস্থ তৌহৌরে, অতোপ্পা মকম অমা ঐদি য়োদবা যাস্ত্রি ওবা দয়মন্তীস্থ য়োগদবনি হায়বহুদা থোকমিন্নরক্লবনি, নংদি খাও-হৌখো।

শুশিলনা হায়রকই;— ঐস্থ থবা ভন্না লাক্কে তৌবনি অত্তবু গ্যাস সিলিন্দর অমা লোইথোকখিহুনা ভসি ছুটিনি অমত্তা ওন্নগে হায়হুনা লেপ্পবদা স্থমিৎচুপ্পা অমা মাঙএ। মীনা অমুক্তোইবা কুক কুক ইন্নরবনি। মুপীগী মাইগৈহু থরা হাঙই। অহুদদি ইচানুপী অহন্দু লৌরুরগা লেপহন্দুনা উচিন নাচিন্না অমদি ফংলে।

ফুটর অত্থ ভাকশিল্লগা লুহোংফমলোমদা চৎনা চৎনা শুশিলনা হাযরকই, — ইচানুপী পোকপা হায়বসে ওন্তোক্না কান্নবপোংনি গ্যাসকা লৌবস্থ কান্নরে, মমাগী মতেংস্থ পাংই, চাকস্থ থোংবা ছগ্নে।

# হীয়াং অথৌবগী য়াকাবুং

অহিংনা ইচিক হুল্লকই ! লম্মেলগী থাংমৈ পরেংসু অমত্তা ঙাম্নে থামম্বা অহিংনি শূক শুনা মমই। অহিংচুম্মা কফিয়ু লৈ হায়দুনা কিনদুনা কনা মত্তা মপান থোক্লদে সিক্কাইগী গাড়ী মপোং মপোং মম্নক মরক্তা কন্না কন্না লম্মেলদা খোৎলুনা চৎপা নত্তনা কনাসু চৎনদে। অচৌকপচু থুগাইদুনা ছুইনা লাক্লা লাক্লা খোংবা তারকই। মরক অক্তদা পুং ঝাল মাঙ্গংগী মথোল অমনা কনাগুম্বা অশিবা অমা মোংকমলোমদা পোংলোইবা চৎলিমাদুলে স্বুগী থম্মনা তেংথাবসু তায় হো ইমাগী ইবুঙো ! লম্মেল মনাকী খোংনাং পাম্বী লেপ্লি তুম্পক তুম্পক। অহিং য়ায়েকপা শেকপী থরসু চেৎ চেৎ খোংই লাইওইরবা হৈবোং পাম্বীদা।

নোংমাগী মতুং পুং ২ তারে। সংসারসিমক মোংকম অমগুম্ব ইচিক চীক্লে। অহিংবা হায়বা জিব অমত্তা লৈতবগুম্নে শা ঙা তীল ফাঙতনা শাবা সৌরজগৎসিগী উপগ্রহ মথম অমগুম্নই। কনাগুম্বা মী অমকা মথম্তা লৈহল্লবদি পাথৎতুনা ঙাওদুনা চৎকদবা মাপ্লি। নোং কৌবগা ঙাল্লকদবা মাদ্রে।

অসিগুম্বা অহিংসিদা প্রেপ প্রেপ মথোঙ থাংলদুনা ওজিৎ অতোম্বা নিপা অমগা মাঙলোমদা চঙশিল্লি। ফরিগুম্বা সিক্কাই মঙ্গলগী পুলিস থেংনরবদি বা অমত্তা ঙাওবা য়াগদবা মাদে।

মখোয় অয়াম্বা অহিংদি য় থকই অতুনা নাপ পু তানা ঙাঙনবদি লায়রতুনা করি থোক্লগদগে হায়বতু লাইনা খঙলবনি। ইচম চম্বা ড্রামা য়াওজবা; ঈশৈ ইজবা সাহিত্যকার অনি অতুমত্তু ড্রামা তম্ব-দগী খরা থেঙনা হল্লকই হায়তুনা বাহং পাওহংবিদনা নোংমৈনা কাপশিনবিতুনা হাংতোকপিগ্রবনি। শিগ্রবা মতুংদা শিরিবা ইমুংদা লুপা লিশিং মঙা মঙা পিরে হায়না সরকারনা লাওথোক্লগা অতুম লোইগ্রে। অতুম হায়না ওজিংকি পুন্সিত্তু লুপা লিশিং মঙাগা উশিন তৌবিথিবা ওইথোক্লবা নত্তে।

তুরেনগী তোর্ব্বান য়োরক্লে।

তুরেন খোঙমুংদা কুমথরগা ওজিং নিপাতুগা অবাং পাংনা লাকই। তুরেনগী বাংমতু মায় হাইগংতুনা য়েংলুগদবা হল্লোই। অহিং শোংয়ায়দা লাইরেননা মকোক্লা লুপাগী মচি পানবা অমনা, খোনা ফবা কনানা কংলবা খয়োম চাননবা ঙাইতুনা লৈ হায়বা মফমতুনি ঙমগ্রবদি নীংবা থুংদবা লৈতে হায়নৈ। ভাবনরা করিনো তুরেন খোংমুংতু ক্রুং ক্রুং শোবা মখোল অমা তারকই: ওজিং অদোমদা য়েংশিল্লুগ্রে। য়েংলুরবত্তু উরোই শুক শুনা মমই। মী চং-নত্রবা তোর্ব্বান্দুদা খরা চংলগা লেপ্তুনা বাখল তৌই মানা চংকে হায়নালাক্লিবা মফমতু য়োরে। মফমতু তম্নৈ হায়তুনা কনাতু চঙনদে।

ইনা খনবা পাকখন ওইনা তৌবা শম্বলৈতনা শম্বন খারবা মচি মচিদা লফু পাম্বীতনা চণ্ডংননা হৌরিবা মীচংনত্রব তোর্ব্বান্দুগী নাকল অমদা তম্বরাইগী য়াকাবুং মাল্লবা মফম অমনি। খুংতা

পায়রিবা বেত্রিহুনা হাইফেং কাপ্তুনা য়েংথোক্লগা ওজিং নিপাক্লগা অমুক্তং নাংগাং ফমথৈ । কোম্হোং কদোমদা চওবনো খঙদে । য়ুমহুগী মতৌহৃদি য়াম্না কুইনা মী অমত্তা লৈত্রবগুমই । শম্বল অহুগী মচি অমদা ননহুনা লাৎশিল্লগা ওজিং য়ুমহুগী দারি মপান্নি য়োম্মই । হৌজিক্তদা খল্লকই করিগীনো মানা অসিগুম্বা তম্ন-শঙ অসিদা অসিগুম্বা মতমদা লাকইবা ।

ওঝা সনাহল ওজিংকা ওঝা ওইমিন্নবা চহীদা খল্লা অহল ওইরবা অমনি মাগী মুপী ভানি অমদি মচা অহুমগা চাম্ন চিন্ননা লোমিন্নবনি । অহুবু, কদায়দগীনো খঙদে ইমুং মহী লাঙই হায়হুনা মাগী মুপীহুনা ওজিংতা ব্রাকৎলকপনি । থোক্লিবা থোদোক্ত করিস্থ নত্তে ওঝা সনাহলগী লায়না লিরবা লমহুন মুংশিং অমা লৈ । মহ্ হেক কাঙলকপগা ঈশিং য়ৈহুনা লায়কমৈ । অমুকস্থ করিস্থ ইতৌ তৌদবদৌনা হেক লৈ । অনাবা হায়বসিদি ফনিংবা কৌবনিনা মানা হেক কে হায়বা অমোং অকায় কয়া ফাওবা চাবদা নাচুংবা লৈত্রবনি ! ওজিংনা ফনা হায়বনি য়ুগসিদা মেডিকেল সাইন্স অপুক চাওখৎলবসিদা অখন্ননা হৈরবা ডাক্তর অমা তান্নবনা অশিংবগী থবক ওইগানি মহু পামত্রগনা হোমিও পেথি নত্রগা আয়ুর্বেদিক্রচিংবা লায়েং ময়ামসি তোকথোক্লগা মাইবগী মতেংনায়াগা যত্ত তৌহুনা লায়েংবনা থাক্লে হায়বসিদি লাইরিক হৈতবগী বানি । অহুম ক্তদা থো তৌহুনা খয়োম লাক্তুনা মাইবী শেল হুন্দুনা য়েংলকইবসি কুইরবনি । মাইবগী পোৎচঙ ময়াম লাঙবদা ইমুংক্ত মহী লাঙলবনি । মাগী মুপী ভানিস্থু অকবা ডাক্তর য়েংহনসি হায়জরনি ।

ওঝা সনাহলস্থ কুইনা মক্কমত্থু তাকথোকউ য়াদ্রগা ঙরাংতা তাক্লকপনি । অহিং ঈচিক হুনবা মতমদা যজ্ঞ তৌহুনা বন দেবা অমা পেলহল্লগা বন্ন নিরবদি ফংদবা লৈতে । মত্থু তাঙনা উনবা ফংলবা সাধু বাবা অমনা তৌগদৌরিবনি হায় । মথন্তা চৎপা কিজৈ হায়রকপদগী ওজিংস্থ অমুক্তুং য়েংনীংলক্ক্রনা ঙসি ওঝা সনাহলগী লোয়ন্ননা খোংয়ায় চবুকসিদা চৎলিবসে । ঙরাং য়াচং-বদগী শেম শাহুনা সিগুম্বা ভুতকি য়ুমসিদা চংলনবা লেপ্লকপত্থু উচিন নাচিন্না য়ুমহুদি য়ৌরে । মীস্থ অমত্তা লৈবগী মখোল তাদে । হেক চঙশিল্লগদবনু হঙ্গোইবা পোকই ।

অহুবু, মমাঙথোঙ ফাৎপা মাইকৈহু খিহুনা চঙশিন্নসি হায়-নহুনা মবানি চঙশিল্লক্ক্রনা দাব্রি মপান হেক য়ৌরকপহুদা ভাবনরা করিনো খঙদে মী নাহেবগী মখোল অমা তারকই । তুচুংই ! য়ুমহুদা লৈবা শকপঙনা উবা ফংদবা লাইওইরবা যাবা অমা উম্মনদা লাক্লিবা থৌবু ওঝা সনাহলদি মমীৎ মনা চপ য়ুংথৎখ্রে ।

য়ুমহুগী মঙ্গুংদা মখোল থরদি থোক্লে অহুবু করম্বা মাইগৈ-ঙগীনে হাম্ববদি খঙদে । ওঝা সনাহলনা থোনা লিংজেন মাঙগ্রহুনা ওজিংতা চৎলসিন্না হায়না হায়বা হৌরক্লমই । ওজিংনা য়াবা লৈজ্রে । মহাক পাকথহুনা য়ুমহুগী অকোয়বদা না থাঙ্গৎহুনা তানা অমুক চং অমুক লেপ তৌই । য়ুমহুগী শঙ্গোংলোমদা মুপী অমগী মখোল তাব্রে । মখোল লুম্নবা নিপা অমগী মখোলস্থ তায় ।

তুপীগী খোঙ্জেলতুনা হায়, — বাবা নংগী যাদু মন্ত্রনা লাই খুরুম্বগা ইচা অবা কংহনগনি হায়তুনা নংগী খোজ্জালনী-দময়ক্কা নমাঙ্গা ঐগী নিপা তাহন্দনা অহিং নোংয়ায়দা লাক্লিবসে মশিং য়ামক্লে। অতুবু ঐবুদি কুপা তৌবিয়ে । ঐ ইপামদা অবোক নাবদা খুদোংচাবা লৌতুনা অবোক অনাবা সেবা তৌবগী ইপামদা লৈরুগে হায়না হাযজিল্লম্মগা লোম্না লাকচরিবনি । করিগুম্বা থঙ-নরক্লবদি ঐদি লোইরে ।

মখোল লুম্নপ তৌবা নিপাগী খোঙ্জেলতুনা খুম্মকই,— অপঙবী তুপী, অঙাং পোকপবু মন্ত্র-যন্ত্রনা ইরাং পুজানা য়াবা হৌনদে । মন্ত্র-যন্ত্রনা ঙমই হাযরিবা মাইবা মাইবী পুম্বা তৌশিন্নবনি । অঙাং পোক্লবা পাম্বেদি অমত্তনি মহুদি নংমু মীস্নু লোয়না খঙলমগনি, জাব তাবরা ঐনা হাযরিবসে ঐবু রা য়াম্না ঙাঙহনগম্নু । ঐনা তাক্লিবা অথুপ্পসে ঐনা নংবু মুংশিতুনা তাক্লবনি । মীঙোন্দা হায়-দোকপু ঐঙোন্দা চঙজৌ অপঙবা । নংনা তৌজরকপা সেবাদা ঐ পেল্লে ঙসিদি নংবু থোজানবিরগে হায়না খল্লে । ঙসিমক মুমিংম্নু অফবা থাবানম্নু ফে অতুনা শেমশারো য়েৎলোমদা শোর লৈবা মতমদা নংবু ঐগী খ্বায়দগী অচানবা ইনাই মশা মউ করবা মহা-প্রভুমুক ফজরবা সিদা লৈরিবা থাংজহনবদা সুকশোয় শোয়রোইদবা নানথোকহৈত্রবা পাম্বেতুদা নংগী নীংবা থুংহল্লগে । নংনা মামা হায়বতা ইনগদবনি নমীৎ উইশিন্দুনা নপুরোইববু নিংশিংউ ।

তুপীতুনা পাখৎনা খুমই, — বাবা মহুদি তৌবিগম্নু ঐ য়ুম পান্দুনা লৈরিবী মৌ অমনি ।

বা অদু লোইশিন্দে মুপী অদু মশানা য়াদনা নম হান্তুনা ফানা পুন্নবগী মওং অমা তৌই । মী অনি অহুম্না চৈহৎপা তায়, মুপী লাওগনু মসিদা কনাম্ব লাকওই, ঐখোয়না তৌরিবসে নংগী নীংবা থুংননবনি ঐখোয়গী কান্নবা নত্তে।

ওজিংনা ৱাই তৈবা ফক্লাংগী চেকখায়বা অমদা য়েংশিল্লবদা খায় লাওই, মশম মনা মকোক্ত শাংনা থকপা নিপা মরি থক্লা চহী কুম্ত মরি মঙাগী মুপী অমা কন্না চিংই মুপীদুনা খাঙবা ওহমথৈ কন্না খাঙদুনা য়াম্নরি থরা অহল ওইবা শমশাংবা অমনা মুঙ অনগী মমাঙদা ফমদুনা ধূপকি মৈখু কাহল্লদুনা থোঙ্গাই চল্লদুনা পূজা তৌবগুম তৌরি । মুপী অদুদি থংনবা মরুম অদুদা মিপা অহুম-দুনা চিংশিনবিগ্রে ফক্লাং চেকখায়বদুদা য়েংবদা উবা ফংত্রে ।

তৌরিবা মতৌদুদি খুংকা শাগা লম্বা পারুবা য়াবা মত্তাংদি নত্রে করি উপাই লৈ ! ওঝা সনাহলগী লমহুন মুংশিংক মাহবা থিবা লাকপদা ওন্থোকপা শক্রম অমা উবা ফংলে হীয়াং অথৌবগী মকোন ! তশেংনা হিয়াং অথৌবগী মশাইকোন্নি । ওজিংনা থল্লকই, থুনা য়াঙনা চংতুনা খোঙবু থরা হৌরুবা চুমই হীয়াং অথৌবগী মকোনসি খুগাইবদা তাই । পুংস্থু মরি তাশিল্লক্লে । ওঝা সন হঙদি জ্ঞান মাঙদুনা শোর চনীং চম্লাঙ শম্নদবমথৈ ওজিংকি মতুং ইল্লি ।

খঙহৌদনা মীয়াম অমা য়ুমদু তম্না চঙশিল্লকপগুম তৌই শন্দন নমল্লায়দুন থরনা থোঙ কাওখায়বগুম তৌই । য়ুম মন্নুংদুদগী মশম মনা শাংগ্রবা মশা মউ ফগ্রবা নিপা তরুক থক মথুংতা ত্রিশূল

পা'য়হুনা চেম্থোরকই। নোংমৈ মরু মঙা তরুক কাপখিবগী মখোল তায়। ওজিংকা ওঝা সনাহলগা থুনা য়াঙনা তুরেন খোঙম্নুং-লোমদা চেম্থরমই নোং ঙাল্লহুনা শকু শা উরক্লে। মখোয় অনিহু তুরেন্দা অয়ুক্কী মায়মাং তাবা ইরুজবা শাজিন্নহুনা লৈ। ওজিংনা শঙহুদা তৌরিবহু খঙদোক্লবা হোৎনৈ।

মশম মনা শাংবা মকোই ককত্রবা মীওই তরুক খক নোংমৈ পায়বা পুলিস ময়াম অমনা মশম পায়র পায়রহুনা চিংথোরকই। অহুগা ফিজম শেৎপা নিপা অমনা ঙাঙ ঙাঙহুনা মুপী অমগা চিং-থোরকই. ঙসাই ইমুংদা উখিবীহুনি। চিং চিংহুনা পুথোকখি ঙাঙল ঙাঙলহুনা, মুপীহুনা মরাল লৈরবী অমগুম নিপাহুনা তৌরি-বহু অহুম ইল্লি নিপাহুনা ঙাঙই. ঐখোয়গী ইচা লৈত্রগা কৈদোই অঙাং অমা য়োক্লগা লোইরেদনা মতম চানা ঐনা থুংলম্বগী তোবনি নং লোইরবা নত্রা?

পুলিস অমনা তুরেন খোঙম্নুংদা লৈরিবা ওজিংকা ওঝা সনা-হলগগী মনাক্তা চঙলক্ত্রনা মথক্তা কারক্লবা কৌরমই। ওঝা সনাহলনা,— ইবুঙো ঐদি নতৈমহু মশা ঙমহৌদেনহৈ অঙাং অহন্দুস্ত মশা শাগৎহৌই মখোয়না ফাজিন পুনশিনগ্রবদি ঐদি কমদৌনি? ওজিংনা নমহুনা ওঝা সনাহলবু পুরগা শঙহু তম্না কারকই।

পুলিস এস আই অমা য়াওরিবহুনা হায়রকই,— তাদখোয় ঙসি ঐখোয়না ফারিবশিংসিগী শাক্ষী থরা ওইবা তাই ঐ চেসি ই খোৎহুনা অমুক্তা শেমখিগে নখোয় ফম্মু।

ফারবা মীওইশিংতু মশম অমগা অমগা পুনশিন্নদুনা মচি অমদ থমই। ওজিংখোয় উবদা ওনথংতুনা য়েংখংলকই। নিপা অহল ইওই ওইবা অমা য়াওরিবতুনা পুলিসশিংদুদা মাগী কোন-শিল্লবা খুদোঙ্গীতু উংতুনা হায়রকই, — হায়বীগে তাঙ্গৌ-হৈ অপঙবশা ঐগী কোনশিল্লিবা খুদোঙ্গীসি হেক কোন্থোকপদা মৈতৈ লৈবাক তুম্বা শোয়দবনি। ঐদি নখোয়বু কনবিগে খনবনি অদুবু য়ারোইদৌরি।

পুলিস অমনা কোনশিল্লবা খুদোঙ্গীতু মুঙদা শদন থাম্নগা বুটনা নেংখায়বদা কোনশিল্লখহুস্থ কোনথোক্লে মৈতৈ লৈবাকস্থ তুমহৌক্লে।

ইবা লোইরবা চেহুদা ওজিংকা ওঝা সনাহলগা সোই তৌ-হল্লমই।

মীশিংথু ফাদুনা পুক্রে। ওজিংনা ওঝা সনাহলদা কবেম্লনা হাই, — লমহুন মুংশিং য়েংবা হৈবা সাধুকা হায়নহু লোইনা ফাখ্রে, ঐথোয়বু পুলিস স্টেশনদা য়েংহল্লুসিরা ?

ওঝা সনাহলনা তপ্না শোল্লকই, নখোয়গী নতৈমহু ভরাংস্থ চাক চাহৌদবনি মশা য়াম্না ভমহৌদবনিদো ঐ চংখিম্নু হায়না থামজবহুদা ঐনস্থ খীরেমখৈ চৈবিরস্থনিদো।

# খুদেন্নগী অচিবা বাবা

বিজ্ঞাননগী চাউখৎপস্ নোংমা লোংমগী খুমাঙ চাউশিল্লকপা লৈপাক শনি লান তৌনবা ফাওবা ইমুংদা ফমহুনা টেলিভিজন্দা য়েংবগী খুদাংচাবা লৈরবা যুগসিদা। ফরিগুম্বা সমাজ থরদদি অহু-ঙৈগী শা তাম্রিঙৈগী রাখলগী থাক্তগী পংরাং রাংথৎপা লৈতে। অমনা যুম্ফম য়াওদনা পাণ অমা হেক শন্দোকপগা থম্বা লৈতনা য়ানৈ। ফজগ্রবা লৈ অমা লৈকোন্দা সুমাঙদা তনৌ তনৌ শাং-চরিঙৈদা কনাগুম্বা অমনা লৈহু নাতোনচাবী তৌই নত্রগা কেন্সরনা নাষ্ট হাযহুনা হক হায়ক্তিনবদা ময়াম পুন্নমক লৈকোন্দগী সুমাঙগী লৈশিংতম্বু ফোয়দংলগা মৈ থাদোকপা ঙমই চুম্না হায়না থম্ববগী রাকম লৈতে কনাগুম্বনা মশাগী মমিং লোৎলগা চিঠি থাজিল্লকই লাইগী মমিং শিজিন্নহুনা অহুগুম্বা চিঠি কুনথক চপ মান্নবা ইরগা অথওবা মীওই কুনথক্কা থাদোকত্রবদি অরা অনা নংগনি হায়হুনা। অহুদগীদি থম্বা লৈতনা চিঠি কুনথক অমগা শক লোৎতুনা চীক্কা লৈজবা মীওই কুনথক্তা থাজিন্দুনা অমুক কাইহৌবরুই চিঠি কুনথক অমগা থাখিনবা।

নোংমা লায়েংবিনবা ডাক্তর লৈমমত্রিঙৈদা মাইথংশিংগী মতোংনা লায়েংনবমই ঙসিদি অথমব। লমদা থও লৈবা ডাক্তর কয়া লৈরবনি অহুমক্তনা খোঙ খুৎ তেকপদি ডাক্তরদগী মাইথনা

হেল্লি• পূক্তা লৈবা নুংডদি ওপরেসন তৌদনা কায়হনবা মাইবতনা ওমই হায়না থাজবা মীগী মশিংস্থ পংবাৎ বাৎপা নত্তে।

অসিগুম্বা যুগ অসিদা খুদৈবন হায়বা অচিকপা খুঙ্গং অমদা লৈজবী চনুরা নিঙোল কনহাই মেম্মা হায়বীত্থ চেনখ্রে হায়ত্থনা শঙ শাত্থনা খুন পুম্বা হেক ঙাঙনরকই।

লাইরিক লাইশুদা পূক্লিং কয়া চঙজদবী ফিঙোল অনানবা শেৎতুনা নিপা শাবী কয়াগী লুনা স্কুটর মনীংদা মখাঙদা কোন্দুনা শা থোকপমখৈ চৎতুনা লৈজবী। মাইবী শেল হুন্দুনা তরেঙ লৈবীদা খুবাক ময়ি য়েংফমদা চৎ চৎতুনা ভুংদা থোক্লগদবা পুন্সি, থোক্লগদবা নিপাগী মরমদা থিজিঞ্জবতনা মথৌ ওইত্থনা লৈজরিবী কনহাই মেম্মানি। ময়ুমবু পাঞ্জখ্রবদি ফরে হায়না ময়ামস্থ থন্নে। থরনা হায়নৈ কদায়দগী শোনো চুনী অঙাওবী ওইনা লৈরম্বনি থিংঙাও লাইঙাও ময়ুম অমা লেপচনি হায়না খল্লমইবসে মুংশিদা হায়নস্থ হায়নৈ। লৈকাইগী মথৌ বাৎতুনা লৈরবা নোংঙানবগা হোটেলদা পোফমদা থোক্তুনা অচোই অপা লৈত্থনা চারগা বারেম ঙাঙ ঙাঙত্থনা মতম হৌখিনবা বানা ঙাইরিবা কাংবুশিংদদি বারী বাৎতুনা লৈরম্বদগী কনহাই মেম্মনা নিপা অমদা চেনখ্রে তাবদা ঙাঙনবগী খন্নবগী লেপ্পা লৈত্রি।

কনহাই মেম্মাগী ইমুং মন্নুং অহল লমন য়াম্না লৈজদবনা যুমথংনবদা লৈবা অহল লমনশিং পাও হায়দোকপা লাকপশিংগা মাইয়োক্নবিনবা ময়াম অমা কৌরুত্থনা ইনা কুপ্পা যুমজাও মাঙ্গোন্দুদা

বেরী থক্কুনা ৰমত্তুনা হায়না লৈরম্নবা অহল অহুমত্তুগী মথক্তা মঙা তরুক অমগন্থু ৰমথরি। কনহাই মেম্মনা চেল্লে হায়রিবা নিপা অত্তুনা কনা ওইরমগদবা থরা নাপণু তাবা মচিঞ্জাক চাজবা অমা ওইজরম্নবদি ফনিকো হায়না শোন্নরি।

মচানা লাইরিক তমউ য়াদত্তুনা ঙাওচৎনত্তুনা লৈরম্বদগী তৌরক্লিবা মতৌদা মনাত্তুদি মপুক্লিংদা খল্লি কোক হেক হোঙদোক-পিখ্রগা মাগী মাগী দায়ী অমা শেংদোকপিখিবনা ফরে। কনহাই মেম্মবু পোকপা মপাত্তুদি অহন্থংদা পকচদনা পাথং শাত্তুনা মৌ হুল্লকপী অমগী মনাক্তা লাইফম খুনৌদা লৈখিত্তুনা য়ুমদকা মুপী অঙাংগী মনাক্তা হুল্লকত্তবন্থু ফনা কুইরে। লৈকাইগী অহল লমনশিংত্তুনা কৌরুনবা হায়বদগী অঙাং পাও চেনখিবন্থু ফনা কুইরে অত্তুবু. পাও চেনখিবা মীন্থু লারুনবা কৌহনখিবা মপাত্তুন্থু অমত্তবু থুংঙগ্রি। লৈকাইগী থৌদোক রাথোক্কদি অমত্তা চৌৎথদবা মশামক্তি মান্দোব থনবদা ফাওবা পয়া পরে অমত্তন্থু লৈবা হৈত্তবা থরন্থু য়াওরি। কনহাই মেম্মগী মমাদা লুহোংবগী পোৎচঙ পাথরকপা হৌরকই। পোৎ চৈ পাথরকপদা মতমগী চৎনবী কাইনেটিক হোণ্ডা অমা হাপকদ্রা হাপ্লোইদ্রা হায়ত্তুনা কন্না য়েৎ-নরকপা মতাং য়োরকপা আউনপোৎ লৌতান্নবদা য়ানীংদবা য়াওরদ্বা কনানা য়ানীংদবা ফোঙদোরকপা মতমত্তুদা কনানো থরা মপান্দা কৌনবা তারকই।

মৌ নহা অনিখক্কা নিপা অমগা মপান্দা শুমাঙদা লেপ্লমই। মথোয় কনহাই মেম্মা উন্নবা লাক্লিমায়ে। লৈরিবা মীয়াম

পুম্নমক মুপী চেনখিবগী হায়দোকপা লাকপা ঙাইনরিঙৈদা মীনৌ থৱা চঙলকপতু কনা ওইরিগদবা হায়না লাঙতক্লনা য়েংনৈ।

মৌ নহা অমনা হংলকই, — কনহাই মেম্মবু নৈবৱা ?

অহল অমনা খুমই, — হো ইবেমা ঙরাং চেনখ্রে হায়তুনা পাঙ হল্লকপা ঙাইনরিবসিনি

মুপীতুমক্লা ওম্নোক্লা শৌ শৌ লাওনা হায়রকই, মুপীনি হায়রগা তৌ ঙমদ্রি, মরুপকি এগ্রেন্ট ওইরগা ঐগী কংকম থোকপা পীদতুনা মরৈ মরা তৌবা মা কদায়দা লোৎকদৌরি, থেংনবা মফম দা খঙগানিদনা মশোক লাক্কনা চবান থাগে

মীগী মবুম্মি হায়বা ফাওবা খিংতা থন্থবা নৈত্রে। অতেপ্পা অনিহুনা থামদোকই। অহল লমনশিংতুনা থৌগল্লোন রাংলবা মুপীতুবু কি তুকচ্চনা য়েংলি। মমাতুদি মচানা লাল্লুরবা মতাং ওইনা তৌরতুদা মীচৈতু থাঙতুনা তৌকম থঙদনা নৈরি।

তাইনকম থঙত্রবা মৌ নহাতুনা মবা চীক্কনা শোন শোন্দুনা থোকখি, হেরা থঙনিদনা মা থুনা থবরদা শেংদোরক্কবদি নোংমৈ মরুনা মুক হোঙলবসিদবু।

অহলশিংতুনা খামই, ইবেম্মা তপথো তপথো মীগী শেলবু শিংদবা য়াত্রা। মীগী নুরবা মতাং হায়রবতুম্ত থোকই অহনা তৌরিবনি মরাইনা শিংজনি।

চাঙাং অমমম য়েলক্কনা অহল লমনশিংতু ঙাইহাক থক্কনা লৈ। হৌজিক্তা থোকখিবা থৌদোক্কদা অহল থৱদি চংখিবনা

ফরে হায়না থন্নরবনি। অদুবু অমা থওদে অমা থওদে লৈকাই থৌ নিংথৌ থৌ হায়বসিদি লৈকাই অমা পাল্লিবনিনা চেনবন্থু য়াবা নস্তে।

অয়ুক অঙনবত্তুদা লাওন খোংনবা অমা তারকই মীয়ুম খরা চেন্নে। মীয়াম অমা মুপী হায়দোকপা ওকপা তায়নরিবা য়ুমতুদগী মনীংলোমদা য়ুম অমদা কন্না লাও খোংনবা অমা তারক্লি। য়ুমন্থু ঐজ্ঞা বাকচীংগী য়ুম্মি।

ঐজ্ঞা বাকচীং অরিবম লৈকাইদা লাই লাংতুনা মান্দোব লিংতুনা আজ্ঞা পুজ্ঞা তৌবদা লৈকাইগী পণ্ডিত অমা গুইরম্বানি। ইকুই কুইত্রি থুদেবন্দা হোংথরকপা, কিযুম পুবা মাইবা অমগী শক্তমদা মশানা ফমথোন হাপচরগা। লাইগী আজ্ঞা পুজ্ঞা তৌবা থাদোক্তুনা কনাগী ওামু থুমু মাওবা থিবা, মতৈ মনাও কায়ননবা মহৈ তৌশিনবা অপাম্বা মুপী ফংনবা কনাগুম্বা নিপা অমগী মুপীদা মহৈ তৌতুনা চিংশিনবা, অতোপ্পী মুপীনা অহলগী মনাক্তগী নিপা ফাবা য়ানবা লাং থাবা, কনাগী মচা পোক্তবা মৌ কয়াগী মচানিপা ফংহন্নবা যজ্ঞ তৌবিবা, শোর শংপা, শেমজিনবা, শমজাবী লায়েংবা থবক্তা পুক্লিং লুপশিল্লি। ঐজ্ঞা হায়না কৌনরম্বা তোক্তুনা ফম কাজরকপদগী থোজবা মিং অচিবা থাবা হায়না মান্থু থওনরে।

থুলসিদা হৌংলকডৈদগী মোংমগী অয়ুকী জিপ কার মুটরতনা কোম্হোংদা পরেং লেংবা মী পডনা উনবা ফংদবা অচৌবা মী অমা

ওইগ্রবনি ঐজ্জা ব্রাকচাং। অহুগুম্বা মীয়ামগী সেবাদা মীয়ামগা তৎন থানবা য়াত্রবা মরুপ মীপোক মীহিং ঙম্বা ঐজ্জা ব্রাকচাংগী য়ুমহুদবু থোনা লৈবা কনানো থন্না লান্দারকহবা থন্নবদবু মমইনে।

সোমদা মুপী চেনখিবগী পাওমু হন্দোক্লরক্কবসিদা মুপী ময়ুমসিদা তিল্লবা মীয়াম পুম্বা ঐজ্জা ব্রাকচাংগী য়ুমদা কুম্মে য়েংবা লাক্লরি।

তৌরম্লিবা মতৌহুনা হেন্না ঙকখ্রে। কিথুম পুবহুগী মনাক্তা থনবা লাকপা মুপী নিপা ময়াম অমা তুম্পাম তুম্পক লেপই মুপী অহুমখক অমনা উরৈরোম মচুগী কিনা লৈতেংজরবা মকোক্ত চোম্বা অচিবা বাবাহুবু মমীৎ হেক কোৎকদোগুম মথুৎও মশাও লাও খোংই। অতোপ্পা মুপী অমনা চীংথৈ পাংনা লাৎলিবা লাইশঙ মমাঙদগী শরু মতেক খোইরু থাউমৈ মেক্রুক হাপ্পা কপ্পী লীচৈ কাঙহু ময়ামহু কাওখায়হুনা চাইখায়হুনা থুগাইরি লৈরম্বা কনামত্তনমু থাম্বা ঙমখ্রে। ঐজ্জা ব্রাকচাংগী পড়ুবা ময়ামহুনমু লান্দারকইবা কাংবুহু মুপী ঙাক্তা ওইবহুনা থুং থোকপা য়াদহুনা থাক্ষম খঙদনা লৈরি।

খ্বায়দগী হেন্না শাওরিবা মুপী অহুনা অচিবা বাবাহুদা হায়রি, অহল সনাগী মরীহু ফজনা হায়রিঙৈদা পুথোরকেন্না নত্রগা নঙ থানা য়োনীংবরা? তুকপু তুকচৈনে লাই নীংলবনি সাধুনি কা হায়জিল্লগা মীগী মরীক থৎপা ঙম্বা পোৎল্যকপা।

বাবাহুনা খুম্নকই,— ইবেমা করিনো ঐনা ওসি তৌরিবসিবো ইপাদি পূম্নমক থাদোক্লবনি সনাহুনা করি তৌনগদগেনে।

অতোপ্পা মুপী লৈশাবী মচা অমা য়াওরিবহুনা হায়রকই,— এএ লৌরিরোই, নংমা লোদনা কনানা লৌদৌরিবা। ভসাই ঐবু লাইগী মমাওদা ফমহল্লগা নংনা মন্ত্র তৌরিবনি হায়হুনা ঐবু মীং উইশিলহল্লগা মীং পাওথোকপা য়াদে হায়হুনা ঐগী খোরি অমদি থবাক্তা য়াম্না মাখি, মহুদা ঐগী ওকশমদা সনাগী মরীহু শিহুনা লৈবনি। অহুগা ঐনা মীং হেক পাওথোরককপদা য়াওরমদবনি।

তৌনরিবা মতৌহু শিনবা তারে লৈকাই ব্রাথোক ওইনবা তারে হায়হুনা মুপী চেনবা পাও হন্দোকপা ভাইরিবা কুম্মৈ য়েংবা য়াওরিবা অহলশিংহু চংশিন্দুনা থাম্নরে। হংনবর্দা খওলে মুপী লৈশাবীহুনা পামজবা নিপা অমা ফাবীয় হায়হুনা অচিবা বাবাহু থনবা কুইরবজাংনি। ভসাই চিংখৈ ফীহুপ হুনবা মতমহুদগী হৌন বর্ত তৌজহুনা মাগী অনিংবহু ফংননবফাওবদি কম্না হোংনজরম্বা-জাংনি। অহুদা মুপীশিংহুনদি বাবাহুনা লৌবনি হায় বাবাহুনদি লৌদে হায় লোইব, থম্বা নাইনদবগী ব্রানি। মুপীশিংহুগী মম্নুংহু-দগী চৌনফেন ফবী অমদি থানা তাক্লুনি হায়না কোম্বোংলোমদা থোকপা হৌথিবহু ময়াম্না ফানৈ। ঐজ্জা বাকচীংহু থনবা লাকচবা কয়ানা মুপীশিংহুবু তৌওম্মল্লি প্রমানম্ন চাদনা লাইওইরবা বাবাহুবু পাওথোকপিরে হায়হুনা পাম্বোম তিংগনি হায়হুনা শেম শাহুনবু লৈনথি। তাঞ্জাহুদা লৈকাইগী অহলশিংনা লৈকাইদমক্তি থানা

কৌনতুনা চৈরাপ গারোং য়ৌনবদি চুমদে হায়তুনা থাক্ষমদি খঙদা অমদা অমুক অমদা অমুক চঙতুনা খামজরি ।

ঐজ্ঞাগী খোৗরানী ওইরম্বদগী বাবাগী ক্ষমথোন কাখিবদগী বৈস্তবী হায়না খঙনরবা ঐজ্ঞা ব্রাকচীংগী মুপীতুনা থানা চৈরাপ গারোংকি ব্রাক্ষম য়ৌনরকপতুদা সন কয়ানা শাথা সনানো শিংলগে ক্ষাওবা হায়নরক্রে । তাঙ্গাতুদা কোম্মোংদা পুলিস গাড়ী মপোং অমা লাক্লুনা থায়মই অমদি বামোন ব্রাকচীংগী য়ুম থিরকই । মতোংতুদা কিথুম পুবা খনবা লাকপা মঙ্গলাতি হৌতুনা ভন লেংতুনা লৈোরবা মীয়াম অয়াম্বা তৌনরিবতু মখোয়দা শোক্লকদবা মান্দুনা লৈথোক্লবা চংনবা নাকন নাকন্দা থৈদোক্লক্রে অততাই তারবা মুপীশিংতুগা ঐজ্ঞা ব্রাকচীংনে মাগী মুপীনে লৈকাইগী অহলশিংনে মখোয়দি চেনবস্তু য়াদা তিঙক তিঙক য়েংতুনা খোঙক্ষম অমত্তা কায়দনা চঙলক্লিবা পুলিস ময়ামতুদা য়েংই । ঐজ্ঞা ব্রাকচীংনা খল্লি মুপীশিংতুনা শরৌ শিন্নতুনা মাগী মমায় থুননবা কৌরকপা পুলিসশিংনি । মুপীশিংতুনা খল্লি বামোন ব্রাকচীংনা মাগী অরানবা কুপশিন্নবা কৌরুবা পুলিসনি ।

মমাঙ থানা চঙলক্লিবা মক্ষম থরা চাওবা পুলিস অত্তনা হংলকই, — বামোন ব্রাকচীং অচিবা বাবা হায়বতু কনানো ? পাওখুম অমত্তা পীরমদনা অচিবা বাবাতু লেকথরকই । মাগী মুপীনা কোনথংলি । মুপীতুনা পুজিসতা হায়,— সনা মাঙবগী ওইরবদি ঐ সনাতুমক নত্রবস্তু মতুগী মমল শিংজগনি ।

পুলিসতুনা হায়রকই,— নখোয়গী কনাগী সনানো ঐখোয় মতুগী লাকপা নত্তে, লৈখমতোন হায়বী মশম ককপী খোঙগ্রাও শেংপী নিপা শাবীতু ঐজ্ঞাসিনা পোকপা নত্রা ?

— হোয় ! মাদি শ্রা বামোন লৈকাইদা মবোকখোয়দা লৈখি।

— মতু ঙরাং চীমৈরোঙদা লৈকাইসিদগী কনহায় মেম্মা হায়বী অমগা মতৈ মনাও ওইনি হায়না চেল্লকই হায়বদগী লৈকাইগী নহাশিংনা ফাতুনা পুলিসতা শিন্নরকই। মখোয়দি মুপী ঙাক্ত ওইজরবস্থ লুহোংবিয়ু কা হায় মনম তংনবস্থ য়ৈরবনি। মমা মপা শিংনা পুলিস স্টেসন্দা লাক্তুনা লৌথোক্লরবা য়ানি নত্রবদি জেলদা থাজিনগ্রনি।

ব্রাফম খরছু হায়রম্নগা পুলিসশিংতু প্রপ প্রপ চংখি। ব্রান্থবা ঐজ্ঞা ব্রাকচাংজুদি হন্থরকপা লৈত্রি মশাগী ব্রড প্রেসর খরা হাম্নগী লৈমালে। মাদি পুলিসশিংনা হায়রম্বতু তাহৌত্রবনি তারম্নবদি লানবা শোয়দবনি।

তুমিম্না লেপ্তুনা তারম্বা অহল অমনা মচীন্দা হৌনা শোন্দো-রকই,— ইস: রাধে শ্যাম !

ঐজ্ঞা ব্রাকচাংগী বৈস্তবীতুনা ব্রান্থরবা মপুরোইবা বাবাতু তম-পাক্তা পম্না পম্না লরাইদা ঈশিং খম্না হৈননবা হায়জরকপদগী অহল অমনা লাইমাঙদা হৈরিবা কমণ্ডলূতুদগী ঈশিংতু ঐজ্ঞাতুগী কোক্তা হৈথরমই। বাবাতু খরা লেঙ ওংপা উরমই। মতৌতুদা ঈশিংতু খরগা হেন্না হৈথতুনা তেংনবা চিথরমই। ঈশিংতুগী লোইরকপদা সনাগী মরি অমা য়াওরক্তুনা বাবাতুগী লরাই লেফুদা তারক্লমই !

# লাল্লুপস্থু কাবা ৱাশাস্থু চাবা

কাওবনা তুকান্দা কলম অমত্তা লৈগে হায়হুনা চঙলুরগা থোরকপদা সাইকলহু লৈরমদ্রে । সাইকল লাকপগী পাওসি ইতাবু তাক্লদ্রবনি অহুবু মঙোন্দা চোংশিন্দুনা থোক্লয়ে । হৌজিক্তি ঙরি উপাই লৈরি মসিতনা য়ৌম্নিংবা মফম শম্না য়োঁজবা ঙম্লিম্বনি ঙন্থোকপা হায়হুনি । নহান ঈরাষ্ট হুমিংতগী চেল্লকপনা ঙসি নোংমাইজিং হুমিংসি কাওবদা অমত্তা লৈথায় তাবা ঙমদ্রি । হৌজিক্তি পুলিসতা চঙহুনা ৱাকৎ অমত্তং লানশিল্লুবা তাবনা কলম অমত্তংদি লৈখিবনা কৈ থন্দুনা লুপা য়াম্মকা পীবা নত্তবা লুপা অমা মথায়কা পীবা বোন পেন অমত্তা লৈগে চঙলুবদা সাইকল অমত্তং লৈজবহুনু মীনা লৌখিগ্রে । রিক্সাকা তোংনবা পৈশাকা অমঙা য়াওদে খোঙনা চৎপা তাবনি । পুলিসতা ৱাকৎলুগদৌরিবান হায়না তৌরিবসে সরকারনমু জিপকি থাও হাপ্পবা পেট্রোলকা ইপী পাবিদ্রমালে ৱাকৎপা লাকপা কাংবুদগী থাও হাপ্পবা পৈশা খোংনা লৌনরে । অঙরোমদা মতমনগা ফত্তবগা মীহাৎ-মীপুন, হুৎ-পাট, বোম-তোপকি রাথোকঙাক্তকা ঙায়শিল্লকপসিনা হুপী কাখিদ্রে কা হায়বা ৱাকৎকাসে কদায়দগী লৌখিগবনো অহুক পূক্লিং পেম্নবা ৱাকৎপা হায়বহুমঙায় ।

সাইকল মাঙদ্রে হায়বা ৱাক্মসিদি ৱাকৎনদ্রে মরমদি কনাম্থু সাইকল মাঙখিবদা ফংগ্রে হায়বা য়াওনদে মাঙবা মরম্নাইনি ।

ঋারেদকো পুক্সিসে, কাওবনা থল্লকই অঙাং নপচোবা অমস্থ র,ইন এণ্ড স্তোপ পেমেণ্ট, ব্রান দিক্তিং লোটরি কনাগী হাবী জাবী ময়াম অমা তৌজ্না ফাওরে হায়দুনা মারুটী কার অমমম থৌনথ্রবা যুগসিদা কাওবা নংদি কমপানীনা শাখিত্রবা সুপর একাগাড়ী অমগা কয়া কুইনা লেন্দোরি ? কাওবনা থল্লকই, তস ! মাঙখি- বনস্থ ফৈ লৈরবদি থৌদবদি ঙমদে লৈত্রবদি থৌররোইদনা । অয়ুক ঙস্তা পৃক্তা বস্ত্র অমত্তা ফাওবা তাদমখৈ চেল্লকপনি মুংশানগা হাইগংলকপগা লবাই লেম্ফ্দা য়ৈবসিদা পুক মথক মথা ওন্দুনা থুক থুক লাওই ওই থংবা খুনিংথোদা তিন থাক্লগা থোয়দোদা ফাথহুনা মীমাঙদা চোপ্তনবা শোর শাংনা শাংনা হোন্দুনা থাঙই । গাড়া মাঙখিবগী থোয়শাওনবনে মুংশানা শাবনে পুক্লিং ফাথনবা জাং জাং ব্রাখল খল্লি " অবা মচা লেম্না মাঙদে হায়বনি হায়বা ব্রাফমদো অহনু- হেন্না ক্রিম্বিবদি নারগদি হিংগন্দে হায়বস্থ হায়নবনি ।

চংনা চংনা অবাং ভুকান য়োরক্লে । চৎলিবসি থাংমৈবন্দগী য়োংশুবা থাংজম কনহায়গীদনি । মাগী সাইকলহু অমুক্তং ব্রায়- দনদি থবকসি পাঙথোকপা ঙমগদবা মান্দে । যুগনি হায়দুনা তৌরিবসিস্থ সাইকল লোইবা তোক্লখিবদগী হাংমুক তাঙলবনি । অমুক অমুক ব্রাখলসি মফাং মফাং তোবহুদা কাওবনা চৎলিবসি কদায়দনো হায়বহু অমুক অমুক নিংশিংই ।

চন্দ্রমনীগী মচনমুপী অহল লৈখম হায়বীহু চেনগ্নে হায়দুনা মাবু থিক্ল হায়দুনা মমা লুপ্তাবীহুনা শিম্নরকপা থোদাংনি ।

চক্রমনী থোং শাবগী কমপানী অমদা যুগালি ওইনা থবক শুরুকহুনা মচনমুপী অনিনে মমানে থাকচরম্বনি। অতুবু মপুন্সি তেল্লকপা হায়বসে খুদোংথীবা অমা থোক্তুনা মথৌ শুনা শুনা লৈখিদবনি। কমপানীহুদা ক্ষতিপূরন পীননবা তক্করকপনা উচিন নাচিম্না লুপা লিশিং নিক্দা য়ানহুনা নহানতা রা লান থোক্লবমথৈ লৌনরবনি। মমা হন্নুবীহুগী মমিংদা পানবিগে হায়না হৌদোক্লবদা মচনমুপী অহল লৈখম হায়বীসিনা মমীংতা লাইরিক থরা উহৌই হায়হুনা মাগী মমিংদা থম্বীয়ু বেঙ্কতগী কায়থোক কায়শিন তৌবা পুম্বা মা নতুনা ঊমগদবা মান্দে হায়হুনা হৌদোরকপহুদা কাওবম্ম হেক মীচং চঙলুবনি। অতুদগীদি পৈশাহু হেক ফংবগা অহিং অতুম হল্লিল্লকত্রবনি।

নিপা মন্নুমহ ওস্তোক্লা লৈপাকমচা তাখিত্রবা হায়বহুনি পাও অমতুম হন্দোক্লনি। মমা লুপ্লাবীহু থল্লায় রারে মনা ও মুপী অমা লৈবহুম্ম লাইমন হৌরেং। ওস্তোক্লা তৌবা ঊমথবা হায়বহুনি মবুং শিবদগী ফংবা পৈশাহু চৌম্রপ পুরগা চেল্লমইবসে। সোমদা হিংলিভৈদা মবুংগা তিম্নম্মই হায়হুনা কাওবদদি দথা তারে চেনবম্ম য়াদা খিবম্ম কংদা।

চংনা চংনা কাওবনা থল্লি ইন্নাই মুমিংকি মুংদাং চেনথ্রগা নোংমাইজিং মুমিংকি অয়ুক ফাওবা পাও হায়দোকপা লাকখিনবসিবু ফম্ভ মুংদা থোক্লবা জাংলা। মমাওদা অতুম্না অহিং হল্লিল লক্কে হায়হুনা চেল্লখিবগী পাও হন্দোরকপা ভাইরিভৈদা তুম্লেল্লা

ত্তাওরম্বগী ৱারীসু খোকশ্রবনি। মানা চেন্নবদা রেঙ্ককি পাস লুকসু য়াওখি অসু ওইরবদি নিংখোকাবা সুমিংসিনা রেঙ্ককি থোং-ঙাল্দা ঙাইবা হায়বত্নি। কাওবনা ঈশ্বর খুরুমই,— হে ঈশ্বর গ্রহন থারো ননাই অৱা মচানি নারবদি হিংদবা তাই অঙাংশিং চাওত্রিফাওবতদি ননাই নাম শোঞ্জরকখিগে।

মী তিনখৎলকপনা মৱম ওইত্তুনা লম্বেলসু চিল্লি মৱক অতুদা সিফাই থরনা অচৎ অওকপুম্বা ফি ফ্রং ফ্রং কলহন্দুনা চেক তৌৱি। ঙাইহাক পনবদা তারে। কাওবসু চেক তৌবা লোইরে মাঙ-লোনদা চঙশিনবদা ঙায়রি তুংদা সুপী অমগা নিপা অমগা অকনৱা ৱাহৈ ঙাঙনবা হৌরকই স্তম কনথংলকই নিপাত্তুনা থামই তপথনবা সুপীত্তুনা হায়,— নংনা ফনা কেত্তুনা নৌত্তুনা পাখং শাবসু য়ারোই-দবদা নতুনে নচানে ওনা লৈরিঙৈসিদা সুপী চেল্লেকা হায়বা শারিয়ে। নং শিঙ্গ্রে হায়বা নাথৈ অমা শেংলবদি ঐসু ইচাশিং য়োক্কনা চাওবা ঙাইগেনে। নং অমা ইচাও চাওনা লৈরিঙৈসিদবু ঐ কৈদৌনা শূ নোমত্তুনা কতন নং থাক্কদৌরিবনো।

নিপা অত্তুনা পংথামদা থামই। সুপীত্তুনা চিনফেন ফথা হেনগৎলকই,—কদায়দগী ওক্তবীসু ঐনা মশম থুদাপ থুদাপ ফোয়-ত্তুনা শুমচিংনা মমায়ত্তুদা ফদৎ ফদৎ কনথৎলম্লবনি শিল্লবরা য়েংজরুচো।

নিপাসু লাংতক্লনা উই। হনগে তৌই সুপীত্তুনা মখুৎ ফায়গা হায়রকই, কদায়দা চংকদৌরিবনো নত্ত ঐ য়াওরিবলি উত্রা নতীক খোক্লগা চৎলুনে।

কাওবনা ৱারীদু সুম তারম্বদগী খল্লি সুপী অমা থৈফমদা চৈ চাহুনা লৈহৌই হায়রিবদো লিখি নাখিবা থোক্রবদি থৈফমহুনা হাংপনি হায়না তাইনবিবদি শোয়দ্রবনি। শিনদ্রিবৈংসিদা মশক্তুম অমুক অমুক্নং য়েংহৌবা কৈ খন্দুনা তুং হন্না য়েংথোক্লমই। কাওবা পিং লাওবা অমা ফাওই ! নিপা সিনা ইল্লিবা গাড়ীসিদি মাগী মাঙখিবা গাড়ীহুমক্লিনা ঙাইহাক্তি মা তৌকম খঙদনা লৈরমই। মথংগী মিকুপ্তা গাড়ীহুদা তাপ ফারগা চিংলমই।

নিপাহু হন্না য়েংথোরক্লগা খোয়রাঙ খোয়শাননা শূকোক-তুনা য়েংলকই। কাওবনা খোল কল্লপা হায়, সিগী সাইকলাসবু কনাগীনো ?

— নিপাহুনা ওস্তোক্না ঈচঙ থৌনা খুমকই, — ঐগী নত্রদি কনা-গীনো, মহু হংবগী দরকার করিনো, ঐনা ইন্দুনা চৎলিবসি নমীংতু উদ্রা ?

কাওবনা গাড়ীহু লাক্নুনা চিংলগা হায়রমই, — বয়াদা তৌবা ঙমগ্রবনোনে, গাড়াসি ঐগীনিলহৈ হৌজিক্তা মাঙখিহুনা থিরিবনি অহুগা মানা মাগীনি কা হায়জবা শাবয়ে নঙ প্রমান পীবা ঙমগদরা ?

ৱাহু লোইশিনকাৎত্রিবৈংদা মাকন্দা চৎলম্বা নিপা মরি মঙা খকস্থ য়াওশিল্লক্লমই। একাগাড়ী হুরানবা অমা ফারে হায়না অমগী চৌন্দগী অমদা মথং মথং লন্দোকখিহুনা হাৎলো হায়হুনা হুপচিন্ন-রক্লনই। নিপাহু শিবা শোয়দ্রে। কনানা হুখিবনো খঙজবসু

সাইকল মাঙখিবশিংনা অঙ্কংবা অমদা ময়াম চঙডুনা থীনবীবা মশানা তাবনি অতুনদি হিংলবস্থ ফিভম চারোই।

ঙসাইমথৈ য়াম্না শাওনরম্বা মতৈ মনাওতু শাওবা তোক্লাপ্র মীচঙ ওইতুনা ময়ামগা চীন্দা পাওদানরক্লে। নিপাতুনা সাইকল-তুদা য়েংলগা মচীন্দা শোল্লি সিবু ধর্মোগী সাইকলতু নত্রানে ঐগু বায়রগা পুরকপনিনে তুকান মমাঙদগী ওন্নরা পুরক্লবজাংলানে। ময়াম তিল্লম্বা পুম্নরা হায় মচীন থীবনি চেঙশাইবম কায়নবা থাগ-দবনি। নিপাতু শিবা তারে। কাওবনা নত্রবদি কনানস্থ কনবা ঙম্মরোই।

নিপাতুনা লোয়নরকপা মুপীতুনা চঙশিল্লক্লনা কাওবদা হায়-রকই।- তাদা ঐগী অঙাংপিশক য়াম্না য়ুমদা লৈহৌরি, নচল্লি খন্দুনা মাবু অমুক্তা কনবিয়ু, মাগীসি ওন্নরা পুরকপা ওইরমালে।

কাওবনা য়াম্না মুংশিবা অমা ফাওরক্লমই। যুগসিদা তাদা হায়না মিংগৌনবা মুংশিপ্রবা মরীসি মাঙপ্রবনি। মতুগী মতুংতা উংতৈবা অমদস্থ তাইঙো, জাং নাইদবা অমদস্থ পাবুং, অঙাং খুদিংনা নিপা অমদা হেক্তা অংকল, কাকা, মুপী অমদনা নেনে অন্টি গায়না মিংথোন্দুনা ইচেকা হায়বা তাদা কা হায়বা, খুড়া কা হায়বা, ইপল কা হায়বা ইন্দোন কা ইক্সান কা হায়বা মিংগৌ মাঙশিল্লক্লবনি। পাবুং, তামো, কাকা নেনেগী সমাজসিদা তাদা হায়না মিংগৌবা মচন অমা লৈরমই তাম্না য়ুম পানখিবদগী কাওবনা আদা হায়বা মিংগৌ আখিদবদগী ঙসি অমুক তারদা মচন অমগুম খন্দোক্লই। খল্লকই নিপাসি কনবা তাই।

কাওবনা চোংথোক্তনা থাম্নমই, — মসি লম্নাইগী রাকমনি ময়াম হন্দোকপিরো।

ময়ামস্থ লোইনা হন্দোক্লখরে।

কাওবগা মতৌ মনাওতুগা অমুক ওসাইগী তুকান মমাওতুদা লাক্লে। তশেং তশেংনা গাড়ীতুদি ওম্না পুরকপা ওইরম্মে। নিপাতুস্থ তুকান থংনবতুদা লৈবা ফার্মাসি অমদগী হিদাক অমা লৈবা লাক্লম্লজাংনি। মতু ওস্থোক্লরগা কাওবনা ভাইস্তাক কাওক্ল-বতু অমুক নিংশিংলকই, মহাক পুলিস স্টেশন য়োগদবনি। চৎলগে হায়না মাওউরবা সাইকলতু হেক পায়বগা মুপীতুনা কৌরক্কই, — তাদা ঐগী অরাবসি নংনা অমুক্তা কোকপিতুনা ঐবু মপোক অমত্তা অমুক্তা পোকপিয়ু। ইচা অতোপ্পতু নাতুনা লৈহৌরি। কুমউবগী হকচাংস্থ শোল্লিবনি। অতুগা মানা মুপী চেন্দুনা খোয়াথোংদা থৈহৌরি। ঐনা মাবু থিরকপদা মুপী থৈকমদগী কৈথেলদা মুপীতু মশা ওমদবগী হিদাক লৈবা চংখি হায়বা তাতুনা তান্নরকপদগী ফংলিবনি।

রারীতু হাম্না তারম্নবদি নিপাতু সাইকল লাকপনি হায়না হায়জিল্লগ ময়াম চওতুনা থরা থীৎহল্লম্নগদবনি। অতুবু, হৌজিক্তি ইংথরে মীতোপস্থ ওইবা ঐনা য়ৈরু চৈরুবস্থ পকচদবনি অতু ওইরবদি খাইবদং খাইদোক্লরবদি মুপীতুস্থ মনীং থুংজরে য়ুমস্থ কাম্নব্রে। মতু পম্বা য়াদ্রে।

নিপাহুনদি থিনবিগে হায় হায়রিবনি অহুবু মুপীহুনা য়াদ-বদগী তৌবনি হায়রি। ফরে অমুক্তং হোৎনহুনা য়েংলগে হায়হুনা কাওবা চপ য়ুংনা খল্লে। সাইকল তোংখৎনরে ইকুই কুইদনা মুপী থৈফমহু য়োরে। কাওবা পন্থবা তৌদনা মুপীহু লৈবা কাহুদা চঙলকই। পুলিস স্টেশনস্থ য়োগদবনি কদায়দগী ঙাইহাক্তংসিদা ইচল অমা অমুক চোংশিল্লক্তুনা।

মমায় কুপশিল্লবী মুপী অমা ফমুং অমদা ফম্নি, মৌ অনৌবী হায়নহ ওইবা তাই। কাওবনা মুম্না য়ংলগা চেপথ চেপথ য়েংই অহুগা মচান্দা হায়দোকাখ, হে লৈথম নত্রা ?

মুপীহু মমায় খংহাই হাইগৎলকই অহুগা হাইমা হায়হুনা লেকথরকই। কাওবনা শেংদোক্লমই ময়াম মুংশা থৌবিগমু, ইচন্নি, ঐ মাবু থিবা চৎলম্বনি, ফংজরে, মবা মনিন নাইবিগমু ঐ পুজগ্রগে।

কাওবনা মনাক্তা তারিবা বেগ অহু ফাক্তুনা য়েংই। ঙরাংগী পাসবুক অহু য়াওরি। লুপা লিশিং কুনগী অইবা চেক অমসু য়াওরি, কায়গে তৌরম্বজাৎনি, কায়দি কায়ত্রি। শোর অমুক্তং হোন্দোক্লমই, ইসঃ মসিদং লৈরম্বসিদি লাইনা তম্বনি নংলমত্রবদি য়ুমদা লৈহৌরিবী মমা হন্নুবীহুনা শেলহু শাঞ্জরগা মথোই চানি হায়না লৈহৌরিবনি মচা অতোপ্পীহুনা অনৌবা গাড়ী সম্নি অমা লৈনি হায়হুনা তৌহৌরিবনি। মহুদা চৎতুনা

শেলহু কায়খিরম্মে হায়না তম্‌রবদি হার্ট ফেল ওইহুনা শিখিবদি শোয়দে অহুগা কাওবনা হাৎপনি হায়না তাইনরকপস্থ শোয়দবনি।

সোমদা মো অনৌবী লৈখম রান্থরি। হন্থবী অমনা লরাইদা অমুক্লং কামথৌ হায়নদি হায় কনানস্থ চোংশিন্দুনা থৌনা ফনা মৌ অনৌবীহুদ্‌। কামথবীনবা অমত্তা চোংথোরক্কে।

কাওবনা তঙাইফদনা চঙশিন্দুনা লরাই লেম্ফদা ঙমজবী থাহুনা কামথরমই। মুপীহু হন্থরক্লে মযামস্থ পুক্লিং রাক্লবদগী হরাওনরে। কাওবগী খজায় অনিস্থ মপুং ফনা হরাওরে।

# য়া য়া হো য়া

মন্দির লাইফম খুভম কয়াদা মচানিপা পীগ্নু হায়না নিবমথৈ
নিবদস্থু মায় পাক্লকত্রব। তাবিশস্তর মতৈ মনাঙদো ঙসিদি মচা
অমত্তং য়োক্কদবগী খিরকপদস্থু মায় পাক্লক্লে হনা। ঐগী ইতেং পাম্নক-
পদগী ঐস্থু ঙসি অঙাং নিপা অমা থিবদা থারাই খঙদবমথৈ চংলু-
রগা মমৈথংদা ডাক্তরগী থোঙ্গাল য়োমক্লে ।

হৌয়াংথাং বম, শিবরাত্রি, কৃষ্ণ জন্ম, বারুনীনচিংবা ঈশ্বরগী
থোরমগা মরী লৈনবা কুম্মৈ কয়াদা লাইগী মন্দির খুভম্মচিংবা
কয়াদা চংলিবা ভক্ত বৈষ্ণব কয়াদি পূম্মিংদা লাইদগী নিব। লাকপা
কযা, থরা অগনা লাইদা চীরোন তৌবা লাকপনি । মহু নত্তবস্থু
য়াওই অহবু অয়াম্বদি বর নিবা লাক্লবনি । পাথং লৈশাবী
ওইরগনা অয়াম্বনা বর খুৎনিহু ইমান মমাম্নে । কনাগুম্বনী
লাইথুং তিনথুং ক্তোরুনবস্থু নিনৈ খম্বনা পারিক্ষা পাস তৌহনবিয়ু-
নচিংবা । অসিগুম্বা ভক্ত বৈষ্ণব কয়াসিগী মন্থুংদা মৌ ওইরগনা
মচানিপা পোকচগে, মচা লৈতবা ওইরগা মচা অমা পোকচগে,
ম্নারগনা নিপা পোকচগে হায়না নিম্নম্বদি শোয়দবনি । মী ফনা
ম্নাম্নদি চংনৈ নিংথৌখোংগী লাইনিংথৌ ওকনারেলদা মচা অমম্তা
পীনবিয়ু, নিপা অমত্তা পোকহনবিয়ু হায়হুনা নিজনবা । মী
ফনস্থু ম্নাম্না বরহু ফংনগ্রবনি অহবু সুম উবদা তাবিশস্তর মন্ত্রে
মনাঙসিদ'দি বরহু ফনা নিহনস্থু ফংবা কোবা লৈরক্তে । ইতৈমহুস্থু
তপ্পা তপ্পা চহী নিফু তরেং হায়রক্লে, বর নিবহুস্থু হান্না নিরম্বগী

খুৎনিহ্ন হোংদোক্ক্না ইচা নিপা অমত্তা পোকচগে হায়রম্বদগী ইচা নিপা অমত্তা য়োকপা কংহল্লবিয় হায়না নিবা হৌরবনি।

লাইনদি করি তম্লিনি খঙদে অহুবু, চহী মতাংসিদদি, বরহুদি, শুম খনবদা লাইনা ফনা পীরবসু ওইথোকদবা য়াদে। সংসারসিদা থুপী অয়াম্বনা মচানিপা ঙাক্তা পোকচগে হায়না নিহুনতা লৈনরবা যুগাসিদা কনানা মবুকথোক্কি মচানিপা অমা যোকউ হায়না তরাই তবাই পীথোকদগে। অহুবু; তাবিশস্তর মতৈ মনাওদি লাই কোটি কুনথ্রুহুমদোই শোল্লুনা মিকুপ থুদিংগী বরহু নিরি " নিপা অমত্তা ইচা ওইনা য়োকপা কংহন্নবিয় "।

মসিগী মর খুৎলিসি নত্তাক্তা নিবা হৌরম্মদি কংলম্বস্ত যারবনি। অহুবু, মথোয়দি অহানবদদি মচা নিপা অমত্তা পোকচগে হায়না নিরম্বনি। অখও অহৈ ডাক্তর কয়াগী মোংতা নিপা অম্না নত্রগা অঙাং অমা পোকচগে হায়বা বরহুদি মথোয় অনিমক অমত্তা কংবা য়াবা ওইদ্রে হায়না লাই পীখিবহু চহী তরামুক হেল্লবনি অহুবু বর নি নিহুনা লৈরকপুনা কংলক্ত্রবদা, অকোনবগী বরহু ওইনা নিবা হৌরকখিবনি।

করগী পুংকম কায়দনা মিরবদি হীয়াংথাং লাইরেম্মদি পীদবা লৈংত হায়হুনা হীয়াংথাং মম কুমওম মশীং য়াইদনা চৎচররুবা মতৈ মনাওসিদা লাইনা কুবিরগী থাদি ইন্ত উবা কংলক্তে। ঙসিদি চহীনগা নম্বুক লাংতরুবা অমপা য়াওহুনা অনা লোয়হুনা লৈরক-ইরসিনু কনা কুইররবনি। রাকমসি কাঙথোরকপা নহানতা

চামরিহন্নি অহুদদি ঐস্থু মতেং খরা পাংবা অরনি। ঐস্থ চৈবু চৈবিরে, মশানা মশাগী মতেং পাংজবশিংদা ঈশ্বরনা মতেং পাং-দোরিবনি হংহুনা খিহুনা অমুক্তবু লোৎনখিরবনি। বরদা পংমি নিবহুনদি লাইনা করায়দগী অঙাং অমা থাদরকদোরিবনো। অহুস্থ অঙাং অমনা হেক্তা য়াত্রি অঙাং নিপা ওইগদবনি হায়রি। শক্তোথী, অঙাংহু মুপীরা নিপারা অমবু ফংলবদি, মরায়বক্ত, ইংবা শাত্রা য়েংউ। নোংমদি হাইফেং খোল অকনবা হায়নরবনি। ত্তাবিশস্তরনা ইহা হাদনা হায়রকই, শাস্ত্রদা ইচানিপা অমা লৈতবা য়াদে হায়, হয়েং শিরবদা পিও কৎলক্লবনি, মহু মুপীনা কুংপা য়াদে।

ঐনা থীনহুম চৈবীরমই, করি চাগে হায়হুমা শাস্ত্র মপুংফানা খঙবস্থ নত্তা। মচানিপা অমা পোকদবনি হায়বা মপাহুমজং খঙবা শাস্ত্রহুনা চম্নসস্থ য়ারোইদবদা। ঐনা চীন পেমবা চৈবীরমই, শিরগা পিওকা অমত্তা পাম্মুহু নচাস্থ লৈতবা নথোয়নিবু কৈদৌন-গেইগে, পীগুস্থ চাবা ফংলরোই হায়না শাস্ত্রদস্থ য়াওরে হায়রে অহুনা, পিও চাবা ফংলরোইদবনিমা নমিৎ অনিহুমা মমীৎ ত্তদবা অমদা দান তৌথোক্লম্মো, মশাহুনা মেডিকেল কলেজ ছাত্রশিং ডাক্তর তমহুনা তুংগী মীরোল কয়াগী য়াইফনবা কৎথোক্লমোজনা মহুনবু হেন্না ফত্রা। হৌজিক কালসিদা নিপা শিংগ্রি অস্থক হায়না তানবা য়াত্রবা মতমসিদা মীচা য়োক্লগা থমোই লাইমন ওইহুনা শিংদে শরুক নশাহু ওইনা হেক কৎথোক্লমগা লোইরে।

ঐনা হায়রিবহু তারগা ভাবিশন্তরদো মথবায় মুংভাইতহুনা মপিহুম তারকখি। অহুবু, কদায়দনো অঙাং নিপা অমা খিরুদৌরিবা। নিপা পোক্লনবা অসুক লাই থুরুম্নবা কানসিদা করম্বা মমানা মচানিপা অমা থাইয়ূ হায়বা য়ারকদৌরিবনো। হেক মীয়োনবগা পৈশা তুংশিন্দুনা দিল্লি, বোম্বেদা অঙাংহু মুপীরা নিপারা য়েংহল্লগা মুপী ওইরম্লগা য়ৈথবদা হলেংবা লৈত্রবা যুগসিদা থরগা লৈরগদি সমাজসিদা নিপা ঙাক্তা ঙাযহুনা অমুক মথা পোকপিনবা মুপী অমত্তা লৈতবদগী মীওইবা হায়বা জাংসি মুংপু মুংখিহুনা থনবদবু মমইনে। ফান্নদেদা থল্লগা ঙাওরক্কদোই থন্দবনহুম ফৈ। হন্দক মরক্তি ইথৌ থরা চিনবদগী অঙাং নিপা অমা খিবগী থবকসি লেপ্পু লেপ্পুরবনি। অহুবু, কদায়দগীনো ঙরাং চোঙ্গেংনবীগী হুকান্দা পোহ লৈরিঙৈদা ঙাঙনবহু হেক তারুবান। ঙাঙনরিবহাঁদ, ডাক্তরদা ওপরেসন তোহুনা মুপী অমনা অঙাং নিপা অমা পোক্লে হায়য়ে য়োকপা পাম্বা মাদা পীথোক্লনিম্নু হায় হায়বা রাক্ষম অমনি। হন্দক্কিসিদি নহান মতে মনাওনা থাংজাং হরাওবদা অখেনপোৎ কারুবহুনা ভারিবা পাও ওহবা তারে। পোৎ লৈবা লাকপী হুম্বীহুদা চঙহুনা হংলুবদা মমা মপা ওইগদৌরিবশিংহু পুহুনা থুনা ডাক্তরদা চৎনবা হায়রক্কপদগীনি ঐনা ঙসি ডাক্তরগী থোঙ্গান্দি য়োরে। পুক্নিংদা চিংনরকই মীনা হান্দোক্লমহুনা অরেম্বদা নাম্বোকখিগদৌরিব্রা।

পম্বা তৌদ্রে শঙ মমুংহুদা চঙলকই। লোয়শঙগী ময়াম ফম্ফমহুদা হোৌজক্তা নিপা অমা পোকখি হায়হুনা পেল্লবা মপাহুনা

কংলম্বা অথেনপোৎ ময়ামত্থু চাবদা পুক্লিং থিংজিল্লিবী নর্স ময়ামত্থু মী চঙলকই কা হায়ত্থুনা হম্না কাওবা য়েংথোকপিরকপা নত্তে। মচীন ইথং থংলিবী নর্স অত্থুদা ঐনা হংলগে হায়ত্থুনা লেপ্লে। হংবা য়াবা ব্রাহং খনবা হৌরমই।

ব্রাথল অমা লাকই, ওপরেসন তৌথুনা পোকই হায়বনিন্না মী অমা অনিত্তা ওইরম্মি। অত্থুনা কনা কনা ওপরেসন তৌথুনা নিপা পোকখিবগে হংলগা অত্থুম লোইরে। ব্রাহং অত্থুমক হংলুনদা নর্স অত্থুনা কাথল নাইবা বেড নম্বর ১৩ শুবদা মুপী অমা হীপ্লিবনি তাক্লকই। মফম খঙলবস্থু ব্রাফমত্থু করম হায়না হৌদোকদৌরিবনো। নীংজিং মাংজিংনবা কমুংথু তম্না চঙলমই।

মমা অত্থুনা অঙাং মচাত্থু নাকন্দা হীপহন্নগা তুম্মি। মনাক্তা হন্নুবী অমা কি থ,পচিন্দুনা লৈরি। ফরে মী পংয়াম য়াম্না লৈত্রিগৈংসিদা নাথৈ অমা শেংহৌরগে। শোরদি ওইরোমদা লৈরি। অত্থুবু য়েংলোমদা লৈবা ঙাইরিঙৈদা নংহৌদবা তারে। ডাক্তস্ব রাউণ্ড লাকপগী মী লোইনা মপান্দা তাম্থোক্লবা মতমস্থু কুইশিললক্লে।

মীতোপ চঙলকপত্থুদা হন্নুবী থু য়েংথোরকই, ঐ করিগী চঙলকপনো খঙনীংবা মীংয়েং অমনা ঐগী ব্রাহং ঙাইথুনা লৈরি। ঐস্থু অনাবা সবা তৌবা লাকপা শান্নমই। ঐনা হংলমই, ইমা অঙাংদি মুপীব্না নিপাব্না ?

—মিপানি ইবুঙো। নিপা হায়বগী গুনসে কনপ্রে হাবনা যাক্ষক তাক্লরবা মমাসে নাবা য়েকপক্না কাওগ্রে, য়ুমদা চৎলসি হায়হুনা তকপদা লোইরবনি।

হন্নবীত্তুনা ঐবু মরুপ মপাং ওইনা লৌত্তুনা ফিদা থারমই। ঐস্থ কনথরমই। অঙাং য়োক্লিংবা য়োকপা য়ানি হায় হায়না হায়ন্বিবসিবু কয়ম্না হুংগদগে থনকম খঙদে। অশেংবা অমা থঙ-দোক্লগে খন্দুনা হংলমই,— ইমা অঙাংসিবু ওপরেসন তৌরগা পোকপরামে ?

—উচিন নাচিন্না ওপরেসন্দি তৌহৌত্রে। অঙাং মপাসিনদি মুপী ঙাক্লা মথং মথং অহুম গুজিন্নরুবসিদা হন্দক্লিসিন্থ মুপী ওই-রক্লবদি হাংকানিবু হায়রিবনি।

থুম্নকইবা পাওথুমসিনদি অঙাং য়োকপা য়ানি হায়বা মফমত্তুদি নপ্রে। সিদবু অঙাংত্থ য়োক্কে কা হায়ক্লরবদি চেঙপাইবম কায়নবা থারকপদি শোযদবনি নপ্রগনা অঙাং হুরানবা লাক্লে হায়ত্তুনা জেল য়ৌবা অমদি শোয়দে। অত্থবু, ঐস্থ চপ হেক লেপ্পদি য়াদবনিনা হায়জিল্লি,—ইনা নিপা পোকপা হায়বসে অপাম্বা কাংবুনা পংপায় পামজবগী য়ানি কনা অমনা মচানিপা পোকমনগ্রত্তুনা লৌজব্রো হায়না মীৎেন্দা য়োকহনবস্থ য়াওথিবনি।

হন্নবীত্তুনা থুম্নকই,— অঙাং য়োকহনবা হায়ববু আ কাচিন্দা লৈরিবী মমা অসিনা হন্দক ফজগ্রবা মচানিপা অমা পোক্লিবনি, ওপরেসন তৌত্তুনগা পোকশিল্লে য়োক্লিংবা কাংবুশিংদা য়োকহনব্রনি

ছায়না হৌজিক হৌজিক হায়রিবদি অদুবু, ওসি নিনি গুরে কনাসু লাক্কে ।

সি হায়দুনা হনুবীদুনা কাচিন্দা হীপ্লিবী সুগী অমদা থুং থিল্লমই । হনুবীদুসু মখোয় য়াম্না চিন্না উই পন্থবসু কান্নদ্রে ঐনা থিরিবা মক্ষমসু খঙলে । বা ঙাঙবগীসু কান্নবা লৈরে ঐগী চঙফমসু খঙলে । হৌজিক্কা হকচাংসি খায় খায় পাখৎলি শিংলী পাবন পুম্বা তুফক তুফাই চল্লকই । অদুবু পন্থবদি কান্নদে থুরিবমথৈ কৈ । অদুনা পন্থদনা কাচিন্দা হীপ্লিবী সুগীদুগী মনাক্তা চঙশিল্লমই ।

সুগীদু মনক্তা কনাসু উদে । অদুবু, বাহংদুদি করম্বা মওংদা হংলুনি । হৌজিক্কদা নীংশিংলকই মপান্দা লৈহৌবা মতৈ মনাও-দো । মখোয় কৌশিল্লগা চঙমিন্নরবদি সুগীদুনা অঙাং তশেংনা য়োকহন্নিংলম্বা ওইরম্নবদি মরাইনা ভাব তাজনি । বাখল অদুনা মাঙওইননা থুনা খোক্কুনা মপান্দা লেপহৌরিবা মতৈ মনাওদু পুদুনা কা মনুংদুদা অমুক চঙলক্লমই, অমসুং থুনা সুগীদুগী মনাক্তা চঙদুনা লেপ্লমই । ইতৈমদি ইকাইবনা মমায়দু ঙাঙলদুনা হীপ্লিবী সুগীদুগী খুয়ারোমদা মমায় লৈখোক্কুনা লেপ্লি । তা বিশস্তরদি হুমাং কাবা উই । অৱাববু কোকপিবা হনুমান ঠাকুর থুরুম্মুবগী লাইবক্তা নম্বা সিন্দুরদু লাইবক্তা কারকপা হুমাংনা মহী ওন্দুনা চেম্বরি । ইতৈমদি চহী নিফুতরেং গুরবা কানসিদা মচানিপা অমা কংলনি হায়বগী অনৌবা বাখলদুনা ওইরমালে ইমকি অপাব-দুনা কীরুক চান্দুম্বী তোঙ্না শুকথদুনা লৈরে ।

হীপ্লিবী মুপীচু বানা চেপ্লগা ঐঙোন্দা য়েংলকই। তৌফম খঙদবা ঐসু মোমোন তমক তৌই বাফমদি হৌদোকপা ঙম্মদে। নহাননখৈ মতৈ মনাওনা ঈশ্বরদা বর নিবদা ঐনা নোঙ্কখিবদো ঙসিদি ঐসু ঈশ্বর নীংলমই, হে ঈশ্বর! ঐগী পুক্লিংগী বাখলসে মুপীসিদা খঙহনবীরো।

মুপীচুনা ইরায় লায়না হায়রকই,— অঙাং লৌবা লাকপিবরা? হোয় মায় খুমদনা তৌফম খঙদনা লৈরমই ঐখোয় লোয়নমক। মুপীচুনা নাকন্দা হীপ্লিবা অঙাংচুদা য়েংবফাওবা য়েংখোক্লনা হায়রকই,— সিদা লৈরে।

বস! সি মঙায়দনা জ্ঞান হেক তাই, অচুদি অঙাংদি শোয়দ্রেদনা মথাদি কমদোবা তাই। মমা মপা ক্ষইদে রিননি হায়চুনা লাক্লিবা অনিসিদি উযুংচু ঙাযগ্রে বাফাওবা ঙাঙদ্রে মরেন কা অমত্তা হেক থোক্লবা মীচু ঙাযবে। অশেংবা মমাতদি অঙাং লৈরে তাক্লম্মগা ফক্লাংলোমদা ওঙ্গোক্লনা হীপখিবদগী ওনবা ফাও ওস্থোকপিরক্লে। ঐগী থবক শোয়দ্রগা লোইরে অচুগা ফিনা মমায় কুপশিল্লবা অঙাংচু হাইদোক্লনা য়ে লমই। মপুং ফাবা থা অমা থোকপগুম ইগান ঙাল্লি। মচু উবদা হায়ফম থঙদনা হায়দোক্লই,— নিপানিকো?

মমায় ওস্থোক্লনা থুম্মকই মুপীচুনা,— মানি, নিপাকা খারপোৎনিদা!

হায়দোকখি,— ইস: ফক্লেনহৈ।

মমায় ওম্থোরক্তনা মুপীচুনা হায়রকই,— কোন্নিবা খুদৈ মতং অচুতংদি থম্বীরম্মু অসিবাই ফাওবা থোকপদা ইন্নরিবনি।

মী কনা য়াম্না তৌনরিবত্তু য়েংচুনা তুম্পাক তুম্পাক লেপ্তুনা লৈ অচুনদি পম্ববা ইকান কান্নদে থুরিমখৈ করে।

অঙাংচু ইতৈমগী মথুংতা হেক হান্নগা ইতৈমচু শোর ফুইনা ফুইনা হোনবা উই। অঙাংচু পুরগা মতৈ মনাওচু থুনা থোকপা হৌরম্মো হায়না ঐনা ইঙ্গিৎ তৌরমই। ঐসু পাংকুই কুইরক্লে।

থোঙ্গান্দা মতৈ মনাওচুদি নৌনা ফংজবা মচানিপাচুগা রিক্সা অমা ফারচুনা চৎননবা তৈয়ারিদা লৈরম্নে। চৎতা চৎএসমু রাইচুম শংই। শক্তাশিংদো চেন্নবা রিক্সাচুদগী কান্নু লাওরমই,— মঙ্গীদি চাক ওইনা তৌ শকো।

ঐসু য়ুম্নোমদা হন্নরুবা রিক্সা অমা থিরমই। শোরোক্কি চিদাইদা মীয়াম অমা পুন্নমই। মুপী অমনা অঙাওবীদৌনা লাওই.— ইমাগী ইবুঙো ইমানা ওম্থোক্না বানা পোক্তুনা তীন্না কাঙনা ফাওবা চীকহন্দনখৈ নংবু য়োক্লকপনিদকো ইমাবু কনা য়েংচুনা লেন্দোরিবনো।

মনাদগী সনা লৌথোক্তিবা জিনগী খোঙ্গাও জেকেৎ লীৎপা নিপামচা অমা শোরোকী চিদাইদা তাচুনা লৈরি। অচৎ অওক্না ঙাওনৈ মখোয় নহারোজ মশেন কাপ্পবা ওইরমালে। অমনা অমুক হায়,— লাইরিক লাইশুদা মকোক্তা তাচুনা লাকপা অঙাং ওইরমালেনে ঙরাংতা দিল্লিদগী কালেন ছুটি থোরকপদা ঙায়রিবনি

হায়নে। অহল ওইরবা কয়ানা অমনা অমদা হায়রৈ। অদা যুগসি নিপা পোকপা পাম্লিকো।

লিম্লিবতুনা কনাম্থ থুরৎপা উদে, লাইবক থীবী মহাক্তুদনি লাওখোংলিবা। লমজাওহু অচৎ অওক্তি লেম্বা লৈতে লাক্লি চৎখ্রি। লাওরা লম খোয়কই লাইরিংখৌ লাইরেম্বা দলাই লেংজাওদা ফুং ইক্তি শাম্বং লৈশাবী হুহু হনা কয়া চাক্লান কিরাম-রহনা। মাইক অমদা লেপ্পা লৈতবনু মিলি। নহা অমা শিহুনা তাহুনা লৈরিবা খোবোক মকুদা হেনোক্তুনা চৎবখ্রি। লাই-হৌবমথৈ অগোই শারিবা মাইবীশিংহুনা লাওই মুংভাইরে হরাওরে। লিবু খোইনা হরাওবা লৈবরা, হো লৈবনে। ময়াম্মা খুমই য়া য়া হো য়া য়া য়া হো য়া।

# য়ায়রোঙনা কনবরা
# ছবিরাইনা কনবরা

কার অমদা মনেম্বোক অমাবীহু পুহনা অপাথী ওসিদি মাইথা অমগী মনাক তামা পুরি। ডাক্তর অখণ্ড অহৈ কয়ানা গোল ব্লডরদা মুণ্ড লৈবনি লৌথোকসি হায়না হায়রবনি। অমরোমদা লমদমসিদা ওপরেসন তৌবা চিংনম্মবসু অপাবীনা মপান্দা পুবিগে ফনা হায়বদা য়াবা কৌবদা লৈত্রবনি। যুগসি মতা অমনি, ফনা চাউখৎলে লাগেংবগী বিদ্যাদা অথম্মবা হীরমদা কুপ্পা নৈনরবা ডাক্তর কয়াসু খোরক্রে মেডিকেল কলেজসু লাক্লে অহুবু, মীওইবগী থম্মবা ওম্বগী পাঙ্গলসিদি ইহেন হেন্দবগুম তৌই। অপাবীনা চংনা চংনা থল্লকই লাযনা পুম্নমক্কগী খ্বায়দগী হেনবা লায়নাদি মী থাজ-দবা হায়বা লায়নাসিদি। মেডিকেল কলেজ ফনা লৈহনসু মী থাজদবা হায়বা লায়নাসি লায়েংনবা স্পেসিয়েলিস্ট অমত্তু লাক্তে অমারোমদা লায়নাসিনা মীপুম খুদিংমক্কি হকচাং লু ভোংদা চঙহনা নৈদবা পংয়াও য়াওত্রে। মাগী মনেম্বোক্তু চুম্মা গোল ব্লডরদা মুণ্ড লৈবগী লায়নাথক্তা মাবা ওইরবদি পংবা বারয়োইদবনি অহুবু, মহুগী মথক্তা মী থাজদবা হায়বা লায়নাহুমগসু য়াওশিল্লকইবনি। মাক্তনা য়ারনি ওপারেশন তৌরগা লৌথোক্লনি। হায়রবনি। অদুমক্তা হকচাং থায়দোক্তবীদা মনা মশীংক্ল হীদাক থক্নবা মুণ্ড

কায়হনবা ওম্বা মাইবা য়াম্না লৈবনি হায়ছুনা মন্ত্রীখোংগী লৈশং মাইবা, কৈকোলগী শর্পোঙ্গাও মাইবা, হাওবৈবীগী মনিহাজী, হৈবী মখোঙগী নোইম্নোয় লোইনা শুনা চৎতুনা ফনা য়েংবদ যাদ্রে হায়বা খঙলবনি। অতুমক্তদা ওসি অমুক মাইবা অঙাং অমা কিথুমপুবা ওইনা তৌবনি হায় মন্ত্র যন্ত্রগী পাম্বৈনা য়েংবা ঙমদবা লায়না অমত্তা লৈত্রে মতুদা চৎলুসি হাযতুনা অমুক হায়বা হৌরকলে। মানা হায়রি অমুক্তোইবা ডাক্তরনা মচা লৈতে হায়বা মতৌ মনাও কয়া কয়া মচা নিপা ফংনত্রে হায়না হাযনরকপদগী চৎতবা য়াদ্রে হায়তুনা ওসি চৎলিবনি। মখা পাংনা হাইথতুন, কিলোমিটর নিফুমুক চৎলগা লৈবা সেনপংজর ভিলেজ হাযতুনা মিংথোনবা খৃস্টান চৎপা চীংমীশিংগী থুলনি হায়রি। মফম খঙদোক্লবা ওরাংনা অপাবী লাক্লযবনি মথন্তা। ওসিনা অনাবী মনেম্বোক্তুনা লাকপগী রানি।

গাড়ীতু ফনা শাংনা হাইথরক্লে। নারবা মী হায়বসিগীস্থ মশানা শোনবগী মথক্তা পুক্লিংগী অশোনবা অমম্থ অতুম মরৈরিবান। ফবু ফনি হায়রবদি অমোং অকায় ফাওবা হজোইদনা চারিবনি। ভুমিন্না লৈরম্বদগী অনাবতু বা খরা ওাঙলকই, — ইবুঙো, এখোয় ইমুং মতুংগী উব্রিক লুগুন গীব্রিবাজ, ধুপ থাংমৈ কৎনবা কম্বী কা হায়বতু পুরক্লবনা?

খুম্নিংদনা অপাবীনা খুমই,— হোয় হোয় পুযক্লে। ওম্বোকপা লায়েং হায়বতুনি, কনাগুম্বনা মাইবতুদা য়েংহন্নিংবা লৈম্নবদি অনাবতু

লৈরিবা ইমুংছুগী নিপাশিংনা শিরিবা উরিক লুগুন, লাংলিবা গীরিরাজ অমদি ধুপ কৎনবা কন্থীনচিংবা লোইনা পুরক্লুনা মাইং বছুদা কংকদবনি অমমুং মাইবছুনা মাগী লায়েং হৌড্রিভৌদা মছুগী পোৎ চৈশিংছু লোইনা ফুমজিলহল্লি হায়রবসিনি। তাবদা ওস্থোক্লা আর্থ য়াওদবা অঙাওবগী খোদৌনি। মী কনা য়াম্মহু লায়েংছুগী মতেংনা ফগ্রে ডাক্তর য়ৌনদনা ফনগ্রে কাম্ব অমুক হায়নরকই। শিংজমৈগী ওক্রম তোমালম্ব মাইবছুগী যাছু মন্ত্রগী মতেংনা গুলি অমক্তং য়োৎপদা পুকমুংদা লৈবা মুঙ কায়ছুনা অয়ুক হবা চাবা চংপা ডম্মে হায়না হায়নরকপদগীনি অপাবীগী মনেম্বোকম্ব ঙসি চৎলিবসে।

ঙরাং অপাবীনা উগ্রবনি অমুক্তোইবা লায়েংবা লাক্করিবা মীশিংসিনা হীয়াংথাং বরছু ভায়বনি। চীং মায়ছুদা অঙৌবা মচুনা লৈতেং ওইবা মকোক্তা অরংবা য়োৎনা কাচি কারোঙ শারছুনা হাপ্লবা চার্চ্চ অছু ফনা লাপ্লিভৌদগী উবা ফংই। মছুদনি লায়েংবগী থৌরম চথরিবসে। লাপ্লিভৌদগী গাড়ী থৌজিনবা থিংই। পরিং নাইনা চঙছুনা শঙ্গোয়গুম্বা অমদা অকোন অহান মিং চনকমছুদা নিপা অমনা মিংছু ইশিল্লগা ইমুং ইমুংশিংছুদগী পুনরকপা উরিক লুগুন গীরিরাজ চন্দোন লাইপোৎ ময়ামছু লৌশিল্লি, অমনা কোম অমদা ছুপ ছুপ থাথৈ। নোংমদা মী নিফু নিফুদগী হেম্না উমদে হায়ছুনা মী কয়া অমদি হলহল্লিবনি হায়। অতোপ্পা নাকন অমদনা লায়েংবা লোইরবা মীশিংনা কৎলম্বা শেল লৌশিম্বা মী

অমম্মা উপু বাক্সি অমদা ঘম ঘম লাওনা হাংদোক্লা হাপচিল্লা হাংদোক্লা হাপচিল্লা থুং শংবা কৌবদা নাইদবনি । শেলতনা উৎ বাইশুম চাইনবা মফম কুবেরগী লনগৈদু মণ্ডায়রবনি হায়নৈ ।

অতুথু, উসিদি ওরাং পুনবা মীয়ামতুসু উদে ইচিক চাকই । চীংগী নাপোমতু হাইগৎতুনা লমহাওতু য়োরফাওবদা মী অমত্তবু উবা ফংদে । লম্বী শুম্নরমালে হায়তুদা ভাইহাকসু চময়্নে ।

লম্পাক্ত, লাম্হোক্ত,না থুলগী হাইগৎফমতু হেক য়োবদা নহারোল ময়াম অমা চরাংনরতুনা করি করিনো মকোক্তা লেংবান্দা পাবোংত্তা পোং চৈ ময়াম অমা হোম্থনরকই । তৌরিবা মতৌতু করিনো অমত্তা ভাব তাদে । থুলতুসু নহারোলাশংতু নত্তবা অতোপ্পা অতৈ কনা উদে । হোম্থনরকইবতু কনানা উপু আলমিরা, থুমোক ভাইরুক, য়েন ওকমচা, টেবল চৌক্রি কনাগী শুম্বন য়াংকোক ফাওবা য়াওরে ।

অপাবী মনেম্বোক্ত,নে অপাবীনে লাক্লিবা মতৌতু লায়েংবা লাকপনি খওলমালে নহারোলশিংতুনা পোং হোম্না হোম্না লাওরমই, — হো মাইবা কারবারবালাতুদি পুলিসনা ফাগ্রবনে উম্নবিপদনা ওইরবদি জেলদা থাজিনথিজ্রিদৈদো থানাদা উম্নহোক্লবা ফাদনিয়ে ।

অপাবীনা খল মপী মচা অমা চিংতুনা লাক্লিবা নহা অমদা থামতুনা মরম হংই । নহাতুনা পুক্লকই, — তাদা মানা লায়েংবদা মী খরা শিথিবগী কেথল তৌনরক্ত,না মাইবতু থানামা ফাগ্রবনি ।

মানা মথা অমুক তারকই, — লায়েংঙিগে হায়রগনা থুনা থানাদা চংপিরো। অতুগা উরিক লুগুন, গীখিরাজ, চন্দোন লাইং পোংকা পৈশা ভোনেসন্দুগদি ওসিগী ওইনদি ননাওশিংদা শিন্নবিং য়েম্মো। ননাওখোয়না শোয়দনা কায়দনবা ফুমজিনজগে, শেলতুনা ঈশ্বরদা কৎচগে মহে ঙংবিয় অতুবু বাসতুক্তি মনাওখোয় খুজরগে।

অপাবা ইকাইরকপা অমসু য়াওরে, অতুবু মথাদি অতুম হংথরমই, — ইনাওখোয়না পোং চৈশিং পুরক্লিবসিদি কদায় দগীনো ?

নহাতুনা খুমকই, — কিথুমপুবতুগীনি । মাগী ইমুং-মমুং, লায়েংবা লাকপা মী লোইনা থানানা ফাঙরতুদা অনাবশিংদগী শুমতুনা লৌহোবা লোইশিনবিদ্রবা ইমুংগী পোং-চৈ ময়ামতু প্রজা ঐখোয়না অমুক ফংজরবনি কনাগী য়ুম ফাওবা য়ুম্ফমদা থাক্তুনা

মতৌতু পন্থবা চুমদ্রমালে হায়তুনা অপাবী গাড়ীতু মমায় লৈতুনা থোইল্লক্লে। ওসাইদগী বারী তারমক্তুদা মনেস্বোক্তুদি থানাদা ওইরবসু অমুক্তং য়েংহন্নিংই হেক হায়রি। অপাবীনা শাওনীংতুনা খুম্বদা মনেস্বোক্তুনা শিংজমৈগী ওক্রম তোমালদি করে হায়বনিদো হায়তুনা শোল্লকই।

অপাবীনা হায়রমই, — কৈ হৌজিক ওক্রম তোমাল উমরগা হংউরসি। মানা তশেংনা ফররবদি জেলদা ওইরবসু চংতুনা য়েংহনবা তারে।

পংকুই কুইদনা শিংজমৈগী ওক্রম তোমালগী মযুম মোরে। মীনা কীওৌ কৌহনা লৈ অপাবীখোঙম চঙলক্লে। কোহোংহৃদা মীয়ায় চল্লবা অনিনা ঙাওনবহু তায়। অমনা হায়, অসুক য়াম্না জ্ঞান তানরবকানসিদা ডাক্তর অকবা অসুক য়াম্না লৈরবসিদা কিথুমপুবদা লায়েংহল্লে হায়নে। মশাস্থ ফনা নহানি তাইঙো তোমালদো ফংজল্লেদনা।

অতোপ্পা নিপাহনা হংই,— শিল্লিবগী মরমবু করিনো ?

অমহনা খুমই, — পোস্ট মোর্টেমদা মার্করি পোইজনিংনি হায়রবনি, পুক্নিংদা লৈবা সুঙহু থুগাইগদৌরিবনি হায়হনা মার্করি য়োংহনবা জাংনিদনা।

নিপা অমহনা মোমোন নোক্লগা খুমই, — মাইপাহদি ফনবু হৈনে, মানা মার্করি য়োংহল্লবদি মীহু অহুম কায়জখনি; মীহুবু কায়রবদি সুঙহুস্থ অহুম য়াওল্লেদনা।

ঙাওনরিবহু তাবা অপাবীগী মনেম্বোক্তনা শোর শাংনা শাংনা হোল্লগা শোল্লকই বিষ্ণু বিষ্ণু !

# রাজনিতীগী হয়িং

অলুগল্লিদা লৈবা হয়িং অমত্তা চন্না হেন্দুনা শিরে হায়বা তাদে। হয়িংনা ফনা মচা পোকথোক্লক্কুনস্থ মীওইবনা পৈখৎলকপা ভমোৎ অকায়গী চাংস্থ অতুম ময়ামখৎলকই। অমোৎ অকায়না অস্থুক্কি মতিক ব্রাংনা পৈখৎলকইবমথৈ হয়িংস্থ মচা য়ামখৎলকই অতুবু অনিমক মীওইবগী কান্নবদি অমত্তা তৌদে মীওইবগী মরক্তুদি মরাঙ কায়না লৈজবগী রানি। মীওইবগী পুন্সিগী লম্বীদস্থ মীগী কান্নবা অমত্তা তৌদবা শূমগী শক্তম লৌতুনা মীগী পুন্সিবু চারগা নৈতুনা লৈবা ব্রানোমচাবা মীওই কয়াগী পুন্সিস্থ অলুগলিগী হয়িংগী শক্তমদা পুকচেল শেংবা ব্রাৎনরবা নমথাক অমদি ওইজওইথক্কি ব্রাথলনা নমহৎথ্রব। সমাজসিগী মরক্তা কুন্দুনা লৈরি।

মিউনিসিপাল্লিটিগী মীওইনা শোয়তুনা নোংফাদোক ব্লিচিং পাউডর নম্ৰগা ফেনাইলগুম্বা থন্না চাইথোকপদা মশা শোম্থরবা কাঙ হয়িংনা পাইবা ঙমদতুনা কুন্দুনা লৈখিবগুম পিআর লাকপদা ব্রানোমচাবগী শিনফম পায়রুবা কাংবুদি কোক্তা থুং হাপ্নরে। মন্ত্রিনা পাল্লিমৈঙদদি মন্ত্রিদা ব্রানোম্বীগে হায়রগা শেল লৌশিল্লগা শেলতুদি য়োহন্দনা থন্না ঙাইহল্লগা হোৎনবতুনা মথন্তা মায় পাকচপ্ৰগনা শেল পীহৌতুনা তৌবনি হায়নখিবা মায় পাক্লক্কবকান্দনা লৌশিল্লুবা শেলতু তঙ্খায় অমা হল্লগা থপহৌবা তঙ্খায়তুগুম্বা

কয়ানা শেম্থোক লম্বী ওইরুবা ঐজ্ঞা পোইলাগুম্বদদি কোকথক্তা বজ্রা তাবগুম্রে।

অতুভেদদি ধর্ম্মতত্ব কায়দনা হিংনরিভে মতমদদি ব্রাহ্মনগী শাপ পান্দবা লৈরমদে। অতুবু, কলিসিদদি শাপতু তৌথোক্লরগা করিগুম্বা পান্দত্তুনা তোক্লবদি কল্লকপা মমাঙদা চাং তাগনিকো থনবদগী ঐজ্ঞা পোইলানা পি আর হায়বসিদা হন্দক মপোর্কসিগী লাক্লনবা ফনা শাপ তৌনীংলবস্থু তোবা ভমদত্তুনা ময়া ক্রক ক্রক চীক্তনা খাঙত্তুনা লৈরে।

পি আর লৈত্রিভৈদা বানোম্বা চেনবদা ভাইহাক্ত কাওবা য়মগী মথাদা লৈবা ফংজদবত্তু পি আর লাকপা মতুংসিদগীদি বানোম্বগী এডভান্স লৌশিল্লবা কাংবুনা শেল থোবা লাক্কনি কিবদগী নোং-ভাগ্রিভৈদগী ময়ুমদগী থোরকপনা চংফম লাকফম খঙদনা হুই অঙাওবগুম্না লৈরকইবসি ফনা কুইরক্লবগী মতুংদা ঙসি হুম্নিসিদি ঐজ্ঞা পোইলা মীরা মীশা তাদনা লৈবা ফংজরে।

মীথন্দা খনবা এম এল এ ময়াম্না শেমজবা সরকারবু উথাই-রগা পি আর থমজিনবদা থোয়রাঙ খোয়শাওনরবা রাজনিতিগী মপান মচুম চাজরিবা শিনফমদনা বানোম্বা দলালি চাবা ওইজবা মুম্না খল্লরগদি শল য়াওদে হায়বগী বানি শন্নিংহনবগী থবকনি হায়রবস্থু করিমত্তা লাম্রবা রাজনিতিগী হয়িং খোয়াম্বী ময়াম্না ইপক্তি পকুচদনা মপাল কাংজেবুঙদা পি আর য়ানীংদবা ফোঙ-দোক্লনা চরা, হেল্লিবা ময়ামত্তুগী, মরক্তা চরা হেল্লিবনি হায়না উংলত্তুনা য়াওরিবা হুমিং হুম্নি পুরা শুরে, ঐজ্ঞা পোইলাম্মু।

সংসারসিদা হিংবা তারবদি শিনকম অমা পায়হুনা শেন্তোক লম্বী অমদি লৈবা তাই। ঐজ্তা পোইলাম্ন মীনি মান্ন পোক-শিন্নবনিনা হিংদবা য়াদ্রে। মহাক ব্রাহ্মন অমগী ইমুংদা পোক-পনি। ব্রাহ্মন অমগী শিনফম আজা-পূজা পাঠ তৌবা, লাই বালহৌবা, লুক কৎপা পূম্নমক্কা মথক্তা কনাগুম্বনা সংস্কৃততা ব্যা-করন্দা পন্দোম লোম্না হৈবা লৈপাক্কী তাঙলবা লন ওইহুনা মীপুম-খুদিংনা কোক নোল্লিবা গুরু ওইহুনা লাইগুম্না নীংনববা মিংথোল ঐজ্তা হায়বহুগী গুন ভাকপা উমজম্রবা পোইলানি। মহাক মপা মপুগী লাং লুন্দোক্তুনা মীগী বানোম্বীরগা মহুদগী চাবা দাজালি-হুনা মচা মশূ থাক্তুনা হিংলকপা কুইরে। মানা মীওইবগী কাম্লনবা মচেং অমত্তা তৌত্রবস্ত সংসারসি অহুম মচাওই মাগী হিংননবা মফমস্ত অহুম মরৈ। মচাম্নুপী অনিথক শেলদি থোকপা থবা পংতক-শুতকপা নিপা অনিদা থাজহুনা শেল লৈত্রগা থেংবা য়াবা মফম অনি অমগা লৈরে। মস্ত্রি বানোম থোংনোম্বদা খোইথাবা ওইনা মীগীদা মম্নুম পানথ্রবা মচাম্নুপী অনিহু মমা থাহুনা লোইহুরগা বানোম্বদা পুথোক পুসিন তৌবদা শাথীরবা ওফিসার কয়া কয়া প্রোক প্রোক কেনশ্রবনি। অমরোমদা মাগী মুপী অতোম্বীহু লৈজরিবৈদদি পুন্না চেনমিন খোৎমিন্নবগী চাওরবা মতেং অমস্ত ওইরম্বনি। মাম্নু অমুক মম্নুম পাম্হোকখি। অমরোমদা মচাম্নুপী অহল লোৌবা মমাক নিপাহুমস্ত থবা জ্ঞান তারক্তুনা মাগী মুপী পুহুনা বানোম্বা চৎপা য়াম্নোই হায়না অমুক নিংভাই শংদানবা অমগ্রা থোক্তুনা লৈ মাগী শিনফমদা অচৌবা চৈথেং অমা কংহুনা

ফম্বংনত্থনা লৈরিঙৈসিদা কেন্দ্রা সরকারনা অনৌবা চহীগী অনৌবা খুদোল ওইনা পি আর খুদোল তৌরকখিবনি। ঐজ্ঞা পোইলাদি কোয়লাশতা শল পুনবগা পাংখক ওইরে।

মহাত্মা গান্ধীগী ফোটো থমত্থনা চরাহেবগী খোঙজং চঙশিল্লি হায়জবগী রাতনি ময়াম পুক্তি পংহাঙ হাঙনদে। ক্লিং পার্টি ওইরম্বত্থগী প্রেসিডেন্টনা চরা কম্না হেল্লবদি অলসরঙম্বা লাক্লগনি চাকপু চাত্রবদি করিম্থ দোষ লৈতে হায়ত্থনা পুক হাঙদনবগী মথৌ অত্থম মতৌরকই। অত্থনা ঐজ্ঞা পোইলাদি চাক নত্তবদা পুক থনবম্থ য়াবা মচিম্থ ওইবা চিঞাক থরনা লেনবসিদদি হকচাং ফনবু মুংঙাই। মোমোন নোকপা মহাত্মা গান্ধীগী ফোটোত্থদা যেংই খল্লকই,— গান্ধী হিংজরমই হায়বগী রানি মাগী আত্মাত্থদি কনানো অমদা চঙত্থনা পোকপ্রবনি আত্মাত্থ চঙলিবা মীনা কলিসিদা গান্ধীগী আত্মাত্থনি খঙজপোং নত্তে অত্থনা করিম্থ দোষ লৈতে হিংবা ঙম্নবনি। চরা হেল্লিবসিম্থ শিননবা হেম্বা নত্তে, হিংবা মুংঙাইনবনি। ঐজ্ঞা পোইলাগী ওইনদি সনাহনবীগী লুদবা শেম্থোদগী মশাবু কঞ্জনবা চরা হেনক্কমসিদা তিল্লরিবনি।

পি ডবলইয়ু ডিগী মাস্টর রোল থরা হাপ্পনবা এডভান্স লৌরুবা কাংবুশিংত্থদি য়াম্না জেন্টলমেন ওইনা তৌই থুনা সরকার শেম্নি হায়ত্থনা থরবু থেম্নবা য়াম্নি। অত্থবু, সবষ্টিট্যুট ওবা অমগী ফমদা হাপনবনি হায়না শোয়দনা য়ারনি হায়না ইঙ্গিং ফংনবগী লৌশিল্লুবা সনাহনবীগী লুপা লিশিং তরাত্থদি থৌবগী মীকুপ

কাংন্নে। ডেপুটি পায়রম্বা হৈস্নাম খোমদোন তাইনবা ছম্বা মাগী মুপী অতোম্বী অনুরাধানা শোয়দ্রে হায়না হায়রবগী লৌশিল্লুবা শেলাম। ভন্থায় অমনা মান্না ভন্থায় অমনা ঐজ্ঞা পোইলানা পাক্কনখিবদগী পৈশাদুদি হুজম তৌত্তুনা লোইগ্রবনি।

অদুগুমদদি অনুরাধানবু হায়গ্রবদি লোইরে। ডেপুটি পায়রম্বা খোমদোন্না অতোম্বী ওইনা লৌখিবা কুইদ্রিবনি, অনুরাধা বামোন মুপীনি ঐজ্ঞা পোইলাম্নীদি মশু থোকই। খোমদোন্না মম্ত্রি বাশক লৌবা মুমিংতা লাওথোকগ্রবনি মাগী মুপী অনুরাধাদি মাগী মুপী ওইবগী মথক্তা সরকার চলাইরদা মশামক্তা চপ মান্নানা থোদাং লৌমিন্নরিবা মপাং অমনি।

চরা হেন্না হেন্না ঐজ্ঞা পোইলানা খল্লিবনি জেলদা চত্তখিবা। চরা হেনবগী জেলদা চত্তবা হায়বসিদি পংন্চাপস্থ চোপ্তে চরা অনিদু শোযররোই। মাগী ইম্মুংদা চাবিবসিদি জেলনা হেন্না ফৈগুর্ত লৈবা জাৎনি। অদুগুদা জেল চত্তবা য়াবা কয়া কয়াদি লাকথোকগ্রবনি। মাগী খুৎচাবী ওইবম্বা ঘনশ্যামগী হৌখিবা ইলেক্সন কেম্পেন্দা নহারোল ময়ামগী ভোট ফংনবগীদমক্তা অঙৌবা মকুত্তু দাকদাক হুক্ক মামস্নোম ময়োম ফংহনবদা হুকখেলনা ফাখিবদো মীচং শাক খল্লা লৈহৌরুলী হাজাৎ য়োক্কৌদরনি।

গাড়ী অচৌবা অহুমথক থাক্কনই। পুলিশকি গাড়ীনি। ঐজ্ঞা পোইলাদি বাইহেক শংলাকই চরা অনিদি লোয়্দ্রেদনা। মনাহু খামু থোক্তা খাদারবা থোকনরোই। জেলদা মতম

শাংনা লৈথহ্না হকচাং খরহুম থাকপা ফংলনি ধনবদা শোরহুম খয়া হোন্দোক্লমই। শেল থৌবসু কনাসু লাক্লরোই।

চরা হেল্লিনি হায়হনা তৌরিবা পকচদবা পুকচাওবা ময়ামছু লোইনমক পুলিসশিংহ্না গাড়ীদা হোইগৎলমই। গাড়ীছু মমাঙ মনীং থোঙ থিংজিল্লগা থৌবা হৌরমই জেলদা পুবা ওইবা তাই। ময়াম পুম্নমক তৌফম খঙদনা তুমিন তুমিন্না ঙাইনৈ। ঐজ্ঞা পোইলাদি মুংঙাইনা উইথহ্না চৎলমই। গাড়ী খাম্নমই। ঐজ্ঞা পোইলা তুম্ববদগী মীকপ থোক্লে। গাড়ীছুদগী ময়াম পুম্নমকপু হোইথরমই। মফমহুদি জেল নত্তে অচীকপা চীংথোঙ অমনি ঈমম মশ্মে। গাড়ীছু ময়ামছু হুন্দোক্লমগা থৌখিরমই।

চরা হেল্লুরিনি হায়না তৌরিবসিস্থ ময়ামগী লীডব অমা য়াওনা তৌখিবস্থ নত্তে। মছুমকপু ওইরম্নবদি অওোপ্পা গাড়ী খরনা পুলিস গাড়ী মতুং ইল্লক্ত্না পুলিসনা হেক থাদোক্লম্বগা গাড়ীহ্না অমুক পুরক্লমগদবনি। ৱানোমশেন্না মচা মশু থাক্লকপা ঙাক্তনিনা অমনা অমগীদমক্তা কথোকপা হায়বা ৱাফম অমত্তা লৈতে। ময়াম খুল তানবা পংচৎতা চৎনৈ।

চৎনা চৎনা গাড়ীগী মৈঙাল খরা উরক্লে। ইকুই কুইদনা গাড়ীশিংহু ময়ামগী মনাক য়ৌশিল্লক্লে। অতৈ কনা নৎলমদ্রে, মচা মশুশিংনা লীংজবা মীওই য়াওরিবশিংহ্না থানাবা কাখিহ্না পুখিবহ্দা থোঙ্গুল লীরকপা ওইরক্লে। গাড়ী শিংহুনা মাজা মান্না পুগদবা ময়ামছু মনীংদা নপহন্দুনা খরনা গাড়ী অমদা অহুম

তোং শিন্দুনা চৎনখ্রে ঐজ্জা পোইলা মথন্তা হুন্দোকপিরম্লে। মফমদু কৈথেলমানবীনি হায়বফাওবদি খঙহৌরে। কদোমগী কৈথেল-মানবীনো হায়বদু হংহৌদে অদাং কৈথেলমানবীরা নোংচুপ কৈথেলমানবীরা। অমা খঙদে অমা খঙদে খুল তাঙ্ক্রিফাওবদি চঙশিনবা তাবনি।

রারক উরক্তা মুশি মুশি মৈঙাল উরক্লে হূই খোংবা তারক্লে চৎনা চৎনা খুঙ্জিন য়েৌশিল্লক্লে। ঐজ্জা পোইলাদি খোঙথাং খুদিং স্বায স্বায় পাখৎলি হুমাং অনপ্পী কাংবা হৌরমই মীৎ তন্দন পাই-রমই চীন লৈকা পুমকং কংশিনখিরমই। ঙসাই অয়ুক চরা হেনফমদা মীয়াম তিনখৎনদ্রিদৈঙদা কবোকমুরী খরগা চাঙাং গ্লাস অমগা থকপদু নত্তনা প্লক্তা বস্তু অমত্তা তাক্রি।

লেপ্পুনা স্কুম চঙশিল্লকপদা খুঙ্জিনগী ইমুং অমগী শুমাঙদা মৈঙান থাল্লহুনা মীয়াম অমা তিল্লি। ঐজ্জা পোইলা চঙশিন্দুনা য়েংবদা খঙলে লমদমদুদা লৈবা বদ্রি বহাতুর কৌবা হায়া কারম্বা এম এস এ অমদা খুল খায়নদুনা লুপা লিশিং হুফ্ বোয়না থাদুনা লমদমসিগী প্রাইভেট স্কুল অমা সরকারনা লৌশিন্নবা হোৎনবিনি হায়দুনা শেল লৌশিনগ্রগা সরকারদু কায়খ্রে পৈশাদু হন্দোক্লে। খুল পুম্বা লেপ্পরে বদ্রি বাহাদুরবু লাকদৌন্নিবা ইলেক্সন্দা থাগৎ-তবা। অশীন অরাঙ ওইরিবীদু নেপালি মুপী শাস্ত্রী গুরুং কৌবী অমনি য়াম্না মীচঙ মীথোক মুংঙাইবীনি।

'ঐজ্ঞাগী হৈমবীহু চপ-চানা অমুক থোক্লরে। ঐজ্ঞাগী চহী মতম লুহিনা য়োকথংচরকপা রাজোনচাকপী শিনফম পি আরগী চৈনাদা শোম্বহল্লবহু প্রাইভেট স্কুলহু সরকারগী ওইহনবা রানোম্বীগে হায়রহনা চোংশিল্লমই। চাদ থজবনা পাওথকরবা শিংলী পাবন পুম্বা মীৎশিং নাশিংলক্লমই। ঐজ্ঞা পোইলানা হাক্সজিল্লমই পি আরগী মতমসিদদি এডভাইজরদা রাহৈ অমত্তুং হায়রুন্দা শেলকা মনা অমত্তা তিংদনা খুদক্তা স্কুলহু লৌশিলহনবা য়ানি হায়বদগী ময়ামম্তু অনৌবা পোথী অমা তাকপা ভম্বা ঐজ্ঞা পোইলাবু ভি আই পি ওইনা লৌখরে। শাস্ত্রী হায়রিবী মুপী অতুনা য়াম্না হৈায়া ফনা হয়েংগী মুমিংতা লুপা লিশিং তরা ঐজ্ঞাগী খুংতা স্কুলহু লৌশিলহন্নবা চেনখানবা পীগে হায়না লাওখোক্লে। ময়ামম্তু হরাওনরে। ময়াম্না চানমবা লাওজমইবা ভাজ্রাহু ঐজ্ঞামা মকোক ক্ষমথরে। হাও, ময়াং কনাগী জাৎ শুনা তিল্লি। ধর্ম্ম অমত্তদা মীচঙ মীথায় নাইজদবদা নত্তনা মশাগী ধর্ম্ম ফাওবা কাওথোক-চরবা ঐজ্ঞাদি করি ইঙ্গাংনো কা হংলুবগী মথৌ তাদ্রে। মীনা চারিবা চিঞ্জাক ভাক্তনি কন্তক কন্তক মতুম মতুম ফনহুম হাওরুরে। চাক কৌবদা তাযক্তবা হুমিং হুম্নি শুরকপসিদা ভসি চাবা চাকসিদি পুন্সিগী অমুক্তা চাখিদ্রিবগুমই।

অহিংহু ঐজ্ঞাগী লৈকম শাস্ত্রী হায়বীহুগী মঘুমদা শেম্লে। ময়লৈবী মুপ্রীনি মশাদি নৌনা লুপ্রা ওইহোরবীনি। ঐজ্ঞাবু মাগীদা মতমচুপ্পগী ওইনা লৈবিম্নো। থুজংহুদা ঐজ্ঞা পোইলাগুম্বা মী অমগী মথৌ তাই হায়ম্নি।

হয়েং নোংঙানবগা শেনখোক্লনবা লম্বী অমস্থ লৈরে ঐজ্ঞাদি ছম্নিংবগী ব্রা লৈত্রে। ব্রারুবা পূম্বা কাওত্রে য়ুমস্থ য়ুমগী খোকপা মরাইনা হিংজরম্মি কোয়বরা লাকপরা।

শনম মিনম তাত্রবা চীংলকসিদা কনামত্তা লাক্লরোই। খুয়া তুশিংনা অনৌবা পুন্সি অমা হৌদোকপা য়ারে। ব্রাখলগী দলান অমা শাগৎলমই অনৌবা পুন্সি অমা মতুদা শান্তী লুত্রাশিংদা চল্লবী শান্তীগা মাগা অনৌবা য়ুম অমদা, অনৌবা অয়ুক, অনৌবা আশা, অনৌবা মঙাল, অনৌবা য়ুম্বাল অমা মতুদা চীংমায়দা ব্রানা থবক শুরুরগা হল্লকপদা শান্তীনা নেপালি লোকগীত শক্তুনা ওক্লম্বা আঃ কয়াদা মুংঙাইরবা পুন্সি। অতুবু পংলাপ লাপ্পা লমদম নত্তে মানা লৈগদৌরিবসে নোংমা সনাহনবীনা তারক্তুনা শেল খোবা লাক্লবদি কমদৌবা পুম্নমক খওনরক্কনি নীম চফুদা তাক্লরবা লমহুইনা কুইনা লোৎপা য়াদবগুম।

য়ারে খোক্লবা লাক্লনি পুন্সিদা ঐজ্ঞা পোইলানা শান্তী ওইনা হিংবা পামখিবনি, ফংখিদে অতুবু শান্তী ফংত্রবস্থ শান্তী কৌবী মুপী অমদি ফংদৌরিমালে।

# মতম্নগী শরোয় ওারোয়

অথেংবা অহিংনি !

কালেনগী ওলাওবা মতমস্থ ওই । কাও চীকপনা মরম ওইহ্নুনা মপান্দা কম্বস্থ য়াদে । কাওখল মন্নুংদা চওলবস্থ শাবনা খাওক্ষম খওদে । মী অয়াম্বদি তুম্নপ্রবা মতম্নি অহুবু তুমদবা কনা য়াম্না য়াওরি মরমদি অরাপ্পা অনকপদা সহরদাদি তাখিদ্রবা মিশাপগী শমচেৎ থেংরগী কোক কাক কোক কাক লাওবা মখোল অচৌকপহু থুগাইহ্নুনা তারি । সহরদা ওইরগনা ইলেক্ট্রিক থানবগী ইঞ্জিন মখোল ওংবা, থোংশাবগী য়োৎ থাদবগী শ্রেং শ্রেং লাওবা মখোল, ব্রাফক-শাফমদা বা থাদবগী থ্রাং থ্রাং লাওবা মখোল কয়া ময়ামস্থ তায় । আইংঙু থামম্বা, শুকপা চীকপা অহিংনি । অরাপ্পা লাইবুং অমদা লাইরোই মুমিংকী হরাও কুম্মৈ চৎথবগী মাইকি মখোল তারি ।

তাঞ্জাহুদা পংলাপ লাপ্তনা মোইবুং অমা থোংকহ্নুনা কনানো খরনা কনাগুম্বা মিং অমা কৌবা তায় । লাক্লিবহু খরা নকশিল্লক-পগুম তৌই মীনিনস্থ তায় মী খরা য়ামমালে ।

মোইবুংগী মখোল অহুনা থুক লাওবা অমা পোকহল্লি অকি তুজুংবা কাওই । মুংশিবা ঈশৈ অমনা মী অমগী পুক্লিংদা কাও-হল্লিবা অহুগী হেক ওম্নতৈনবহুনি ।

অমুক্তসু খোঙ্গংলকই মোইবুং কনাগুম্বা অতোবা খরদি ফীরুক খুমজিন্নে । অথেঙবদা মোইবুং খোংবদি লাই ফত্তবা তাল্লিবনি, হেলোয় তরেং, অপুম্বা শোরেন, লাইঙো লাইমু কদায়দগী খোং-বানলাই তিনখাক । লাইবুঙদগীসু লাওথোরকই, "লাইনীংথৌ লাইরেমনাই শা ইমা মাইবীশিংনা শরোয় ঙারোয়শিং লোইশিন্নবা শরোয় খাঙবা থোরক্লিবতু ওক্কদনবা চেকশিনবিয়ু । মীপুম খুদিং-মক লাইবুংদগী হেন্দোকপিগনু । করিগুম্বা ওক্করুতুনা শরোই ঙারোয়শিংনা চেনথিবা থোক্লবদি মতুগী দাইতো পুবা ঙমজরোই নুরম্মাই তাজনি" ।

মাইক্কা লাওরক্লিবা লুজদবা মতৌতুমক্কে সোমদনা লৈকাই-দনা মোইবুং খোঙ্গংলকপনে মিতুন চেঙ্গুম চেঙ্গানরবা মতৌ অমা ওইরে । লাক্লিবশিংতুনা কোস্থোং কোস্থোংদা চঙ চঙতুনা লাওরক্লি "হনুবী অমা নাচম্মা চেনখ্রে" য়ুম য়ুমদগী মী থোক্লপিরকম্নু য়ুমগী অকোয়বদা ধুপ থাংমৈ থাদোকপিয়ু, কোম্নু লাইরেম্বী হরাওবগী লাইরোল্ক নুমিৎ ওইরি শরোয় ঙারোয় ময়াম লোইশিনবিদতুনা লৈরক খুল্লক্কা মথি ফোংবা নুমিৎসু ওই ময়াম পুম্নমক থোরকম্নু ।

লাওরিবা মতৌতুদদি কদায়দগী মী থোক্লরকদগে । মখোয়-মীসিংদি মী থোরক্তনবা লাওবা ওইবা তাই । সহরগী অঙানবা থাউমৈনা হেক খমথিবা মক্কম ওইনসু তৌই । কনাম্বু তুয়ুন্দগী হোৎনবতুনা থোঙ হাংতুনা থোক্লিংগদবা মতৌ নত্রে । য়ুমগী মীপোং অশিং ওরব্রা হায়তুনা হংনরগা মীশিংবু তুনববদি পোম্ম

হোন্দোক্লভুনা অহল অহলশিংনা তুম্মো তুম্মো হায়ভুনা পুক্লিং লৈতা-নরবা মতৌনি ।

তুম্বা য়াত্রবা ঐস্ন ঙসাইমখৈ ঙাঙনরিবা শানরিবা ময়ামভু ত্তারি । তুমথনখিবা মতম অমা ওইভুনা ইমুংসিদা তুম্বিবা মীওই-শিংদি তুম্বা ইকায় কায়নত্রি । তপ্পা হৌগৎভুনা থোঙ হাংই । অভুডৈ লমতা থাংজা মুমিংতা হেঞ্জ্নহাবু শরোয় ঙারোয়শিংনা নৈহৎতুনা হাৎখিবা ৱাকমভু নিংশিংলকই । থোকখিবরাম্ন খঙদে অভুবু ইশোয় শোয়দবদি ফক্লাংদা থেৎলিবা লিচৈ কাঙহূভু লো-থরে । থোঙভু মপাল্লোমদগী তপ্পা ঙাশিল্লে শূমাঙ লান্দুনা ৱাগী কোন্থোংজৈ শৎতুনা লৈরক মতোন য়ৌথ্রবা হাপলালটেন পায়বা মোইবুং থোংবা মীয়ামভুগী মতুং ইল্লমই ।

থোংবান নাকয়েৎতা শ্রোৎ শ্রোৎ লাওবা মথোল থোরকপভুদা কোকচাওবী কাবা অমা ফাওই শরোয় ঙারোয় কা হায়বভু লৈরম-ভুনা কা থোরক্লত্রা হায়না পুক্লিংসি নিনকোক নিনকোক তৌই তুংলোমদগী লামভুনা তাপকা পায়রক্লদবা মাল্লি । মাঙলোমগী কাংবুভু মী তারামুক্তনি থংনবা লৈকাইদা লৈবা মীওই ঙাক্তনি । লমজাও শোরোক য়ৌরক্ত্না অৱাং পাংনা খরা হাইগৎলগা খুটি পোস্ট মথোঙ অভুবাই য়োবদদি হাপলালটেম অভু মুথৎল্লে মোইবুং খোংবা তোকল্লে । মথোয় করিনো জুরু জুরু তৌহুনা ৱা ঙাঙনরি । মাঙত্রিবা হন্নুবীভুদি হুংদাংৱাইরম শাওনহুনা থোকখি হংলুবদা কৈথেল থোক্লনি হায়না চৎখি হায় অৱাং

লৈকাইগী অবোক মৈস্নাম ওংবী হায়না কৌবীহুনি। অহুদগী অহুম হঞ্জিল্লক্কবা ওইরমালে।

ঐমক্তি অবোক মৈস্নাম ওংবীহু থিবদা য়াওগে হায়হুনা লাকপনি। অহুবু তৌরিবা মতৌহুদা য়ুমদা হঞ্জিনবদা তারে। অহুবু, মখোয় ময়াম্না খুটি পোস্ট মখোঙহুদা তৌরিবহুদি করিনো। নিংশিংলক্লে ঙসাই খুটি পোস্ট অহু মৈ চৎলমহুনা শল অমা ভারু-হুনা চিংহুনা শিহুনা তাহুনা মবুক কংখৎতুনা লৈহৌবনি। মপুহুনা তোর্ব্বান ফাওবদা পুথহুনা ফুমজিনবিরমালে। শলহু শিহুনা তাহুনা লৈবহুদা মখোয় তরামুক্ত, ঙক্তুনা য়েংলিমালে। অমম্ব-হুদা মখোয়না শল অশিবহু তুরেনলোমদা চিংথবা উই। মখোয়-গীহু ফুমজিনবিরগে হায়না খল্লমালে। হোয় লৈপাকমচা তাবা মী হায়বহুদি অহুনি। হয়েং নোং ভাল্লবদি শোয়দনা পুম্ননি।

অবোক মৈস্নাম ওংবী থিবা য়াওবা ফংদ্রে। য়ুমদা হঞ্জিল্লকপা তারে। তপ্না তপ্না চঙলক্তুনা লৈরক মতোন অমুক য়ৌরে। য়ম্নবা লৈরক মঙ্গুংহু চঙগদবা ফাওবা হঙ্গোই। চুম্না য়েংশিনখি-বদা অমম্বা মরক্তুদা শম্বলৈ, নাতোনচাবী, হৈক্রেং, হৈবোং পাম্বী ময়ামহুগী মশা মরেংতুনা অমম্বা মরক্তুদা মুংশিংনা য়েম্বদা। লেঙ লেঙ চৎপহুগা মম্নক্তি অমম্বহুগা লৈমায়গী অকেনবা উনানা য়াক্না লাওবহুগা কৌজেংনা জি জি খোংবহুগা ওন্দম্না পীং পীং ভানবহুগা পুম্না থঞ্জিল্লুররদি লয়োম্ন ভাম্নোয়শিংনা খোংজি শিহুম্না লোমাংলেমি

ঙাগোই শাবহুম মান্নি। লৈরক মসুংহৃদা নোংয়ায় মতুংহুন্দা কাওহুনা য়ুমদা চঙলকদবা হঙ্গোইরমই।

ঙাইহাক খঙ্গানবরা মতুংদা বাখল অমা লাকই — য়ুমদা হঞ্জিনগদবসু হঙ্গোইরে নোংসু পুং মরিগী মমাঙদা ঙাল্লি অহুনদি পুং অনিমথায়মুক্তা ঙায়রে নোং ঙানগদবসু। অহু ওইরবদি তোর্ব্বান্দা ময়াম্না শল অশিবা অমা ফুমগদবগী তৌহৌরিবহু য়াও-রুবনবু করনি। লৈকাইগী থবক হায়বসি পংয়াও য়াওবসু ঙমদে। চঙশিন্দুনা তুম্‌বসু করক তারে।

বাফমহু খল্লহুনা অমুক তোর্ব্বানলোমদা থোরক্লে। পীক্লবা লালটেন অমগী মৈঙান উই অহুগা মী তরামুক্তুনা অশিবা শলহুদা কোম্লনা ফমহুনা লুকথহুনা করিনো অমা তৌরি। ওইবায়াবা বাফমদি কোম তৌবা লোইরহুনা ময়াম লৈবাক খোংচিনবা ওইরম্বা য়াই। অহুদি মাসু চঙশিন্দুনা লৈবাক খোংচিনবদা ওইরবসু য়াওশিনবা চুমজ্রা।

ফুরেন খোঙহুংদা কুমথরমই।

থরা নকশিল্লগদি ওন্থোকপা ফিভম অমা ওইরগে! মখোয় ময়াম্বহু অশিবা শলহু লেনথায়হুনা শেম্বা ওইরগে। ইস:! শিখিং বা পুং ত্রিপালমুক গুরুবা, মহুসু ইলেক্ত্রিক্রা চিংহুনা শিখিবনি। মানা মাবা ঙমজবা ককপা ঙম্বা শদোংহু কক কক্তুনা খাও অম-সবদা হাপচিমে। ওন্থোক্না থুংলৈ থুক্না তৌই। ঐ লাকপহু ঔইনবদা কৈ খন্দুনা হাবুং অমগী মকমদা লুকথহুনা লৈ।

বোরাখাও অমমম থল্লবা কাংবুশিং হৌগংনব্রে। প্রপ প্রপ চৎপা হৌনব্রে। অমনবু হৌদোরকই, শা পুম্বদগী হাওবসিদি মীনা ইহেন হেল্লমগনি।

অমনা খুম্নকই,— মচুদি মশান্না তাবনিনা অহাওবতা চাহনা খাক্লবা হুকচাংনি অমুক্তুংচুম য়েংখোক্কদবনি।

অমনা হায়রকই,— কদায়দগী য়েংদৌরিবা?

অমনা অমুক খুম্নকই,— ঙসি থিরিবা হন্নুবীসি ফংলবদি অহুম য়ারবা নদো?

অমনা হায়রকই,— অচুদি ঐংখোয় লোয়না অহুম চঙঙেদো।

অমনা অমুক খুম্নকই,— চঙঙোইবে, ঙসি লাইরোই হুমংকি শরোয় ভারোয় ময়াম্না হাৎপনি মরাইনা হায়জনি।

ঙসাইমথৈ থরা কনবা কাংবুনা অতোঙবমথৈ ফকপা লোইপ্রবা মতোং য়ামদ্রবা মরুনা নম্নবা অরেম্বশিংচুদগী থরা শোন্দম নাদত্ত শিংচুনা অরেম অপাহু মনবা লাক্লরি। মমবা লোইরবা মতুংদা মরু মরাংশিংচুনা তুরেন্দা থাদখিরমই। তাঞ্জাচুদা কদোমদগীনো চুই অমা চঙলক্তুনা হেক খোংলবদা মডায়রি অমনা হেক্তা কাং-ত্রেন লংই। মফম চানা পাল্লবদি শোয়দনা অহুম শিরবনি অচুবু, থরা শোয়খিবদগী চুইচু কন্না অমুক্তুং চৈনা খাওনা খোংলম্নগা চেন-থিরমই। অমনা নাম্বোকহনগম্ব হায়না লাওরগা লৈরম্বা ময়াম পুম্বা মখোয় মখোয়না পায়রম্বা চৈতুপতুনা চুইচুগী মতুংদা তান-খিরমই। তোর্বান্দা ইথম্তা লৈহৌরে।

ঙাইহাক্কি মমাঙগী দৃশ্যতু মুন্না য়েংলূরবদি অফ্রিকাগী জঙ্গল ময়ুংদকা থোকপদা পকচগদবা মওংনি। অকনবা শা কৈশালগুম্বনা অতোওবামথৈ চাবা লোইশ্রগা হুন্দোক্লম্বা মরু ময়াঙতু লমহূই কাক লঙজাগুম্বনা অমুক তূপ্লতু মঙায়।

ফনতুম ঙকই, থায়নদি শল অশিবা মনাক্তা নকপদি প্রাইশ্চিত ফংই হায়নৈ। অতুবু, মখোয়গীসিদি প্রাইশ্চিত ফংবা নত্তে প্রাইজ ফংবনি, মত্তোন্নি।

পুংমুক হৌখ্রে।

লাইরোই সুমিংকি লাই হরাওবতু অতুম চংথরি। তুরেন খোঙমুংদগী কারক্তুনা লমজাওদা লেপ্লমই। য়ুমদা চঙগদরা কৈদৌবা তাই থক্লিঙৈদা লম্বেলদা কনানো অমনা সাইকল থোরক-পগুম তৌই। ঐসু য়েংহুনা লৈরমই। গাড়ীহু তপ্না তপ্না নকশিল্লক্রমই অতুগা ঐগী ইনাক হেক য়োবগা চপ লেপ্লমই।

গাড়ীদগী কুমথরক্লগা নিপাহুনা হায়রকই,— হো ইচিন ইনাও কনানো য়ুমদা চঙবিরো! ঐ শিরুবদগী হল্লক্রবনি। মিহুলসি অ য়োল্লে! চুম্লাং কৈথেলদা কৈথেল লাইরেম্বী থোকহৌই! মশম মনা ইফা ফান্না কপহৌই। মতুদগী চেল্লকপদা লাইরোই হুমিংক্লি শরোয় ঙারোয় ময়ামসু বোরাথাও অমমম য়াল্লহুনা থেংন-রমই। ঐ শিবদগী হল্লক্লবনি।

ঐ জ্ঞান তারে য়ানা থেংনরকইবা শরোয় ঙারোয় শিংহুদি ঙাইহাক্কি মমাঙদা শল অশিবা মনাক লেপ্লগা প্রাইজ ফংখিবা সমাজসেবী ময়ামহুনি।

অছুবু, চুম্নাং কৈথেলদা লাইরেম্মা কপহৌই হায়রিবসিনা কমদৌবা ঙাংনে। থুনা চেল্লগা য়েংহৌবা ফে। রাখলদুনা মাঙওইননা থুনা য়াঙনা চুম্নাং কৈথেল তগ্না লাক্লমই। থুনগী সাবন মপান্দা শঙ পরেং অমত্তুনা শাব। থুনগী কৈথেলনি মফমসিদগী মাইল মখায়মুক্তং লাপ্পনি।

চাওরবা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা কৈথেল শঙদু ইচিক চীক্লা লৈ। অকোয়বদু ইহাঙ হাঙই লবুক লম্মাংনা থন্না লৈ।

খরগা নকশিল্লগদি উরে তশেংনা অমম্বা মরক্তুদা কৈথেল শঙদুদা মখোঙ শং তিংখোক্তুনা মশম ফাদোক্লবী মুপী অমা মচীন্দা ম্রুম ম্রুম ঙাঙলদুনা লৈ শুং শুং অমুকস্থ কপই। থাংমৈ অমত্তা পায়রক্লেদো অদুবু, অশেংবদুদি থঙদোকখিবা ফে।

নোংঙানগদৌরে। য়াহৌ খরা ঙনবা উচেক খরদি ছুই খোংবা তারে। ঐনা পম্বদনা নকশিল্লমই কৈথেল লাইরেম্মদুগী মনাক্লা। ইথম্তা থাজদবম্ব ফাওই মুপীদুনা শোল্লকই,— ইচা পোকপগী করি কাম্নগদগে মখোয়বু ক্ষৌ শঙবায় অমনা ঙাখা তুঙ্গোন অমনা চাওরকপরা মখোয়বু চাওনবা য়োক্লগা চাক চরা অমফাওবা পিজনাংদবা হঞ্জিল্লোই য়ুমদকা মুকহন হঞ্জিল্লোই।

ঐনা খরগা চঙশিন্দুনা য়েংলুরগদি খঙলে কৈথেল লাইরেম্মদু অতৈ কনাম্ব নংলমদ্রে ইমুংদগী শাওনদুনা খোকখি হায়বা মখা লৈকাইগী অবোক মৈস্নাম ওংবীদুনি।

# অমম্বা লৈকুংদগী মঙাল

মুনিং হেক লৈথখিবতা ভায়রি কেথেল দুকান খোঙ লোম্‌-
রে। ময়াম পুম্নমক ওয়া হ'জন্নবগী হৈনবী অমা মতম্‌সনা পুরকই।
গাড়ী চৎপা হত্তরক্লে। খরা থেঙথমা লৈথহৌবা কয়াদি ময়ুম
মাইগে তম্না খোঙথাং অযুবাদা হন্নরকই। অরাপ্পা থুঙংগী লমদম
য়োগদবা গাড়ী মখৈস্থু ওয়া থানখ্রে অমোইবা গাড়ীচুদা চংকদবা
পুম্নমক্কু তোংগদবগী খোইরেন মশা পাঙ্গিরি। চৎপা নংহৌদবা
কাংবুনা কনাদা অহিংচু পনগদগে হায়না খঞ্জানবা মতম। মখিবনা
খোঙ লোম্নখিতুনা মীপুম খুদিংমক উচি মথুন্দা চঙনরবা মতমসিদা
লম্বী সোরোক্তা থানবা হেলোক্লেন লেম্পশিংস্থু য়োংলী মখোঙ
মঙা তরা থল্লগা অমমম ভাল্লিবহুস্থু তীন কাঙ অশিবা ভাক্তনা
থঙ্গিন্দুনা মথাদা মঙাল পংয়ো য়োত্রবা মতম। মচাকা হুঙ্গিল্লক্লে
হায়বদগী হুংলা খৌজহনা কভাওনবা মমা মপা কয়ানা ভাইরম্বদগী
রেডিও অমদি টিভি দা মীশি মীনাগী পাও লাকপরা হায়না লাং-
তক্কনা ভাইনবা মতম। মপ্যানা ফুরিবরনি থনবদগী মওমা থবক
থাখিবনি খোঙোল্লগা লাকনি হায়জিন্নরবা মতম।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অমদা তেম্বগী মমুন্দা কনানো মী অহিথক্লা
খোঙ খোল্লকই!

তেম্বা ফুরিং তুবা মীনি॥ বাজারগী হায়েনবগা শোক্কনবগী
রসিদ কক্কনা পীনবী অতুমন য়াম্না লোবগী চৎনবী। মীনা হীয়াং

থাং করগুম্না ঙুং ঙুং নিনবা মফমদা লৈবা খুরক হাঙদ্রবা ফুরিং তুফ গী থুগসিদ তেগদি ময়ুমগী মাঙ্গোন্দ মচি অমদা মাবু খংবিবা লৈকাইগী মী মচা তরানা তুবা লাকপা কাংখল, সেকেণ্ড হেণ্ড থোঙ্গাও মথক মখা ওনবা, অঙাং শেংননবা অন্দরব্রায়ারনচিংবা তুবগী থবক তৌজরকপা পাখং অরিবা অমনি। হুন্দক্তি কন্না হোংনজহুনা সিফাইশিংগী থোঙ্গাও ফুরিং তুবগী থবক অচৌবা অমা ফ জংহন। থবক থৱা কাবুদগী পোথাহুনা মুংদাংগী চাক চম্পু থাঙ্গংপদা মঙায়রি থোঙ থীল্লকপহু তায়। মাগী থবক শূরগা চাবা মীনি তরাদ অহুনা, করিমত্তা হঙ্গোইবা লৈতনা থোঙ হাংদোক-লমই।

নিপা অনিহুবু উবদা তেম্বনা মুন্না য়েংলুরগা হায়রকই, — হৈ বিহারিনিনা!

নিপা অনিহুদগী অমনা খুম্নকই, - অহিংসি গাড়ী ফংবগী অশা উত্রে অহুদা নওগী ননাক্তা অহিংসি লেনগ্রগে হায়হুনা চঙক্রবনি।

কাচিন্দা লৈবা ফান অশাংবী অমদা নিপা অনিহুবু ফমহল্লগা তেম্বা পাথরক্লিবা চফু অহু মৈথক্তগী শোম্বরগা য়াইশিল্লি অহুদগী হংলকই, - চাক চারমখিরোই, নত্রা ?

বিহারিনা খুম্নকই, — মুংদাংগী চাক চারগা থোরক্রবনি, ঐগা লোয়নরক্লিবা মরুপসিম্বু ঙসি ঐগা থোকমিন্নরকপনি।

তেম্বা ভাব তারে মাগী মরুপ বিহারি নহানমথৈ জেলদা লৈবনি। ওহোকপা মরমগী লৈরুবনি। অতৈগী নত্তে, মীগী মুপী

ঙাক্তনরুবগীনি। তেম্বনা ভাবনা শাজিল্লি অদু ওইরবদি মাগা লোয়নরক্লিবা নিপাসিস্তু জেলদা লৈরুবা ঙসি থাদোরকপা ওইবা তাই।

মখোয় অনিগী মখোঙ মথুং হামদোক্লবা পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্কংতুনা পীরমই। অদুদগী চঙলক্তুনা মৈথক্তা উয়ান থাঙ্গৎতুনা মঙ্গল কাংতক থরা শুজিল্লমই অদুগা মরোয় মরাং মন্দুনা মৈনাক্তা ফমথরমই। থবক ইনথাংগী ৱারীস্তু শানরমই। তেম্বনা ইকুই কুইদনা সিফাইশিংগী থাগী খোঙ্গ্রাও ফুরিৎ তুবগী অচোবা থবক অমা ফংবগী ৱাফমস্তু হৌদোক্লরমই।

মৈথক্তগী হৱাইদু পাথরকই। মদু য়াইশিল্লগা থাং থাঙ্গৎতুনা ইঞ্চাং লোইশিন্নবা হোৎনরিঙৈদা হৌজিক্তা লাক্রম্বা মরূপ অনিদু কোয়না য়েংবদা উদে। পুক্লিংদা ৱাখল মঙল মঙল থল্লি, জেলদগী থাদোরকপা মীনৌ অমগস্তু য়াওরি, কদায়দা চৎখিবা জাংনো মখোয়গীসিবো।

সুম মথং মথং থিরকপদা তেম্বনা মাগী থবক শূফম কাদস্তু চঙলুই। মরূপ অনিদু থবক শূফম কাদুদা মোমবত্তী অমা চমথৎলগা ঙসাই তুবা লোইথ্রবা কুদাম পান্দ্রিবা ফুরিৎ খোঙ্গ্রাও ময়ামদু অমনা কুদাম মথুল মারি শারি অমনা কুদাম পানথংলি। তেম্বনা ঙক্তুনা য়েংলমই।

বিহারিনা হায়রকই, — ভাই, জেলদা ঐখোয়নি টেল্লরিং তম্নক্তুনা চপ চানা হৈরবনি। ঙসি নংগীসিদা অহিং লৈবসিদা

ঐখোয়না ওমজবা মতেং পাংলম্নগে হাযদুনা নংগী ফুরিং খোঙ্গাও-শিংসি তুংপায় তৌবীবমগে তৌবনিদা।

তেম্বগা বিহারাগা অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না তিম্নরকপনি। নংজনা হৌরকপগী হৌনবা হৌনদুনা চৌংমান কয়াদা থবক শরুবা চংমিন্নদুনতা লাকখিবনি। তেম্বনা কাওবা য়াদবদি থবক মক্কম খুদিংদা বিহারীগী ফত্তবা হৈনবীসি লমদমদুগী মুপী অঙাংশিং মনাক নক্কনবসিনি। থবক শরুদুনা ফংবা পৈশা কয়া ফত্তবা হৈনবীদুদা মাঙহন্দুনতা লাকপ্রবনি মহাক য়াহৌ য়াম্না ঙল্লি। কালেন ওইজববস্নু নিংথমথা ওইজরবস্নু ঈশিং অইংবনা অযুক শেংনা ইরুজথোকই। অদুদগী ফিশেং অমা হোংদোক্লুনা মমায় মমাঙ ওন্দুনা ফম্নগা গোপাল সহস্রনাম ব্রং ব্রং থীথরকই। অদুদগী মুমিংচুপ্পা অমা থবক রানা শরুরগা নুমিদাংবাইরম হেক য়ৌরকপদা লমদমদুগী নিপামচা অমা ফাবগা, থীরবস্নু ফজরবস্নু য়াই মুপী মক্কম চিংউ হায়রদুনা হেক্তা মচৎখি অহিং থেঙনা হঞ্জিল্লকই। অদুবু অম্বুক্তি য়াহৌ অদুম মঙল্লি। গোপাল সহস্রনামদি থীবা লেপ্পা লৈতে। তেম্বনা হংলুবদা মানা খুমখি, গোপাল সহস্রনামগী গুন খঙদবা মুর্খ নংনা খঙপোৎ নক্লেনে।

হংদা হংজিন্নরগা মানা হায়রকই,— গোপাল সহস্রনামগী গুন মর্যামগী মনুংদা গুন অমদি পরস্ত্রিগমনংগী পাপ কোকহনবা ঙম্ব-দুনি। মাগী পূর্ব্বিদগী থাদোকপা ঙমদবা হৈনবী অহিং অমমমগী পরস্ত্রিগমনংগী পাপ অদু কোকথোকহন্নবা হেক হেক চংলুবা অহিং

খুদিংগী মথংগী অয়ুক্তা গোপাল সহস্রনাম অমুক অমুক থীদোক্লুনা কোকখোকপগী বানি।

তেম্বগা নোংমদি বিহারীগা ফি শেম্বা য়াওগ্রবনি। তেম্বনা হায়বনা খঙদহুনা সুপী ভাঙনরুবশিংনা করবতু খঙজরক্লুনা থবক্তু অমুক তৌরোই হায়হুনা গোপাল সহস্রনাম তারগা পাপতু কোকচৈ হায়বা ওইরিনি। অহিংদনা তম্লাই শারগা অয়ুক্তনা সংধু ওনবা য়ানবা নাম পাঠ তৌ হায়বদি ওইরম্মোই। বিহারীনা ঙংহুনা অহুম লাকখিবনি অদুবু মাগী পরস্ত্রিগমনংগী পাপতু থরা কংরা ওইক্লরমাসে গোপাল সহস্রনাম্না কোকপা ভমখিদ্রে। ক্লেশামিদা: থবক শংনা চংপদা মাগী কগ্রবা হৈনবীহুনা মাবু অহুম দন্না তাহনখে, মীমাও ক্ষমথিবতা নত্তনা জেলদু য়োহনখি।

চাক কানম তম্বা নয়কই। তেম্বনা চফুহু থাংদোক্লুনা চাক থিদাক্লমই। চংখোম অমমমতা ওইরবসু হুকমিম্নসি হায়হুনা মখোয় অহুম পুখম ভমহুনা কমথরমই। মখোয় অনিদি চখোম অমম্ম ভুক্লগা মথুং হামহুনা থবক শংক্লমদা চঙখিহুনা কুম্রিং খোঙ-গ্রাও কুদাম পানবা বাংলিবা ময়ামদু লেপুনা শুথবা হৌখিরমই।

থবক রানা শংক্লরবা মতুংদা চাক চাশিনবদা তেম্বদি তুম্নিং-লবনি অদুবু মখোয় অনিনা তুমদবহুদা মাম্নু তুমদ্রে। হাপ্তা অম্না চংনা মান তুবকপা কুরিং খোঙ্গাও ময়ামদু কনা য়াম্না কুদাম পানবা লেংইদ্রে।

তেম্বনা হংনীং হ নীংনা ওসাইদগী হংবা নাতৈ চাদনা লৈ-রম্বদগী হন্দক্তি হংলকই,— সে.মগী মরুপ অমা য়াংরিবসিদি ঐগদি খংনচল্লিনা ?

নিপাতু মমায়দি য়েংখংলক্তনা বা ঙাঙলকই ।

মহাক সেরোদগীনি মহাকী বারী হৌরমই ।

মহাক বি এ নি অতুবু থবক্তি ফংদবা । মাগী মপাতু সরকারগী ওফিস অ.দ ইউ ডি াস ওইরমই । মপাতু মুপী অতোম্বী অমা থিজুনা য়ুমদম্ব হজ্জিন্নক্তবা য়ুমদম্ব পৈশা অমত্তা পীদবা নিপা অমা ওইরমই । মহাক থবক ফংদবগী অরা-মৈশানে খুংনা শুবা শিন-ফমম্ব তৌনীংঙাই খুদোংচাবা পঙনা লাপ্তবনে ফুম্বংনদুনা লৈবতা নত্তনা পুক্রিংস্থ খোযরাঙ খোয়শাওনদুনা লৈরিঙৈদা ফত্তবা বাখল অমা লাকই । কবিগুম্বা মপাতু থবক তৌনা তৌনা শিরবদি ডাই ইন হারনেস হায়দুনা মচা মশুশিংনা মহুৎ শিঞ্জহৌনবা খুদোংচাবস্থ লৈ । শোখরবা ইমুংতু য়েংদ্রবা মপাতু ঈশ্বরনা লৌশিনখিবা ঙাইদনা মখুৎমক্তা মপুন্সি থমহল্লুবনি । মহাক থবকস্থ ফংখিদ্রে, মীহাংপনি হায়দুনা কি তুক্কৎচ্চনরে, অইনগী মতুং ইন্না হাংলুবা মীগী মরল ফংবা য়াদে হাযদুনা মপানা থম্লম্বা য়ুম ইংখোল ফাওবদা মাগী শরুক অমত্তা লৈত্রবা নিপা অমনি । জেলদম্ব চহী তরামরী চুপ্পা লৈরুরবনি ।

ওহ্মোকপা বারী হায়বক্তনি থবক ফংননবা মপা হাংলবা । তেম্বনা নিপাতুগী মমায়দা মুন্না য়েংই । বারী লীনা লীনা নিপাতুনি

মখুৎত্তু লেপ্পা লৈতে অত্তুম শূরি। তেম্বদি কাংথক্তুদা হীপথরমই। মখোয অনিনা পংশূদা শূই। মখোযনা হায়, মখোযনি তাম্নরগা কদায়দনো অরাপ্পা মকম অমদা ফুবিং তুফম অমা লিংখৎকনি জেলমনুংদা থবক শূবকপগী পৈশাসু খরা পুবকই। মতুনা ফি তুনবা কোল অনিথকসু লৈনি হায়। মখোয নোং হেক ঙানবগা চৎখিগে হায়।

মখোয়না তুমশি হৌরক্তবনিনা তেম্বসু উইনা উইনা ঙাইরমই। তুম্লিংবনা খাঙবা যাম্না রাববনি অত্তুবু মখোয় অনিদি খাঙবা য়াম্না কল্লি খজক্তা তুম্লিংবা উদে।

ঙাইহাক্তংদা তূমথরুবদৌনা তৌই তেম্বা মিকপ খংথোক থোকই। চহী মতম কযাগী মমাঙদা মাগী থবক শূবা চৎমিন্নবিডৈদা তাখিবা বিহারীনা থীবা গোপাল সহস্রনামত্তু ঙসি ঙারকই তেম্পা ফুক হৌগংলি। নোং ঙানফুং ঙানযুং তৌরে। মাদি অহিং চুপ্পা থবক শূফম কাংথকসিদা তুমত্তুনা লেনখ্রবজাৎনি। মখোয় অনিদি তুমখিদ্রমালে। লাইরিক থীবত্তু মাঙ্গোল্লোমদা তায়। তেম্বা থুনা য়াঙনা থোরকই।

মাঙ্গোল্লোমদা বিহারীনা মমীৎ উইশিল্লত্তুনা মমায় নোংপোক ওন্দুনা ফয়গা গোপাল সহস্রনাম থীথরকই।

" কৈশাল শিখরে রৈম গৌরি পৃচ্ছতি শঙ্করম ব্রহ্মাণ্ড খিলনাথং স্তংসৃষ্টী সংহরকারক ত্বমেব পুজ্যসে লোকব্রহ্ম বিষ্ণু সুরাদিভি ... ... ... ..."।

স্বাম্না বন্নায় স্নাওনা থীবা উই। মাগী মরুপ্তুনা মনাক্তা মমীহ উইশিন্দুনা কপ্লি। অমুক অহু চাকই, যোং হাদে। অইংবা মুংশিং অমস্থু হুম্লকই। অরাপ্পা অনকপা লাইশঙশিংদগী মেডলবা কাংশীগী মখোলগা লোয়ননা ধুপ আরাতী কংপা মতমনি। পুম্ত্রি মপান্দা শাংপা জাতিকুপী, শিঙ্গারৈ অমদি কুণ্ডালৈগী লৈনম অমস্থু হুম্লকই অইংবা মুংশিংলক্লা। মতমদুদা ঈশ্বরগী মিংলেন লিশিং অমহু শোল্লকপহুদা তেম্বস্থু পুক্লিংদা তুজুংবা অমা ফাওরকই। মাদি নোক্লগে তৌরম্বনি অহুবু, তৌরিবা মতৌহুদি নোক্লবা ওম্বগী রা নত্তে, ওম্বোক্লা পুক্লিং চঙপ্রবা মতৌনি। মাস্থু ভাইহাক লেপ্তুনা য়েংলম্বদগী ইমুংদা চঙহুনা ধুপ অমা লৌহুনা চমথংলগা মখোয়গী মনাক্লা ফমথরমই।

মাগী মমাঙদা ফম্লিবদো অমনা মুপী ঙাঙনরুরগী অমনা মপা হাংলুবগী মরালদা জেলদা লৈরুরগা থোকমিম্নরকপনি। মখোয় অনিমক তশেংনা মখোয়গী মরালশিংহু খঙজরকপা মাল্লি।

অহল লমন্দগী তাথি গোপাল সহস্রনাম হায়বসি কৈলাশ চীংদোন্দা পার্ব্বতীনা মহাদেবদা, মীনা ঈশ্বরনি হায়না পুজা তৌ-নরিবা নংনা অমুক শোল্লিবা ঈশ্বরহু কনানো খঙনীংই হায়না হংলু-বদা মহাদেবনা তাকপিথিবা ঈশ্বরগী অশেংবা মিংলেন্দুনি হায়।

তেম্বনা অমুক্তং কোয়না য়েংলকই। নোংপোক মাইগৈদা শন্দোক্তুনা লেপ্লিবা নোংমাইজিং চীংদোন উরকই। মহাদেবগী

খুডম্নি হায়দুনা চহী খুদিংগী লমতা থাদা মীপুম খুদিংনা-খাক্তনী কাবা হায়দুনা বয় নিবা চৎনবনি। তেম্বদু মমীৎ উইশিন্দুনা মহাদেব অমুক্তং নিংশিংদুনা মখোয় অনিগী মনাক্তা কমথরমই। ঙাইহাক থীরবা মতুংদা বিহারীন্ম মাগী লাইরিক থীবদু লোইরক্লে।

তেম্বগী উইশিল্লবা মমীৎতা মঙাল অমা য়ৈরকপগুম তৌই তেম্বনা মমীৎ পাঙথোরকপদদি নোংমাইজিংগী অশূকপা উমংদগী ঙাওাম্নবা মুমিংনা খজিক্তং লৌৎখৎতুনা য়েংলকপা ওইরম্নে।

---



